# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা ( খণ্ড মঙাশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তোবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নবা

অমসুং শীতলজিৎ-না কোঙবা।

ফংফম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

ইং ১৯৯০ কুম্জা



মমল লুপা ২০·০০

# আদি লীলা

## মঙাশুবা পরিচ্ছেদ

### মুল ১

বন্দেহনন্তাদ্ভুতৈশ্বর্য্যং শ্রীনিত্যানন্দমীশ্বরম্ ।
যস্যেচ্ছয়া তৎস্বরূপমজ্ঞেনাপি নিরূপ্যতে ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

বন্দে—খুরুমজরি, অনন্ত—ওমথৈ-নাইদবা ; অদ্ভুত—ঙকঙাই ওইবা, ঐশ্বর্য্যম্—মাগী ঐশ্বর্য্য ( মরল ), [ অনন্ত—অদ্ভুত—ঐশ্বর্য্যম্—ওমথৈ নাইদবা অমসুং ঙকঙাই ওইবা ঐশ্বর্য্যনা ( লম্না ) মাগী ওইরিবা অহুঙ্গুম্বা মহাকপু ], শ্রীনিত্যানন্দম্—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুবু, ঈশ্বরম্—ঈশ্বরবু, যস্য—মহাকী, ইচ্ছয়া—নীঙবতনা, তৎস্বরূপম্—মহাকী স্বরূপ-পু, তত্ত্ববু, অজ্ঞেন—অপঙবনা ; অপি—সু, নিরূপ্যতে—খঙবা ঙম্মী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওমথৈনাইদবা অমসুং ঙকঙাই-ওইবা ঐশ্বর্য্যগী মপু শ্রীনিত্যানন্দ ঈশ্বরবু ঐনা খুরুমজরি । মাগী ইচ্ছানা ( হাকবদি কৃপানা ) অপঙবা ( শাস্ত্র-হৈতবা ) মীনফাওবা মাগী তত্ত্ব লেম্না ওম্মী ।

### মুল ২

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

### শব্দার্থ

জয় জয়—খুরুমজরি, শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু ; জয়—খুরুমজরি, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুবু, জয়-অদ্বৈতচন্দ্র—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যবু খুরুমজরি, জয়—খুরুমজরি, গৌরভক্তবৃন্দ—শ্রীচৈতন্যমহাপ্রভুগী ভক্তপুম্নমকপু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু খুরুমজরি, শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুবু খুরুমজরি, অদ্বৈত আচার্য্যবু খুরুমজরি, শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী ভক্তপুম্ববু খুরুমজরি।

মূল ৩

ষট্শ্লোকে কহিল কৃষ্ণচৈতন্যমহিমা।

পঞ্চশ্লোকে কহি নিত্যানন্দ তত্ত্ব—সীমা ॥ ৩ ॥

শব্দার্থ

ষট্শ্লোকে—শ্লোক তরুক্তা, কহিল—হায়খ্রে, কৃষ্ণচৈতন্যমহিমা—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী মহিমা (মতীকময়াই), পঞ্চশ্লোকে—শ্লোক মঙাদা, কহি—হায়গে; নিত্যানন্দতত্ত্ব-সীমা—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী তত্ত্বগী ওমখৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী মহিমাদু শ্লোক তরুকথক্তা লীজখ্রে। হৌজিক, শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী মহিমাদু শ্লোক মঙাদা লীজগে।

মূল ৪

সর্ব্ব—অবতারী কৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান।

তাঁহার দ্বিতীয় দেহ শ্রীবলরাম ॥ ৪ ॥

শব্দার্থ

সর্ব্ব-অবতারী—অবতার পুম্নমকী থোরকফম মক, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, স্বয়ম্—মছামক, ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান; তাঁহার—মহাকী, দ্বিতীয় —অনীশুবা, দেহ—হকচাঙ; শ্রীবলরাম—ভগবান্ বলরাম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ অবতার পুম্নমকী থোরকফমনি। মহাকী অনীশুবা দেহনা শ্রীবলরাম ভগবাননি।

তৈনবোল

মরুদা শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীবলরামগা অমতনী, মূর্ত্তিদা তোঙানবক্তনী।

## মূল ৫

একই স্বরূপ দুই ভিন্নমাত্র কায়।
আদ্য কায়ব্যূহ—কৃষ্ণলীলার সহায় ॥ ৫ ॥

## শব্দার্থ

একই—অমত্তনী, স্বরূপ—মহুক, দুই—অনী, ভিন্নমাত্র—খেন্নবত্তনী, কায়—হকচাঙ; আদ্য—অহানবা, কায়ব্যূহ—হকচাঙ চোংথোরকপা, কৃষ্ণলীলার—শ্রীকৃষ্ণলীলাগী, সহায়—তেঙবাঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়নীসে মহা অমত্তনী। মখোয়গী তোঙানবা হকচাঙ অনী ওইবত্তনী। শ্রীবলরামদি অহানবা চোংথোকপা হকচাঙনী অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা লীলা শান্নবদা মহাক্না তেবাঙ্ঙী।

### মৈনরোল

কায়ব্যূহ—করিগুম্বা থোইদোকপা মরমগীদমক দেহ অমদগী অমতংবু ওইরবস্তু য়ান্নবু ওইরবস্তু দেহ অতোপ্পা থোরক্লবদি থোরক্লিবা দেহশিংবু অহানবা দেহদুগী কায়ব্যূহ কৌয়ি।

## মূল ৬

সেই কৃষ্ণ—নবদ্বীপে শ্রীচৈতন্যচন্দ্র।
সেই বলরাম—সঙ্গে শ্রীনিত্যানন্দ ॥ ৬ ॥

## শব্দার্থ

সেই—মহু, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, নবদ্বীপে—নবদ্বীপ-তা, শ্রীচৈতন্যচন্দ্র—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনী; সেই বলরাম—শ্রীবলরামদুনা; সঙ্গে—লোয়নননা, শ্রীনিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ ( ওইরে )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মূল শ্রীকৃষ্ণদু নবদ্বীপধামদা শ্রীচৈতন্যমহাপ্রভুনী। লোয়নননা শ্রীবলরামদুনা শ্রীনিত্যানন্দ ওইরে।

## মূল ৭

সঙ্কর্ষণঃ কারণতোয়শায়ী গর্ভোদশায়ী চ পয়োঽব্ধিশায়ী।
শেষশ্চ যস্যাংশকলাঃ স নিত্যানন্দাখ্যরামঃ শরণং মমাস্তু ॥ ৭ ॥

শব্দার্থনচিংবা অহান্বা পরিচ্ছেদগী তরেৎশুবা শ্লোক অতুদা য়েংবিয়ু।

## মূল ৮

শ্রীবলরাম গোসাঞি মূল-সঙ্কর্ষণ।
পঞ্চরূপ ধরি করেন কৃষ্ণের সেবন ॥ ৮ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীবলরাম—শ্রীবলরাম, গোসাঞি—প্রভু ; মূল-সঙ্কর্ষণ—মরু-সঙ্কর্ষণ ( অতুনী ) ; পঞ্চ—মঙা, রূপ—ছক্তম্, ধরি—লৌরগা, করেন—তৌয়ি, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; সেবন—সেবা, থৌগল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবলরাম প্রভুনা মরু-সঙ্কর্ষণ অতুনী। মহাক্না রূপ মঙামগা লৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌয়ি।

### তৈনমরোল

শ্রীবলরাম প্রভুনা লৌবা রূপ মঙাদি—সঙ্কর্ষণ ( মূল সঙ্কর্ষণ নত্তবা ), কারণাব্ধিশায়ী, গর্ভোদশায়ী, ক্ষীরাব্ধিশায়ী অমসুং শেষ হায়বা অসিনী। মহাক্না স্বয়ং ওইনা (হায়বদি মূল সঙ্কর্ষণ ওইনা) অতুগা মঙোন্দগী তোঙান্বা সঙ্কর্ষণ-নচিংবা রূপ মঙাদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌয়ি। পুম্নমক রূপ তরক ওইনা সেবা তৌবনি।

## মূল ৯

আপনে করেন কৃষ্ণলীলার সহায়।
সৃষ্টি-লীলা কার্য্য করে ধরি চারি কায় ॥ ৯ ॥

### শব্দার্থ

আপনে—মহামক্না ; করেন—তৌয়ি, কৃষ্ণলীলার—শ্রীকৃষ্ণগী-লীলাগী, সহায়—মতেং, সৃষ্টি-লীলা কার্য্য—সৈগেন্দ্র-সৃষ্টিলীলা-লীলাগী থবক, করে—তৌয়ি, ধরি—লৌরগা, চারি—মরি, কায়—হকচাং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীবলরাম ) মহাক্না শ্রীকৃষ্ণ-লীলাগী মতেঙ পাংজৌ অদুগা হকচাঙ মরি অমুক লৌরগা সৃষ্টি-লীলাগী থবক তৌরি ।

### নৈনরোল

সৃষ্টিলীলা কার্য্য—প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা সৃষ্টিগী মহক-ওইবা লীলাগী থবক, প্রাকৃত-নত্তবা ভগবান্গী ধাম-নচিংববু প্রকাশ তৌবা অদুগা প্রাকৃত-ব্রহ্মাণ্ড-নচিংবগীনা লৈশেম্বা ( সৃষ্টি )। সঙ্কর্ষণ, কারণাব্ধিশায়ী, গর্ভোদশায়ী অমসুং ক্ষীরোদশায়ী হায়বা রূপ মরিসি লৌরগা শ্রীবলরাম-না প্রাকৃত-নত্তবা ভগবদ্ধাম প্রকাশ তৌরি অদুগা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডনচিংবা সৃষ্টি ( শেম-শাবা ) তৌরি। শ্রীকৃষ্ণগী লীলা পাঙ-থোক্নবগীদমক মহাক্কী ইচ্ছানা শ্রীবলদেবনা সঙ্কর্ষণ ওইনা গোলোক-বৈকুণ্ঠনচিংবা প্রাকৃত-নত্তবা ভগবদ্ধাম পূম্নমক প্রকাশ ( ফোঙদোকপা ) তৌরি ( সৃষ্টি তৌদে—ভগবদ্ধাম পূম্নমক নিত্য ওইবা অমসুং চিন্ময় ওইবা পোৎ ঙাক্নী, মথোয়বু সৃষ্টি তৌবদি ওইথোক্তে। শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছানা শ্রীবল-দেবনা ধাম পূম্নমক্কুম্বু প্রকাশ তৌবত্নী )। অদুগা, কারণার্ণবশায়ীমচিংবা রূপ অহুম ওইরগা শ্রীবলদেবনা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডনচিংবা সৃষ্টি তৌরি।

### মূল ১০

স্বষ্ট্যাদিক সেবা তাঁর আজ্ঞার পালন ।
শেষরূপে করে কৃষ্ণের বিবিধ সেবন ॥ ১০ ॥

### শব্দার্থ

সৃষ্টি-আদিক—সৃষ্টিনচিংবনা মরমবা, সেবা—সেবা, থৌগল, তাঁর—মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী), আজ্ঞার—য়াথংগী, পালন—ঙাকপা, শেষরূপে—শেষ ওইনা, করে—তৌরি, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; বিবিধ—মথক মথা অয়াম্বা ; সেবন—সেবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং ঙাকপা ওইনা সৃষ্টিনচিংবা থবক তৌরি। শেষ (অনন্ত-দেব) ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা মথক মথা তৌরি।

### নৈনরোল

সঙ্কর্ষণগী অবতার-না কারণার্ণবশায়ীনী, কারণার্ণবশায়ীগী অবতার-না

গর্ভোদশায়ীনী, গর্ভোদশায়ীনী অবতার-না ক্ষীরোদশায়ীনী অদুগা ক্ষীরোদশায়ীনী অবতার-না শেষ, হায়বদি অনন্ত-নী।

কোক্‌থক্তা পৃথিবীবু পুবা, শ্রীকৃষ্ণগী গুণ শক-শোন্‌বা, অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী ছত্র ( পে ), পাদুকা (খোঙগী খুদোন), শয্যা ( ফমুং ), উপাধান (মোন্‌), বসন ( খাঙচেৎ-নমখাঙ ), আরাম ( পোখাবা ), আবাস (লেনবা সজায়), যজ্ঞ সূত্র ( লুগুণ ), সিংহাসন (তাঙবল) অসিনচিবা ওইরগা তৌবা সেবা পুম্নমক শ্রীবলদেবনা শেষ ওইনা তৌবা সেবা মথল ময়াম্নী। শ্রীনিত্যানন্দসু শ্রীবলদেবমক্নীনা শ্রীকৃষ্ণমক ওইবা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী সেবা চপমান্নবা তৌরিবনী।

## মূল ১১

সর্বরূপে আস্বাদয়ে কৃষ্ণসেবানন্দ।

সেই রাম শ্রীচৈতন্য-সঙ্গে নিত্যানন্দ॥ ১১ ॥

## শব্দার্থ

সর্বরূপে—রূপ পুম্নমক ওইনা ; আস্বাদয়ে—মহাও তংঙী, কৃষ্ণসেবা-আনন্দ—কৃষ্ণসেবা তৌবগী নুংঙাইববু, সেই রাম—শ্রীবলরাম অদুমক, শ্রীচৈতন্যসঙ্গে—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগা লোয়ননা, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যা-নন্দ-নী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মথক্তা হায়খিবা ) রূপ পুম্নমক ( তম্নকমক ) ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌরগা আনন্দ ফংঙী। শ্রীবলরাম অদুমক শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগা লোয়ননা শ্রীনিত্যানন্দ ওইরিবনী।

## মূল ১২

সপ্তমশ্লোকের অর্থ করি চারিশ্লোকে।

যাতে নিত্যানন্দ-তত্ত্ব জানে সর্বলোকে॥ ১২ ॥

## শব্দার্থ

সপ্তমশ্লোকের—তরেৎশুবা শ্লোকশী, অর্থ করি—ৱাহেল হন্দোক্লগা ; চারিশ্লোকে—শ্লোক মরিদা, যাতে—মদুনা, নিত্যানন্দ-তত্ত্ব—শ্রীনিত্যা-নন্দগী মঃ ; জানে—খঙঙী, সর্বলোকে—মী পুম্নমক্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তরেৎশুবা শ্লোক অসুগী অর্থ শ্লোক মরিদা হন্দোক্কে, অসু ওইরবদি মী পূম্নমক্না শ্রীনিত্যানন্দগী বা খঙবা ঙমগনী।

নৈনরোল

অহান্বা পরিচ্ছেদগী তরেৎশুবা শ্লোক অসুবুনী পয়ারসিদা পন্থিবা সপ্তমশ্লোক হায়বসে। শ্লোকসিদা সঙ্কর্ষণ, কারণতোয়শায়ী, গর্ভোদশায়ী, অমসুং ক্ষীরোদশায়ীবু শ্রীবলরামগী অংশ-কলা ওইনা পল্লী। মথাদা লাক্লিবা শ্লোক মরিখক্তা স্বরূপ মরিসিগী তত্ব নৈনরি। মথোয়গী তত্বসি হায়রগদি মথক্তা পনখ্রিবা তরেৎশুবা শ্লোক অসুগী ব্যাখ্যা তৌবা হায়বসু ওইরে অমসুং শ্রীনিত্যানন্দগী তত্বসু খঙলগনী।

মূল ১৩

মায়াতীতে ব্যাপি-বৈকুণ্ঠলোকে,

পূর্ণৈশ্বর্য্যে শ্রীচতুর্ব্যূহ মধ্যে।

রূপং যস্যোদ্ভাতি সঙ্কর্ষণাখ্যং,

তংশ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥ ১৩ ॥

শব্দার্থনচিংবা অহান্বা পরিচ্ছেদগী নিপালশুবা শ্লোক অসুদা য়েংবিয়ু।

মূল ১৪

প্রকৃতির পার পরব্যোমনামে ধাম।

কৃষ্ণবিগ্রহ যৈছে বিভূত্বাদি গুণবান্ ॥ ১৪ ॥

শব্দার্থ

প্রকৃতির—প্রকৃতিগী (মহৌশা কৌবা লাইরেমাগী), পার—রাংমদা, পরব্যোম—মহাবৈকুণ্ঠ, নামে—কৌবা, ধাম—ভগবৎস্বরূপকী লীলা-শাম্নফম, কৃষ্ণবিগ্রহ—শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং, যৈছে—(ওইবা) অমসুংগুম্বা, বিভূত্ব-আদি—পূম্নমক শীঙ্খংবনচিংবা, গুণবান্—গুণচেন্নবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রকৃতিগী রাংমদা লৈবা পরব্যোম কৌবা ধাম অসু শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং-গুম্না বিভূত্ব-নচিংবা গুণথিবিক চেন্নী।

## নৈনরোল

প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড হায়না লৈরিবা পূম্নমক্কী মাংমদা প্রাকৃত-নত্তবা—চিৎ-ঙাক্তুগী ওইবা ( চিন্ময় )—মায়া-চঙদবা ( মায়াতীত ) ধাম অমা লৈ, মতুগী মমিং পরব্যোম কৌয়ি। পরব্যোমগী অতোপ্পা মিং অমনা মহাবৈকুণ্ঠ কৌয়ি। শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহ ( হকচাঙ ) অতুনা ছক্লাইরবস্তু (সাকার ওইরবস্তু) বিভুত্বনচিংবা গুণ চেন্‌বা হায়বদি সর্ব্বগ ( মফম পূম্বদা চৎপা ), অনন্ত ( লোইথপ্পা-নাইদবা ), বিভু ( পূম্নমক শীন্থুংবা ) অত্তুগা অচিন্ত্য-শক্তি-সম্পন্ন ( মীওইবগী ৱাখল্লা লাম্মুবদা ফংদ্রবা শক্তি চেন্‌বা )—ওইবগুম পরব্যোম কৌবা ধামস্থ সাবয়ব (শাবান্‌বা) ওইনা ওইনা সর্ব্বগনী, অনন্তনী, বিভুনী অত্তুগা অচিন্ত্যশক্তিযুক্তনী।

## মূল ১৫

সর্ব্বগ অনন্ত বিভু বৈকুণ্ঠাদি ধাম।
কৃষ্ণ কৃষ্ণাবতারের তাহাঞি বিশ্রাম ॥ ১৫ ॥

## শব্দার্থ

সর্ব্বগ—মফম খূদিংদা চৎপা ঙম্বা, পূম্নমক শীন্থুংবা , অনন্ত—ওমখৈ নাইদবা , বিভু—চাউরেল-চাউবা , বৈকুণ্ঠ-আদি ধাম—বৈকুণ্ঠনচিংবা ধাম , কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ , কৃষ্ণাবতারের—শ্রীকৃষ্ণগী অবতারশিংগী ( হায়বদি ঙা, থেঙ্গু-নচিংবশিং ) , তাহাঞি—মফমতুদা , বিশ্রাম—পোথাতুনা লৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈকুণ্ঠনচিংবা ধাম অতু সর্ব্বগনী ( মফম খূদিং শীন্থুংঙী ), অনন্তনী ( ওমখৈ-নাইদবনী ), অত্তুগা বিভুনী ( চাউরেল-চাউবনী )। মফমতুদা ( হায়বদি পরব্যোমদা ) শ্রীকৃষ্ণ অত্তুগা শ্রীকৃষ্ণগী অবতারশিংনা লৈ।

## নৈনরোল

কুণ্ঠা শব্দগী অর্থদি মায়া ( পূক্নীঙ লাঙতক্নবা ) হায়বনী। কুণ্ঠা নত্রগা মায়া লৈতবা মফম্তু বৈকুণ্ঠ কৌয়ি। ভগবান্‌গী ধামদা মায়া নত্রগা মায়াগী ছক্রোল ( বিকার ) লৈতে হায়দুনা মতুবু বৈকুণ্ঠ কৌয়ি। "কারণাব্ধিপারে মায়ার নিত্যস্থিতি, বিরজার পারে পরব্যোমে নাহি গতি।—কারণ সমুদ্রগী মাংমদা মায়ানা লেঙদনা লৈ, বিরজাগী মাংমদা লৈবা

পরব্যোমদা ( মায়া ) চঙদে। —( শ্রীচৈঃ চঃ )।" "ন যত্র মায়া কিমুতাপরে।। শ্রীভাঃ ২/৯/১০।।" পরব্যোমগী অধিপতি ওইবা শ্রীনারায়ণগী লম্নাই ওইবা ধামদি মহা-বৈকুণ্ঠনী। পরব্যোম অসিদা ভগবান্‌গী স্বরূপ খুদিংমক্কী ধামতুদা মায়া চঙদে, মরমতুনা ধাম অদু বৈকুণ্ঠনী। শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহগুম্না ভগবদ্ধাম পূম্নমক্ন, অচিন্ত্য-শক্তি চেনবনী। অচিন্ত্য-শক্তিসি চেনবা মরম্না পরব্যোম অমতগী মনুঙদা গোলোক-ভমদবা বিভু ওইবা ধাম ময়াম পুল্লগা লৈবা য়ারিবনী।

কৃষ্ণ কৃষ্ণাবতারেব—শ্রীকৃষ্ণ ( হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী বিলাসরূপ ওইবা শ্রীনারায়ণ অমসুং শ্রীকৃষ্ণ মছামক্কী অংশ-স্বরূপ ) অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী অবতারশিংনা ( মৎস্য-কূর্ম্মনচিংবনা ) পরব্যোম হায়রবসিগী মনুঙদা লৈবা মাগী মাগী লম্নাই ধামশিংদা লৈরগা লীলা শান্নে। বিশ্রাম শব্দগী অর্থদি পোথাবা হায়বনী। মফমসিদা বিশ্রাম শব্দগী ধ্বনিদি ( থোন্থাওদি )— তোঙান-তোঙানবা ভগবৎ স্বরূপশিংনা মছা মছাগী ধামদা ইরেঞ্জনা নীঙঙাইদবমখৈ লৈ, অদুনা পুক্নীঙ লাঙতক্নদবমখৈ লীলাবিলাস তৌদুনা লৈ-হায়বসিনী। মৎস্য-কূর্ম্মনচিংবা অবতারশিংসু মতমপুন্দা পরব্যোমদা লৈ, তঙাই-ফদ্রবদি ব্রহ্মাণ্ডদা কূমথরকয়ি অদুগা ব্রহ্মাণ্ডগী থবক লোইরগা অমুক হন্না পরব্যোমদা লৈবা মাগী মাগী ধামদা হল্লী। অবতার পুম্না পরব্যোমদা নিত্য ওইনা লৈ হায়বসিগী প্রমাণ লঘুভাগবতামৃতদা য়াওরি— "সর্ব্বেষামবতারাণাং পরব্যোম্নি চকাসতি। নিবাসাঃ পরমাশ্চর্য্যা ইতি শাস্ত্রে নিরূপ্যতে।। তথাহি পদ্মে—বৈকুণ্ঠ-ভুবনে নিত্যে নিবসন্তি মহোজ্জ্বলাঃ। অবতারাঃ সদা তত্র মৎস্যকূর্ম্মাদযোঽখিলা.।।" —শাস্ত্রদা উবা ফঙী— পরব্যোম ধামদা অবতার পুম্নমক্কী যোনা ডক্নঙাই ওইবা লৈফম পুম্না ফজে। পদ্মপুরাণ-দা হায়বি—নিত্য ওইবা বৈকুণ্ঠভুবন অদুদা মৎস্য, কূর্ম্ম-নচিংবা লংত্রিক লংবা শুদ্ধসত্ত্বমূর্ত্তি ওইবা অবতার পুম্নমক মতম পুন্দা ডাম্থোইরি।"

### মূল ১৬

তাহার উপরিভাগে কৃষ্ণলোক খ্যাতি।
দ্বারকা মথুরা গোকুল ত্রিবিধত্বে স্থিতি।। ১৬।।

### শব্দার্থ

তাহার— মদুগী ( পরব্যোমগী ), উপরিভাগে— মতোন্থংবা শরক্তা;

কৃষ্ণলোক—শ্রীকৃষ্ণগী লোক, খ্যাতি—মিংচংলী; দ্বারকা মথুরা গোকুল—দ্বারকা, মথুরা অমসুং গোকুল (বৃন্দাবন) কৌবা লমদম অহুম, স্থিতি—লৈ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মহুগী (পরব্যোমগী) মতোপ্পংবা শরুক্তু কৃষ্ণলোক হায়না মিংচংলী। কৃষ্ণলোক অদু দ্বারকা মথুরা অদুগা গোকুল হায়না লমদম অহুম থোক্না খায়রি।

## মূল ১৭

সর্ব্বোপরি শ্রীগোকুল ব্রজলোকধাম।
শ্রীগোলোক শ্বেতদ্বীপ বৃন্দাবন নাম॥ ১৭॥

**শব্দার্থ**

সর্ব্ব-উপরি—মখোয় লোয়নমক্কী মথক্তা, শ্রীগোকুল—গোকুলধাম; ব্রজলোক ধাম—ব্রজলমদম, শ্রীগোলোক—গোলোক কৌবা লমদম; শ্বেত-দ্বীপ—শ্বেত দ্বীপ, বৃন্দাবন—নাম বৃন্দাবন হায়নসু কৌয়ি।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

খ্বায় লোইনমক্কী মথক্তা লৈবা শ্রীগোকুল ব্রজলোক অদু শ্রীগোলোক শ্বেতদ্বীপ অমসুং বৃন্দাবন হায়নসু কৌযি।

**নৈনরোল**

দ্বারকা, মথুরা অমসুং গোকুল হায়বা ধাম অহুমসিগী মনুঙদা শ্রীগোকুল-না খ্বাইগী মথক্তা লৈ। দ্বারকাগা মথুরাগা অনাসু গোকুলগী মখাদা লৈ। গোকুলগী অতোপ্পা মিং অমনা ব্রজলোক কৌযি। পযারসিনা হায়রি—ব্রজলোক, গোলোক, শ্বেতদ্বীপ অমসু বৃন্দাবন হায়বশিংসে গোকুলগী তোঙান্-তোঙান্বা মিং ওইরিবনী।

শ্রীকৃষ্ণ মছামক্না দ্বারকা, মথুরা অমসুং গোকুল হায়বা ধাম অহুমসিদা লীলা তৌরবসু গোকুলদনা মাগী লীলাগী মাধুর্য্যদু খ্বাইদগী হেন্না ফোঙদোকয়ি। মরমসিনা ধাম অহুমসিগী মনুঙদা গোকুল হায়রবসিনা খ্বাইদগী থোইবনী।

## মূল ১৮

সর্ব্বগ অনন্ত বিভু কৃষ্ণতনু—সম।
উপর্য্যধো ব্যাপি আছে—নাহিক নিয়ম ॥ ১৮ ॥

## শব্দার্থ

সর্ব্বগ —পুঙথুংনরিবা , অনন্ত —ওমখৈ-নাইদবা , বিভু — চাউরেল-চাউবা , কৃষ্ণ-তনু— কৃষ্ণগী হকচাঙগা , সম—মান্নবা ( ওই )। উপরি-অধঃ—থক্কা-খাগা , ব্যাপি —শীন্থুংনা , আছে—লৈ , নাহিক নিয়ম—অকরুবা নিয়ম লৈতে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( গোকুলদো ) কৃষ্ণগী দেহগা মান্ননা সর্ব্বগ, অনন্ত অমসুং বিভু ওই। অদুগা থক-খা কৃপুনা লৈ , অস্তুম তৌনা লৈগদবনী হায়বগী নিযম অকরুবা অমতা লৈতে।

## নৈনরোল

মমাঙগী ১৫ শুবা পযারদা হায়খিববু পরব্যোমগী মনুঙ-চনবা শীঙলাক-ওমদবমখৈ লৈবা বৈকুণ্ঠশিংদুগী খুদংমক সর্ব্বগ না অনন্তনী, বিভুনী হায়বসিনী। শ্রীগোকুলসু মতৌ অদুগুম্না সর্ব্বগ, অনন্ত অমসুং বিভু ওইবরা ? করিগুম্বা মদু ওইরবদি দ্বারকা-মথুরাগী মথক্তা মা লৈ হাযবসি কবম্না ওইথোক্কনী ? মরমদি সর্ব্বগ, অনন্ত অমসু, বিভু ওইবা পোত্তি থক্তা, খাদা, নাক যেৎতা— মফম পুম্নমক শীন্থুংনা লৈগদবনী। অস্তুম্না হংলকপা যাই হাযনা চনবদনা চিংনবদু কোক্নবা হায়দুনা শ্রীগোকুলবু সর্ব্বগ, অনন্ত অমসুং বিভুনী হায়রিবনী। অদুবু মসি দ্বারকা-মথুরানচিংবগী মথক্তা লৈ হায়রুবগী মরমদি অসিনী—শ্রীকৃষ্ণগী দেহসু সর্ব্বগ, অনন্ত অমসুং বিভুনী , অদুম ওইনমক মহাক্কী অচিন্ত্য শক্তি লৈবা মরম্না মহাক্কী হকচাঙদু ওমখৈ-নাইবা ওইনা খলহল্লী অদুগা ওমখৈ-নাইবা শাবানবা মীগী মতৌ-গুম্না মহাক চংথোক-চংশিন্দু তৌযি অদুগা পরিকরশিংগী মরক্তসু লৈ। মতৌ অদুগুম্না, শ্রীকৃষ্ণগী ধাম শ্রীগোকুলসু লে। মতৌ অদুগুম্না, শ্রীকৃষ্ণগী ধাম শ্রীগোকুলসু শ্রীকৃষ্ণগা দেহদোমা সর্ব্বগ, অনন্ত অমসুং বিভু ওইরবসু অচিন্ত্য শক্তি লৈবা মরম্না ওমখৈ-নাইবা মফম ওইনা লৈবা অদুগা দ্বারকা-মথুরাগী মথক্তা লৈবা মাম্লিন্নী। ওমখৈ নাইবা মফম অমগুম্না দ্বারকা-

মথুরাগী মথক্তা লৈহনসু শ্রীগোকুলতু থক-খা, নাক-য়েৎ মফম পুম্বদা—করি হায়নী প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডনচিংবরুসু—শীঙ্গুংনা কুপ্পগা লৈরিবনী। মহুদি শ্রীকৃষ্ণনা শ্রিযশোদা মাতাগী তম্পাক্তা লৈন-লৈনমক প্রাকৃত-নত্তবা মফম পুম্নমক্তা লৈরিবা পোৎ পুম্নমকপু শীঙ্গু্না কুপ্তুনা লৈবগুম্বনী।

## মুল ১৯

ব্রহ্মাণ্ডে প্রকাশ তার কৃষ্ণের ইচ্ছায।

একই স্বরূপ তার নাহি দুই কায॥ ১৯॥

## শব্দার্থ

ব্রহ্মাণ্ডে—প্রাকৃত জগৎতা, প্রকাশ—ফোঙবা, প্রকট ওইবা, তার—মাগী ( শ্রীগোকুলগী ), কৃষ্ণের ইচ্ছায—শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছানা, একই—অমতনী, স্বরূপ—ছক্তম, তার—মাগী, নাহি—লৈতে, দুই—অনী, কায—হকচাঙ।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছানা প্রাকৃত জগৎতা মাগী ( শ্রীগোকুলগী ) প্রকাশ ( ফোঙবা ) ওইবনী। মাগী স্বরূপতু ( মছামক্তো ) অমতনী, হকচাঙ অনী থোকপা নত্তে।

## লৈনরোল

প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা প্রকট ওইবরিবা গোকুল হাযবদি ব্রজলোকসি পরব্যোমগী মথক্তা লৈবা গোকুলগা স্বরূপকী মতাওদা তোঙানবা ধাম নত্তে, পরব্যোমগী মথক্তা লৈবা গোকুলতুমক শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাশক্তগী ইঙ্গিতনা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা মছামকপু প্রকট তৌররিবনী। স্বরূপ য়েংহুনা হায়রগদি ব্রজলোকনে পরব্যোমগী মথক্তা লৈবা ব্রজলোকনে অমতনী, অনী থোকপা নত্তে। শ্রীব্রজলোক বিভুনী, অতুনা ব্রজলোক স্বরূপ অনীদা লৈবা য়াদে। শ্রীকৃষ্ণগী দেহ অনী লৈতে, পরব্যোমগী মথক্তা লৈবা ব্রজলোকগী শ্রীকৃষ্ণদগী ব্রহ্মাণ্ডদা প্রকট ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা তোঙান্দবগুম শ্রীব্রজলোকধামগীসু অনীগুবা হকচাঙ লৈতে, ব্রহ্মাণ্ডদা প্রকট ওইবা ব্রজলোকদগী পরব্যোমগী মথক্তা লৈবা ব্রজলোকনা তোঙান্বা নত্তে। শ্রীব্রজলোক্তি বিভু ওইবনে, অদুগা মাগী অচিন্ত্য-শক্তি লৈবনে স্বরূপতা তোঙান্দবা অমদি কীতম-কায়দবা ওইমা লৈহনসু শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহ—( হকচাঙ )গুম্বা

মতম অমতদা মফম অয়াম্বদা মছাবু প্রকাশ তৌবা ওম্মী। হরিদ্বার, প্রয়াগ, কাশী, নবদ্বীপ—নচিংবা মফমগী গঙ্গা ইচেন্দা, তুগেক্তা, পাকপা-খূবদা তোঙানবা ওইনা উরবসু মফম মফমতুগী গঙ্গাতু অমগা অমগা তোঙানবা নৎনদে, গঙ্গা অমতন। মফমগী খেন্নবা মতূঙ ইন্না খেন্নখিবগুম শ্রীব্রজলোক-ধাম অমতন। শ্রীকৃষ্ণলীলাগীদমক তোঙান তোঙানবা মফমদা মখল মথেলগী ছক তোঙানবা তৌবগুম উবতনী।

ব্রহ্মাণ্ডদি ওমথৈ- নাইবনী অতুনা অপীকপনী, অতুগা অতুক্ মাগী পীকৃত্রবা শরূক অমদা ব্রজলোক প্রকট ওইবে, মতু হায়তুনা ব্রজলোকসু ওমথৈ—নাইবা অমসুং অপীকপা ওইগনী হাযবা যাদে। শ্রীকৃষ্ণগী দেহসু মীওইবগী দেহগুম্না পীকপা অতুগা ওমথৈ—নাইবা মাল্লী, অতুগা অমূক বাল্যলীলাদা মহাক্না যশোদা মাতাগী তম্পাক্তা মছামক্তী পীকপা-মানবা দেহতুবু অতুম পীক্না উইহল্লগা খোম ফাল্লী। শ্রীকৃষ্ণগী দেহতু যেংবদা ওমথৈ-নাইবা অমসুং পীকপা ওইরবসু মাগী স্বরূপকী হায়রুরবদি মহাক বিভুনী, মতৌ অতুগুম্না ব্রজলোকধামতুনা ব্রহ্মাণ্ডগী পীক্রবা শরূক অমদা প্রকট ওইরনা উবদা ওমথৈ নাইবা মাল্লবসু মা বিভুনী (পুন্নমক শীন্দু না লৈবনী)। ব্রহ্মমোহন (ব্রহ্মাবু শুম্‌হৎপা) লীলাদা ব্রজলোকধাম—না বিভু ওইবগী প্রমাণ উৎখবে, মতুদি—ব্রজমণ্ডলগী পীক্রবা শরূক অমদা গোবর্দ্ধন চীঙ-খোঙদা শ্রীকৃষ্ণনা শীঙলাক—ওমদবা বৈকুণ্ঠ ময়াম অতুগা নারায়ণ ময়াম উৎতুনা ব্রহ্মাবু ঙকহনখি। রা হাযববু—পূর্ণ ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লীলা-গীদমক ব্রহ্মাণ্ডদা শ্রীগোকুলগী পূর্ণ প্রকাশ ওইবা তাবনানা শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাদগী পূর্ণ গোকুলতুমক ব্রহ্মাণ্ডদা প্রকট ওইবনী—শরূক মচেৎ অমতংদমক্ প্রকট ওইবা নত্তে অতুগা শ্রীগোকুলগী অচিন্ত্য-শক্তি লৈবা মরম্না ওমথৈ—নাইবা ব্রহ্মাণ্ডগী পীকথ্রবা শরূক অমদা বিভু-গোকুলগী পূর্ণ প্রকাশ (মপুঙফাবা ছকউৎ) ওইথোকয়িবনী।

## মূল ২০

চিন্তামণি ভূমি, কল্পবৃক্ষময় বন।
চর্ম্মচক্ষে দেখে তার প্রপঞ্চের সম॥ ২০॥

## শব্দার্থ

চিন্তামণিভূমি—চিন্তামণিগী লম, কল্পবৃক্ষময়—কল্পবৃক্ষঙাক্তগী,

বন—উমং ; চর্মচক্ষে—উলাগী মীংনা হায়বদি প্রাকৃত ওইবা মীংনা, দেখে—উইয়ে, তার—মাবু ; প্রপঞ্চের সম—প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী প্রাকৃত ওইবা পোৎকম মায়না।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্রহ্মাণ্ডগী ব্রজলোক অসি ) চিন্তামণি লমদম্মী, কল্পবৃক্ষভাক্রগী উমংনী। প্রাকৃত ওইবা মীংনা মাবু প্রাকৃত ওইবা পোৎ ওইনা উইয়ে।

## নৈনরোল

**চিন্তামণি**—মমল-য়াম্বা মণি মখল্লী। মণিসিগী মফমদা ঐথোয়না নিজবা পোৎ পুম্নমক মানা পীবিয়ে।

**কল্পবৃক্ষ**—অশুকপা উ-পাম্বী অমনী। উ অসিদা ঐথোযনা নিজবা পোৎ অতু পীদবা লৈতে।

ব্রহ্মাণ্ডদা লৈবা চিন্তামণিগা কল্পবৃক্ষগদি প্রাকৃত-নী অদুনা নিরুবদা প্রাকৃত ওইবা পোৎতমক পীনবি। তৌইশুম্সুং শ্রীগোকুলগী চিন্তামণিগা কল্পবৃক্ষদি প্রাকৃত নত্তে, চিন্ময়-নী, মখোয় শ্রীকৃষ্ণগী চিচ্ছক্তিমক্তা ওইরক-পনী, মরমদুনা মখোযনা প্রাকৃত-নত্তবা নিত্য ওইবা ফল-তুমক পীবা ঙম্মী।

## মূল ২১

প্রেমনেত্রে দেখে তার স্বরূপপ্রকাশ।
গোপ-গোপী সঙ্গে যাহাঁ কৃষ্ণের বিলাস ॥ ২১ ॥

## শব্দার্থ

প্রেমনেত্রে—কৃষ্ণবু নুংশিবগা লোয়নবা মীংনা, দেখে—উই, তার—মাগী ( ব্রজলোকধামগী ), স্বরূপ-প্রকাশ—স্বরূপ ফোঙবদু, গোপ-গোপী সঙ্গে—গোপ অমসুং গোপীশিংগা লোয়নবা যাহাঁ—মফমদুদা, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, বিলাস—শান্নব।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিরবা মীগী মীংনা শ্রীব্রজলোকধামগী ( শ্রীগোকুলগী ) স্বরূপ ফোঙবদু উই। মফমদুদা গোপ অমসুং গোপীশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নৈ।

মূল ২২

চিন্তামণিপ্রকরসদ্মসু কল্পবৃক্ষ-
লক্ষাবৃতেষু সুরভীরভিপালয়ন্তম।
লক্ষ্মীসহস্রশতসম্ভ্রমসেব্যমানং
গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি ॥ ২২ ॥

শব্দার্থ

চিন্তামণি--অপাম্বা থুংহনভম্বা মণি জাৎ, চিন্তামণিপ্রকর—চিন্তা-মণি পুন্নমক্কী, সদ্মসু—যুমশিংদা, কল্পবৃক্ষলক্ষ-আবৃতেষু—কল্পবৃক্ষ লক্ষ্য লক্ষানা কোয়শল্লিবা, সুরভী৹—সুরভী কৌবা শল অমোমশিং, অভি-পালয়ন্তম্--নীঙথিজনা য়োক্লিবা, লক্ষ্মীসহস্রশত -লক্ষ্মী-লীশীঙ চামনা, সম্ভ্রমসেব্যমানম্—লুনা সেবা তৌরিবা, গোবিন্দম্—শ্রীগোবিন্দবু, আদি-পুরুষম—অহানবা পুরুষবু, তম্—মহাক্কপু, অহম্—ঐনা, ভজামি—থুরুমজৈ ভজন তৌজৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কল্পবৃক্ষ লক্ষ-লক্ষনা লৈতেংলিবা অমসুং চিন্তামণি পুন্নমক্কা থোইদোকপা ওইনা শারবা যুম পুন্নমক্কুদা গোপীসুন্দরী লীশীঙ-চাম-চাম না থৌগল্লিবা অমসু সুরভীশিংবু মঙ, পুন্নমক্কা ফজনা য়োক-থাক্লিবা অদুগুম্বা আদিপুরুষ গোবিন্দবু ঐনা ভজন তৌজৈ।

নৈনরোল

শ্লোকসি ব্রহ্মসংহিতাদগী লৌথোরকপনী ( ৫/২৯ )।

লক্ষ্মী হায়রিবসি গোপসুন্দরীশিংবু হায়রিবনী।

সুরভীঃ অভিপালয়ন্তম্ সুরভীশিংবু অভিপালন ( ফজনা য়োকপা ) তৌরিবা মহাকপু। শনশিংবু যুমদগী বন দা পুবা, বন দা নাপী চাহন্দুনা অদুগা ইশীঙ পীথক্কুনা শেনবা, বন্দগী অমূক য়ুমদা পুরকপা, শল পুন্নমক্কী মছা নান্থোকপিবা, মথা নানবিবা--অসি পুম্বা তৌববু ফজনা য়োকপা ( অভিপালন তৌবা ) হায়বনী। মতৌসুম্না শল পুন্নমকপু য়োকায় হায়বগীদমক শ্রীকৃষ্ণবু গোবিন্দ কৌরিবনী। গো শব্দগী অর্থদি শল হায়বনী অদুগা বিন্দ ধাতুগী অর্থনা যোকপা হায়বনী। গো শিংবু য়োকখি

হায়বগীদমক শ্রীকৃষ্ণবু গোবিন্দ হায়রিবনী। গো-পালন-লীলাদু শ্রীকৃষ্ণনা ইফোঙ ফোংনা শাম্মে।

অদুগা ময়াম্না উদবা মওংদস্তু গোপসুন্দরী ( লক্ষ্মী ) লীশীঙ-চামবু সেবা তৌহল্লগা মখোযগী সেবাদা শ্রীকৃষ্ণনা পেন্না লীলা শাম্মে। গোপী-শিংগী ইন্দ্রিয় থুদিংমক্না শ্রীকৃষ্ণবু মুংঙাইহন্নবা সেবা তৌনীঙঙী। শ্রীকৃষ্ণস্তু মখোয়না তৌনীঙবা সেবাদু তৌহল্লগা মখোযগী ইন্দ্রিয়শিংদু পেলহল্লী। মসিগীদমকস্তু মাগী মিং গোবিন্দ ওইরিবনী। গো-শব্দগী অর্থ অমনা ইন্দ্রিয় হায়বনী, মরমদুনা ইন্দ্রিয় পূম্নমকপু য়োকযি ( পালন তৌযি ) হায়বদি পেল্‌হল্লী হায়দুনা মহাকপু গোবিন্দ কৌবনী।

## মূল ২৩

মথুরা-দ্বারকায় নিজ রূপ প্রকাশিযা।
নানারূপে বিলসযে চতুর্ব্যূহ হৈঞা ॥ ২৩ ॥

### শব্দার্থ

মথুরা-দ্বারকায়—মথুরা অমসুং দ্বারকাদা, নিজ রূপ—মছাগী ছক, প্রকাশিয়া—ফোঙদোকুনা, নানারূপে—মখল মখা অযাম্বা মওংদা, বিলসয়ে—শাম্মে, চতুর্ব্যূহ—ব্যূহ মরি, হৈঞা—ওইদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথুরা অমসুং দ্বারকাদা মছাগী রূপ ফোঙলগা ব্যূহ ( মূর্ত্তি ) মরি থোকুনা মখল মখাগী বিলাস তৌয়ি ( শাম্মে )।

## মূল ২৪

বাসুদেব সঙ্কর্ষণ প্রদ্যুম্নানিরুদ্ধ।
সর্ব্বচতুর্ব্যূহ-অংশী তুরীয় বিশুদ্ধ ॥ ২৪ ॥

### শব্দার্থ

বাসুদেব—বসুদেবগী মচানুপা দেবকীগী গর্ভদা পুরগা পোকপনী ( অদুগা ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণগী প্রকাশরূপনী ), সঙ্কর্ষণ—শ্রীবলরাম ( দেবকীগী গর্ভদগী রোহিণীগী গর্ভদা থমথিবনী হায়বগীদমক মাবু সঙ্কর্ষণ কৌবনী ), প্রদ্যুম্ন—শ্রীকৃষ্ণগী মচানুপা ( মমানা শ্রীরুক্মিণী দেবীনী ),

অনিরুদ্ধ—শ্রীকৃষ্ণগী মশুম্নুপা ( শ্রীকৃষ্ণগী মচানুপা প্রদ্যুম্ননা পোকপনী অদুগা মমানা রুক্মবতী-নী ), সর্ব্বচতুর্ব্যূহ-অংশী—চতুর্ব্যূহ পুম্নমক্কী থোরককফম্ ; তুরীয়—মায়াগী ব্রাংমদা লৈবা , বিশুদ্ধ—মায়াগা মরী লৈনদবনা শেংবা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ মরিসি চতুর্ব্যূহ পুম্নমক্কী থোরকফম চতুর্ব্যূহনী। মখোয়সি তশেংনা মাযাগী ব্রাংমদা লৈবনী।

## নৈনরোল

**বাসুদেব**- বসুদেবগী মচানী, মমানা দেবকীনী , মহাক দ্বারকা-চতুর্ব্যূহগী অহানবা ব্যূহনী অদুগা ব্রজনিংথৌ-মপারি শ্রীকৃষ্ণগী প্রকাশ-রূপ অমনী। ব্রজেন্দ্র নন্দন-দি দ্বিভুজ-নী ( খুৎ অনী লোঙবনী ), মাগী বেশনা গোপবেশ-নী অদুগা মা গোপনী হায়না অভিমান তৌযি। বাসুদেবদি করিগুম্বা মতমদা দ্বিভুজসু ওই চতুর্ভুজসু ওই। বাসুদেবগী বেশনা ক্ষত্রিয-বেশনী অদুগা মহাক ক্ষত্রিয়নী হাযনা অভিমান তৌযি।

**সঙ্কর্ষণ**—দ্বারকা-মথুরাগী লীলাদা শ্রীবলরাম-না ওইখিবা স্বরূপ অদুবু সঙ্কর্ষণ কৌযি , দেবকীগী গর্ভদগী রোহিণীগী গর্ভদা মাবু চিংথোক্লগা থমখি হাযবগীদমক মহাকপু সঙ্কর্ষণ কৌবনা। মহাক দ্বারকা চতুর্ব্যূহগী অনাশুবা ব্যূহনী। ব্রজদা স্বযং রূপ শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা স্বয়ং ওইনা তেঙবাঙখিবা শ্রীবলরামদুমক্তা সঙ্কর্ষণ ওইনা দ্বারকা-মথুরাদা বাসুদেবগী লীলাদা সহায় ওই। বাসুদেববু শ্রীকৃষ্ণ হাযবগুম্না সঙ্কর্ষণবুসু বলরাম হাযনা কৌযি। কুচুদা-শাবান্দা ব্রজবিলাসী বলরামগা দ্বারকা-মথুরা-বিলাসী সঙ্কর্ষণগা কবিসু থেন্নদে। অনীমক দ্বিভুজনী অদুগা কুচু-ভৌবনী অনীদুগী ভাব-তি ( পূকচেন্দি ) তোঙান তোঙাল্লা—ব্রজদনা গোপভাব-নী অদুগা দ্বারকা-মথুরাদনা ক্ষত্রিয়-ভাব-নী। অপ্রকট ( ফোঙদোক্তবা ) লীলাদা গোকুল মথুরা অমসুং দ্বারকা হায়বা ধাম অহুমসিগী ধাম খুদিংমক্তা, শ্রীকৃষ্ণগী অদুগা শ্রীবলরামগী তোঙান তোঙানবা বিগ্রহ তৎতনা লৈ, অদুবু প্রকট লীলাদা ধাম অমদা লীলা তৌবা মতমদা অতোপ্পা ধামদা মখোয়গী প্রকট রূপ অমতা লৈতে।

সঙ্কর্ষণসি শ্রীবলরামগী সাক্ষাৎ প্রকাশ রূপনী; শ্রীবলরামসে স্বয়ং

শ্রীকৃষ্ণগী অনীশুবা দেহনী হাযত্নুনা মমাঙগী পয়ার অমদা সঙ্কর্ষণবুসু শ্রীকৃষ্ণগী আবির্ভাব হায়বদি প্রকাশবিশেষ অমনী হায়খরে। অশেংবদি, বলরামগী আবির্ভাব-বিশেষসু শ্রীকৃষ্ণমক্কী আবির্ভাব-বিশেষনী, মরমদি শ্রীকৃষ্ণতনা মূলতত্বনী ( মরুত-নক্কনী )।

প্রদ্যুম্ন—শ্রীকৃষ্ণগী মচানিপানী, মমানা শ্রীরুক্মিনী দেবীনি। শ্রীকৃষ্ণনা আশ্রয় ওইনা বাৎসল্য রস চূপকে হায়বগীদমক প্রদ্যুম্ন হায়না মচানুপা ওইনা অনাদিকালদগী অপ্রকট দ্বারকাদা লীলা তৌরি। প্রকট দ্বারকাদা প্রদ্যুম্নত্নমক্কা শ্রীরুক্মিনীগী গর্ভদা জন্মলীলা শান্নখি। মরমত্নুনা শ্রীপ্রদ্যুম্ন শ্রীকৃষ্ণগী থোইদোকপা আবির্ভাব অমনী। মহাকসি দ্বারকাচতুর্ব্যূহগী অহুম-শুবা ব্যূহনী।

অনিরুদ্ধ—মহাক শ্রীকৃষ্ণগী মশূনী, প্রদ্যুম্ননা পোকপনী অদুগা মমানা রুক্মবতীনী। অপ্রকট লীলাদা অনিরুদ্ধনা মহাক শ্রীকৃষ্ণগী মশূ-নুপানী হায়না অভিমান তৌযি। প্রকট লীলাদা প্রদ্যুম্ন অমসুং রুক্মবতীগী মচা ওইনা জন্মলীলা তৌযি। প্রদ্যুম্নগুম্না মহাকসু শ্রীকৃষ্ণগী আবির্ভাব-বিশেষনী। মহাক দ্বারকা চতুর্ব্যূহগী মরিশুবা ব্যূহনী।

## মূল ২৫

এই তিন লোকে কৃষ্ণ কেবল লীলাময়।
নিজগণ লঞা খেলে অনন্ত সময় ॥ ২৫ ॥

## শব্দার্থ

এই—অসি, তিন—অহুম, লোকে—লোকদা, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, কেবল—শূপ্নদা, লীলাময়—লীলাতনা ( শান্নবতনা ) মথৌ ওইবা, নিজগণ লঞা—মছামক্কী-পরিকবশিংগা লোযননা, খেলে—শান্নে, অনন্ত সময়—ওমথৈনাইদবা মতমগীদমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( গোকুল, মথুরা, দ্বারকা হাযবা ) লোক অহুমসিদা শ্রীকৃষ্ণদি শূপ্নগী লীলাতনা মথৌ ওইদুনা লৈবনী। মছামক্কী পরিকবশিংগা লোয়ননা লোই-থম্বা-নাইদ্রবা মতমগীদমক শান্নে।

## মৈনমত্রোল

গোকুলদা, মথুরাদা অমসুং দ্বারকাদা শান্নবা ( লীলা ) নত্তনা

সৃষ্টি-নচিংবা থবক অতৈ শ্রীকৃষ্ণগী লৈতে। মছামক্কী পরিকরশিংগা লোয়ননা ধাম অহুমসিদা মহাক অনাদি-কালদগী অতং—অথম নাইদবমখৈ শাম্নহুনা লাক্লি অতুগা ঙমখৈ—নাইদবা মতমগীদমক শাম্নহুনা লৈগনী। লীলাবসগী মথেল পাঙথোক্লবগীদমক তোঙান্ তোঙান্বা ধামদা লীলা শাম্নবা তাবনী। ধাম অহুমগী লীলাদা ঐশ্বর্য্য ( ঈশ্বর ওইবগী ভাব ) অতুগা মাধুর্য্য অনীমক যাওয়ি, অহুবু ব্রজগী ঐশ্বর্য্যদি মাধুর্য্যগী মখা পোল্লী, অতুগা দ্বারকাদা মাধুর্য্যনা ঐশ্বর্য্যগী মখাপোল্লী, মথুরাদনা অনীমক্কী ময়ায়-ওইরম্লা মওংনী। শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমগী মখা পোনবগী চাংদা মতুঙ ইন্না মাগী মাধুর্য্য উৎপগী চাংদা ওই অতুগা মাধুর্য্যগী চাংদা মতুঙ ইন্না মানা ভগবান ওইবগী (ভগবত্তা উৎপগী) চা‹দা ওই মরমদি, মাধুর্য্যতনা ভগবত্তাগী মচিনী (সার-নী)। ভগবত্তা ফোঙ-দোকপগী অথোই-অহেন তু‹ইন্না শ্রীকৃষ্ণনা পূর্ণতম, পূর্ণতব অমসুং পূর্ণ ওইবা ·ওইহু উৎলী। ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমগী মখা পোন্‌বসি পূর্ণতম নী (মপুঙ-ফাবা খ্বাইদগী হেল্লী)। মবমহুনা ব্রজদা মাধুর্য্যগা ভগবত্তাগসু পূর্ণতম ওইনা উৎলী, মরমহুনা ব্রজদা মহাক পূর্ণতম—নী, মতৌ অম্পূম্না মহাক মথুরাদা পূর্ণতর ( মপুঙফাবা হেঙ্গৎপা ) অতুগা দ্বারকাদা পূর্ণ ( মপুঙ—ফাবা ) ওই। "কৃষ্ণস্য পূর্ণতমতা ব্যক্তাভূৎ গোকুলান্তরে। পূর্ণতা পূর্ণতরতা দ্বারকা-মথুরাদিষু। ভ র. সি. দ, বিভাব। ১২০॥" পরিকরশি‹না চেল্লিবা প্রেম মতাতুগী অথোই-অহেন মতুঙ ইন্না শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমগী মখা পোনবা মপোলগী, মাধুর্য্য অমসু‹ ভগবত্তাগী অথোই-অহেন্ নাই। মাধুর্য্যনচি‹না ওইবগী অথোই-অহেন তুংইন্না লীলাগী রস-সু মখল মথেলগী ওই। মখল মথেল অহু আস্বাদন তৌবগীদমক গোকুল, মথুরা অমসু‹ দ্বারকাদা প্রেম-বিকাশগী অথোই—অহেন—তুংইন্বা তোঙান—তোঙান্বা মখলগী পবিকর লৈ, মরম-হুনা মখোয়গা লোয়ননা চুপ্লিবা লীলারসগী থোইদোকপা মতৌ (বৈশিষ্ট্য) লৈ, মতৌ অম্পূম্না মখলমখাগী বৈশিষ্ট্য আস্বাদন তৌনবগীদমক ধাম অহুমদা তোঙান্—তোঙানবা লীলা শান্নে।

## মূল ২৬

পরব্যোম—মধ্যে করি স্বরূপ প্রকাশ।
নারায়ণরূপে করে বিবিধ বিলাস॥ ২৬॥

## শব্দার্থ

পরব্যোম-মধ্যে—পরব্যোমগী মনুঙদা, করি—তৌহুনা, স্বরূপ

প্রকাশ—মচ্ছামক্কী হুক্তম কোঙবা, নারায়ণরূপে—নারায়ণ ওইনা; করে—তৌয়ি, বিবিধ—মখল মখাগী, বিলাস—শান্নবা, লীলা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরব্যোমগী হায়বদি মহাবৈকুণ্ঠগী মনুঙদা নরাযণ মচ্ছামক্কী হুক্তম অমা প্রকাশ তৌরগা লীলা মখন মখা তৌযি।

মূল ২৭

স্বরূপ বিগ্রহ কৃষ্ণের কেবল দ্বিভুজ।

নারায়ণ-রূপে সেই তনু চতুর্ভুজ ॥ ২৭ ॥

শব্দার্থ

স্বরূপ বিগ্রহ—মচ্ছামক্কী দেহ, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, কেবল—শূপ্পগী, দ্বিভুজ—খুৎ-অনী-পান্‌বা, নারায়ণ-রূপে—নারাযণ ওইনা, সেই তনু—হকচাঙ অদু; চতুর্ভুজ—খুৎ-মরি-পান্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী মচ্ছামক্কী দেহদি খুৎঅনীতমক লোওঙী। শ্রীনারাযণ ওইনা (শ্রীকৃষ্ণগী) দেহ অদু খুৎমরি লোওঙী।

নৈনরোল

স্বয়ংরূপ শ্রীকৃষ্ণগী দ্বিভুজ রূপ নত্তনা অতোপ্পা প্রকাশ অমত্তা লৈতে। দ্বারকাদা করিগুম্বা মতমদা চতুর্ভুজ ওইবা যাংবরি, চতুর্ভজ রূপ অদু মহাক্কী স্বয়ংরূপ নত্তে, মহুদি প্রাভববিলাস-রূপ কৌযি (শ্রীচৈঃ চঃ মধ্যলীলা)।

মূল ২৮

শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম-মহৈশ্বর্য্যময়।

শ্রী-ভূ-লীলা-শক্তি যাঁর চরণ সেবয় ॥ ২৮ ॥

শব্দার্থ

শঙ্খ—মোইবুঙ, চক্র—কাংখোঙ; গদা—উতুপ, পদ্ম—থম্বাল, মহৈশ্বর্য্যময়—অচৌবা ঐশ্বর্য্য-চেন্‌বনী, শ্রী—শ্রী কৌবা, ভূ—ভু কৌবা,

লীলা—লীলা কৌবা, শক্তি—মওম, যাঁর—মহাক্কী; চরণ—খোঙ সেবয়—সেবা তৌযি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীনাযায়ণ) শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম পায় অমসুং মহা ঐশ্বর্য্যগী মছক্কী। শ্রী, ভূ অমসুং লীলা কৌবা শক্তিশিংনা মহাক্কী খোঙ সেবা তৌয়ি।

### নৈনরোল

**শ্রী-ভূ-লীলা-শক্তি**—শ্রীশক্তি, ভূশক্তি অমসুং লীলা শক্তি অহুমসি শ্রীভগবানগী মকুওইবা শক্তি তরাতরক্কী অমূক মকোক্কী। সৌন্দর্য্য (ফজবা) অদুগা সম্পত্তি (লন-থুম) অনীগী অধিষ্ঠাত্রী শক্তিগী মিং শ্রীশক্তি কৌয়ি, শ্রীশক্তিসিনা অনাদিসিদ্ধ বিগ্রহ-মূর্ত্তিদা নারায়ণগী মুংশিজবী লক্ষ্মী ওইনা সেবাগী পোৎলম কযানা পরব্যোমগী অধিপতিগী (নাবায়ণগী) চরণ-সেবা তৌযি। লক্ষ্মীসি চতুর্ভুজা-নী, সনা-অহিংবগী কুচুনা লৈতেংবীনী, মথোক কাবদা ঙায়রিবী শাধান্-পানবনা অদুগা শ্রীনারায়ণগী ওইদা লৈবীনী। জগৎ-শেম্বা-ঙাকপগী অধিষ্ঠাত্রী শক্তিগী মিং ভূ—শক্তি কৌযি অদুগা শ্রীনাবাযণনী লীলা থৌরাংবী শক্তিবু লীলা-শক্তি হায়রিবনী। মূর্ত্তি ওইনা চোংথোক্তুনা ভূ-শক্তি অমসুং লীলাশক্তিনা লক্ষ্মীদেবীগী নাক্কল অনীদা লৈ।

### মূল ২৯

যদ্যপি কেবল তাঁর ক্রীড়ামাত্র ধর্ম্ম।
তথাপি জীবের কৃপায় কারে এত কর্ম্ম ॥ ২৯ ॥

### শব্দার্থ

যদ্যপি—ওইরবসু, কেবল—শূপ্নগী, তাঁর-মহাক্কী (নারায়ণগী) ক্রীড়ামাত্র—শান্নবতনা, ধর্ম্ম—থবক, তথাপি—অদুম ওইনমক, জীবের—জীবগীদমক, কৃপায-চানবিদুনা, করে—তৌয়ি, এত—অসুক, কর্ম্ম—থবক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কীদি (শ্রীনারাযণগীদি) শান্নবতনা শূপ্নগী থৌ ওইরবসু, অদুম ওইনমক জীবগীদমক চানবিবদগী থবক অসুক য়াম্না তৌরিবনী।

## মূল ৩০

সালোক্য সামীপ্য সার্ষ্টি সারূপ্যপ্রকার।
চারি মুক্তি দিয়া করে জীবের নিস্তার ॥ ৩০ ॥

### শব্দার্থ

সালোক্য—লাৎচরিবা–নীঙজরিবা ( উপাস্য ) লাইগা লোয়ননা ধাম অমতদা লৈমিন্নবা, সামীপ্য—উপাস্যদেবগী নাক–নক্লা লৈবা, সার্ষ্টি—উপাস্য দেবগা মান্ননা ঐশ্বর্য্য চেন্‌বা, সারূপ্য—উপাস্যদেবগীগা মান্নবা ছক ফংবা, প্রকার—মখল, চারি - মরি, মুক্তি—অরান্‌খুভম্‌, দিয়া—পীদুনা, করে—তৌয়ি, জীবের—জীবগী, নিস্তার—লানবিবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সালোক্য, সামীপ্য, সার্ষ্টি, সারূপ্য কৌবা মুক্তি মখল মরিসি পীদুনা জীববু ( পোকপা-শিবনচিংবা সংসারগী অবাবদগী জীববু ) লানবীদো।

## মূল ৩১

ব্রহ্মসাযুজ্য-মুক্তের তাহা নাহি গতি।
বৈকুণ্ঠ-বাহিরে তা-সভার হয় স্থিতি ॥ ৩১ ॥

### শব্দার্থ

ব্রহ্মসাযুজ্যমুক্তের—ছক্লাইদবা ব্রহ্মদা লুপ্পুনা তিনবা হাযবা মুক্তি-ফংবা মীগী, তাহা—মফুদা (বৈকুণ্ঠদা), নাহি—লেতে, গতি—চঙবা, বৈকুণ্ঠ-বাহিরে—বৈকুণ্ঠগী ৱাংমদা, তা-সভার—মখোয় পুম্বগী, হয়—ওই, স্থিতি—লৈবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মসাযুজ্যমুক্তি ফংবনা মফুদা ( বৈকুণ্ঠদা ) চঙবা য়াদে। বৈকুণ্ঠগী ৱাংমদা মখোয় পুম্নমক ( ছক্লাইদবা ব্রহ্মদা তিন্‌খিবা মীতা পুম্নমক ) লৈ।

## মূল ৩২

বৈকুণ্ঠ-বাহিরে এক জ্যোতির্ম্ময় মণ্ডল।
কৃষ্ণের অঙ্গের প্রভা-পরম উজ্জ্বল ॥ ৩২ ॥

### শব্দার্থ

বৈকুণ্ঠ-বাহিরে—বৈকুণ্ঠগী মাপান্দা, এক—অমা; জ্যোতির্ম্ময়—মঙালগী মচুক ওইবা, মণ্ডল—কোয়রোক-কোযবা লমদম, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গের—দেহগী; প্রভা—মঙাল, পরম উজ্জ্বল—মীৎথকপমখৈ লংনা ঙান্বা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈকুণ্ঠগী মাপান্দা মঙালগী মচুক ওইবা কোযরোক-কোযবা লমদম অমা লৈ। ( মতু ) শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগী মঙান্নী, য়োনা লংঙী।

### নৈনরোল

জ্যোতির্ম্ময মণ্ডল-অমনা বৈকুণ্ঠবু কোযশল্লী অতুগা মসিদা নির্ব্বিশেষ জ্যোতি ( চুরাইদবা মঙাল ) নত্তনা করিমতা লৈতে। মঙাল অসি শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগী মঙাল ঙাক্কনী।

### মুল ৩৩

সিদ্ধলোক নাম তার—প্রকৃতির পার।
চিৎস্বরূপ তাঁহা নাহি চিচ্ছক্তিবিকার ॥ ৩৩ ॥

### শব্দার্থ

সিদ্ধলোক—সিদ্ধশিংগী লম, নাম—মিং কৌযি, তার—মহাক্কী, প্রকৃতির পার—প্রকৃতিগা বাংমদনী, চিৎস্বরূপ—চিৎনা চক্তম ওইবনী, তাঁহা—মতুদা ( সিদ্ধলোকদা ), নাহি—লৈত, চিচ্ছক্তিবিকার—চিৎ-শক্তিতুনা করিগুম্বা পোৎ অমা ওনথৎপা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফম অতুগী মিংদি সিদ্ধলোক কৌযি ( মতু ) প্রকৃতিগী বাংমদনী। ( মতু ) চিৎঙাক্তনী, মফমতুদা লৈবা চিৎ-শক্তিতুদি চক্লোল-নাইবা নত্তে।

### নৈনরোল

সিদ্ধলোকদা লৈবা চিৎ-শক্তিদি চক্লোল নাইদে। হ্লাদিনী-সন্ধিনী-সংবিৎকী ওইবা চিৎ-শক্তিদি চুক ওন্দুনা শুদ্ধসত্ত্ব ওইরকয়ি।

সন্ধিনীগী শক্তিনা হেন্‌বা শুদ্ধসত্ত্বদি বৈকুণ্ঠনচিংবা ভগবান্‌গী ধামগী ছক লৌরকয়ি। প্রাকৃত জগৎতা লৈপাক, উ-পান্না, উরী, শা-উচেক, আসন, শয্যানচিংবা পোৎ মখল-মখা লৈবগুম্না বৈকুণ্ঠনচিংবা সবিশেষ (ছক্লাইবা) ধামশিংদা পোৎ পুম্নমকসি লৈ, খেন্নবা হায়ববু প্রাকৃত জগৎকী পোৎশিংনা প্রাকৃত-নী, জড়নী (থৱাই পান্দবনী), মাঙবা-তাকপা নাইবনী, অতুগা ভগবদ্ধামগী পোৎ-পুম্বনা প্রাকৃত নত্তে, চিং-ঙাক্তনী অতুগা মতম পুম্বদা লেঙদনা লৈ (নিত্যনী)। বৈকুণ্ঠনচিংবা ধামগী পোৎ পুম্নমক চিচ্ছক্তিগী বিকাবনী (ওইরকপনী ছক-ওল্লকপনী)। অতুবু সিদ্ধ-লোকতদি চিচ্ছক্তিগী বিকার লৈতে হায়দুনা মকমতুদা করিগুম্বা পোৎ অমতা লৈতে, ভূমিগা মান্নবা করিগুম্বা পোৎ অমতা লৈতে, লৈরিবা হায়ববু শূন্নগী মঙাম্তনী (জ্যোতি), মতুংসু নির্ব্বিশেষনী (ছক্লাইদবনী)—থোইদোকপা মকমদা জ্যোতিগী গোলোক নচিংবা ছক ওইরকপসু লৈতে।

## মূল ৩৪

সূর্য্যের মণ্ডল যৈছে বাহিরে নির্ব্বিশেষ।
ভিতরে সূর্য্যের রথ আদি সবিশেষ ॥ ৩৪ ॥

## শব্দার্থ

সূর্য্যের মণ্ডল—নুমিৎকী মতুম ওইবা লম, যৈছে—গুম্না, বাহিরে—মপান্থোংদা, নির্ব্বিশেষ—ছক্লাইদবা (ওই), ভিতরে—মনূঙদা (সূর্য্য-মণ্ডল দা), সূর্য্যের—নুমিৎকী, রথ আদি—রথনচিংবা, সবিশেষ—ছক্লাইবা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূর্য্যমণ্ডলগী মপান্থোংদদি (নির্ব্বিশেষ) ছক্লাইদবা ওইবগুম্মী অতুগা মনূঙদনা সূর্য্যমণ্ডলগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতা সূর্য্যগী রথ-নচিংবদি সবিশেষনী।

## নৈনরোল

**সবিশেষ** শব্দগী অর্থদি ছক্লাইবা (সাকার), গুণ চেন্‌বা (সগুণ) হায়বনী। মীংনা উবা য়াবা, নাকোঙনা তাবা য়াবা, হকচাঙনা শোকপা য়াবা, মহাও তংবা যাবা অতুগা মণম্ নম্বা য়াবা অদুগুম্বা পোত্তাবু সবিশেষ ওইবা পোৎ কৌয়ি।

## মূল ৩৫

যদদ্বৈতং ব্রহ্মোপনিষদি তদপ্যস্য তনুভা

**যদরীণাং প্রিয়াণাঞ্চ প্রাপ্যমেকমিবোদিতম্ ।**
**তদব্রহ্মকৃষ্ণয়োরৈক্যাৎ কিরণার্কোপমাজুষোঃ ॥ ৩৫ ॥**

### শব্দার্থ

যৎ—মতু ; অরীণাম্—য়েক্কবশিংগী ( হিংচাবশিংগী ) ; প্রিয়াণাম্—নুংশিবা ভক্তশিংগী ( ব্রজবাসীশিংগী অমদি বৃষ্ণিশিংগী ), চ—অমসুং ; প্রাপ্যম্—ফংফম ; একম্—অমা , ইব—গুম্না , উদিতম্—তায়নৈ , তৎ—মতু , ব্রহ্ম—নির্ব্বিশেষ ব্রহ্ম ; কৃষ্ণয়ঃ—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী , ( ব্রহ্ম-কৃষ্ণয়ঃ—ছক্লাইদবা ব্রহ্ম অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী ), ঐক্যাৎ—অমতা ওইবা মরম্না , কিরণ—নুমীৎকী মঙাল , অর্ক—নুমিৎ , উপমা—চাংদম্নরা , জুষোঃ—খঙনবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী য়েক্কবশিং অমসুং নুংশিবা-ভক্তশিংগনা ফংগদবদি অমতনী হাযনা হায়নরিবসে—নুমিৎ-মঙানগা নুমিৎকা চাংদম্নবগী বিষয় ওইবা ব্রহ্ম অমসুং কৃষ্ণগা ( স্বরূপ য়েংলগা ) অমতা ওইবা অদুতননী ।

### নৈনরোল

শ্লোক অসি শ্রীরূপ গোস্বামীগী ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোরকপনী ( ১/২/২৭৮ )। সূর্য্যমণ্ডলসি মঙাস্তগী ওইবা পোৎনী। মাপান্থংবা মঙান্দু ণংছল্লক্তে হায়দুনা ছক্লাইদবনী ( নির্ব্বিশেষ-নী ), অদুবু মনূঙগী মঙান্দি ণংছল্লদুনা ছক্লাইবা ( সবিশেষ ) ওইরে। মনূঙগী ণংছল্লবা ছক্লাইরবা ( সবিশেষ ) জ্যোতির্মণ্ডলস্তু স্বরূপকী হাযরবাদ জ্যোতিনী ( মঙাম্নী ), অদুগা মাপান্থংবা ছক্লাইদবা ( নির্ব্বিশেষ ) নুমীৎ-মঙাণস্তু (কিরণ-জালস্তু) জ্যোতিনী। মরমদুনা মচাক্কী ( উপাদানগী ) বা হায়রগাদ সূর্য্যমণ্ডল-গা সূর্য্যগী কিরণগা অমতনী হায়বদি থেম্নদে। মতৌ অদুগুম্না নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মগা সবিশেষ শ্রীকৃষ্ণগস্তু অমতনী হায়বদি থেম্নদে, মরমাদ মথোয় অনীমক চিদানন্দস্বরূপনী ( চিন্ময়নী অমসুং আনন্দময়নী )। শ্রীকৃষ্ণদা চিদানন্দ অদু ণঙছল্লে অদুগা ব্রহ্মদনা ণঙছন্দে। অস্তুম্না ফীভম মাম্নবনা শ্রীকৃষ্ণবু সূর্য্য-মণ্ডলগা লোয়ননা অদুগা ব্রহ্মাবু সূর্য্যকিরণগা লোয়ননা চাংদম্নবা যাই। শ্রীকৃষ্ণ য়েক্কবা হিংচাবশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী থুত্তা শিন্নবদি নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মগা

অমতা ওইখিত্নুনা সাযুজ্য-মুক্তি ফংঙী। সাযুজ্য ফংবসিবু ব্রহ্ম-ফংবা হায়বা য়াই। অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী মুংশিরবা ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ সেবা ফংঙী, মসিস্তু শ্রীকৃষ্ণবু ফংবনী। ব্রহ্মগা শ্রীকৃষ্ণগা সচ্চিদানন্দময় ওইবা মরম্না স্বরূপকী য়েংলুরগা মখোয়নী অমতা ওইরবনিনা দৈত্যশিংনা ব্রহ্মবু ফংবগা ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংবগা অম্মানী হায়না কনা কনাগুম্বনা হায়নৈ। ব্রহ্মবু ফংবা অদুগা শ্রীকৃষ্ণবু ফংবা হায়বা মফম অনীসিনা সচ্চিদানন্দ-স্বরূপ অদুবু ফংবা য়ারে অমস্তুং সচ্চিদানন্দ স্বরূপ-পু ফংলবনী হায়দুনা ফংলিবা মফং অনীদু অমত্তনী হায়না খনবা যাই। অদুবু মওং অমদা মান্নরবস্তু মফং অনীদুগী খেন্নবা লৈ। ব্রহ্মনা আনন্দস্বরূপ ওই হায়বসি চুম্মী, অদুবু শক্তি উৎপা যাওদবনীনা ব্রহ্মদা লৈবা আনন্দদুগী মখল-মথেল লৈতে, মরমদুনা মহাওতংবা যাবগী (আস্বাদ্যত্বগী) মখল-মথেলস্তু যাওদে তৌইগুম্বস্তুং শ্রীকৃষ্ণদদি মখল-মথেল-পূর্ণমক পূর্ণতম ওইনা (পূওহেন-হেনবা মপূও মফাদা) ফোঙদোকয়ি। মসিদস্তু নত্তনা, ব্রহ্মসাযুজ্য ফংলবা জীবাত্মাগী সত্তাদু ব্রহ্মগা অমতা ওইখিদুনা (হায়বদি ব্রহ্ম-তাদাত্ম্য ফংখিদুনা) আনন্দগী মথেল ফংবগী মতীকচাবা হায়বদু মাঙখ্রে, তৌইগুম্বস্তুং শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংবা কাঙবুশিংদি সেবাদুগী মাপান্না আনন্দগী মখল-মথেল আস্বাদন ফংবা ঙম্মী। শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যদি মিহৌনঙাই কযামক ওইবগে হায়ববু ব্রহ্মানন্দদা লুপ্লবা আত্মারাম (মথন্তা মুংঙাইজবা ওম্নবা মুনিশিং-ফাওবনা শ্রীকৃষ্ণমাধুর্য্য আস্বাদন তৌনাঙবনা খোয়রাঙঙী। মখোয়গী কবিগুন্না হান্নগী ভক্তি-বাসনা লৈরবদি ব্রহ্মদা লুপখ্রবা মুক্ত ওইবশিংস্তু তোঙানবা দেহ ফংলগা শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌবা যাওয়ি।

সূর্য্যগা মাগী কিরণগা লৈনরিবা মরীদুগুম শ্রীকৃষ্ণগা ব্রহ্মগা মবা লৈনৈ (গওছনবগী মতাঙদা), মরমদুনা ব্রহ্মনা শ্রীকৃষ্ণগী মঙালগী মচক্রী হায়বদু নৈনন্নিবা শ্লোকসিনা উৎলে। মমাঙগী পযারদা যাওবা "কৃষ্ণের অঙ্গের প্রভা—(ব্রহ্মাদি) কৃষ্ণগী অঙ্গগী মঙাল্লী" হায়বগা প্রমাণস্তু শ্লোক-সিনা ওইরে।

## মূল ৩৬

তৈছে পরব্যোমে নানা চিচ্ছক্তিবিলাস।
নির্ব্বিশেষ জ্যোতির্বিম্ব বাহিরে প্রকাশ॥ ৩৬॥

### শব্দার্থ

তৈছে—মতৌ অদুগুম্না; পরব্যোমে—পরব্যোমদা, মহাবৈকুণ্ঠদা,

লীলা—মখল মথাগী ; চিচ্ছক্তি-বিলাস—চিৎশক্তিনা শান্নবা ( তৌগ্নি ), নির্বিবশেষ—ছক্লাইদবা ; জ্যোতিঃ - মণ্ডালগী , বিম্ব—মমি , বাহিরে—মাপান্দা , প্রকাশ—ফোঙবা ওই )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অদুগুম্না পরব্যোমদা ( মহাবৈকুণ্ঠদা ) চিৎশক্তিনা মখল মথা শান্নে। মাপান্দনা নির্বিবশেষ ওইবা মণ্ডালগী মমি তাই।

নৈনরোল

বৈকুণ্ঠগী মাপান্দা জ্যোতির্ম্ময় মণ্ডল (সিদ্ধলোক) লৈবদো নির্বিবশেষ-নী। নিরাকারনী ( ছক্লাইদবনা )।

মূল ৩৭

নির্বিবশেষ ব্রহ্ম সেই কেবল জ্যোতির্ম্ময়।

সাযুজ্যের অধিকারী তাহাঁ পায লয ॥ ৩৭ ॥

শব্দার্থ

নির্বিবশেষ ছক্লাইদবা, নিরাকার , ব্রহ্ম ব্রহ্ম , সেই—মদু , কেবল—শূন্নগী , জ্যোতির্ম্ময়- মণ্ডাস্তনী সাযুজ্যের সাযুজ্যগী , অধিকারী - মতীকচাবা মী , তাহাঁ—মদুদা ( নির্বিবশেষ ব্রহ্মদা ), পায--ফঙ্গী , লয় লোইশনবা, লুপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নির্বিবশেষ ব্রহ্মদুদি শূপগী মণ্ডান-ঙাক্তনী। সাযুজ্যমুক্তি ফংবদা মতীক চাবশিংদুনা মদুদা লোইশল্লী ( লুপ্পী )।

নৈনরোল

ব্রহ্মসাযুজ্য-পাম্বা সাধক অদুদা কনানা সাযুজ্য-মুক্তিসি পীবিগদগে হায়না হংবা যাই। সিদ্ধলোকগী নির্বিবশেষ ব্রহ্মনা মদু পীবা ঙমদে, মরমদি মহাক্তী নিঃশক্তিক-নী (অব্যক্তশক্তিক-নী—ফোঙদোকবা শক্তিগী মপুনী), মুক্তি পীননবা শক্তিদু মাগী মনুঙদা বিকাশ ভৌদে। মুক্তি ফংবা তারগদি হান্নবা মাযানা খুদুম চন্‌বদগী নাম্বোকপা তাই। জীবদি মরম্লাই পাঙ্গমা লানবদা-খ্রারবা দৈবী মাযাদগী লান্থোকপা ঙমদে , শ্রীভগবান্দা চঙজরবদদা

শ্রীভগবান্না চান্‌বিরগা জীববু মায়াদগী মুক্ত ওইহনবা ঙম্মী। "দৈবীহ্যেষা গুণময়ী মম মায়া দুরত্যয়া। মামেব যে প্রপদ্যন্তে মায়ামেতাং তরন্তি তে ॥ শ্রীগীতা ৭/১৪ ॥" মায়াদি ঈশ্বরগী শক্তিনী, ঈশ্বর নত্তনা মাবু কন্নামতনা জয় তৌবা ঙমদে। সবিশেষ সশক্তিক ওইবা ভগবৎস্বরূপ নত্তনদি অতৈ স্বরূপ–তা হায়বদি নির্বিশেষ নিঃশক্তিক ওইবা ব্রহ্মগী মফমদা চঙজবস্থ ওইথোক্কে, অদুগা মায়াবু তাম্থোক্লবগী শক্তি অতৈ কনামত্তগী লৈবস্থ ওইথোক্কে। মরমদুনা ব্রহ্মসাযুজ্য ফংনবা তৌগে হায়রবস্থ নির্বিশেষ ব্রহ্মগী সাধক অদুনা অহান্‌বদা ভগবান্‌গী সবিশেষ স্বরূপ অমবু উপাসনা তৌবা তাবনী অদুগা মহাক্না থৌজান্‌বিদুনা সাধক অদুবু মায়াদগী লাম্থোকপিরগা (মুক্তি পীবিরগা) নির্বিশেষ ব্রহ্মদা তিল্দুনা সাযুজ্য ফংহন্নবা সাধক অদুনা প্রার্থনা তৌকম থোকপনী। কনা কনাগুম্বনা ভক্তি তৌজদুনা সবিশেষ স্বরূপ অমবু ঈপাসনা তৌবা নত্তনা জ্ঞানমার্গদদা চৎতুনা নির্বিশেষ ব্রহ্মবুদা ধ্যান তৌরবদি মখোযগী হোৎনমল্‌দি শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী মত মতুঙ ইন্না অপৌবা য়াই গুবগুম্বনী। ভগবান্‌গী বিগ্রহদি সচ্চিদানন্দময়নী হায়বদু য়াদুনা ভক্তি–ভাব–তা মাবু উপাসনা তৌরবদি মহাক্না সাযুজ্য–পাম্বা সাধক অদুগী পামজরিবা সাযুজ্যমুক্তিদু পীনবি। সাযুজ্যমুক্তি–পাম্বা মীনা সাযুজ্য ফংবদি সিদ্ধলোক হাযবা মফমদুদনী। সিদ্ধলোক অদু পরব্যোমগী মনুঙ–চন্‌বনী, অদুগা শ্রীনারায়ণতনা পরব্যোম পুম্বগী অধিপতিনী (মপুনী), মরমদুনা মহাক সিদ্ধলোকগীস্থ অধিপতিনী। মরমদুনা, সিদ্ধ-লোকদা সাযুজ্য–মুক্তি পীননবগী শক্তিস্থ পবব্যোমাধিপতি শ্রীনারায়ণতগী ওইবা তাবনী। মদু ওইরবোইদি, মুক্তি মথল মঙামক শ্রীনারায়ণ–না পীবা তাই, সালোক্যনচিংবা মুক্তি মথল মরি পীদুনা সাধকপু সবিশেষ বৈকুণ্ঠদা, থম্মী, অদুগা সাযুজ্যমুক্তি পীরগা সাধকপু সিদ্ধলোকদা থম্মী।

## মূল ৩৮

সিদ্ধলোকস্তু তমসঃ পারে যত্র বসন্তি হি।
সিদ্ধা ব্রহ্মসুখে মগ্না দৈত্যাশ্চ হরিণা হতাঃ ॥ ৩৮ ॥

## শব্দার্থ

সিদ্ধলোকঃ— সিদ্ধলোক, তু—অদুবু, তমসঃ—অমম্বগী; পারে— মাংমদা, যত্র—মফমদুদা (সিদ্ধলোকদা), বসন্তি—লৈ, হি—লেপ্পমক, সিদ্ধাঃ— নির্বিশেষ ব্রহ্ম উপাসনাদা সিদ্ধ ওইরবা মীশিং, ব্রহ্মসুখে—

ব্রহ্মগী আনন্দদা , মগ্ন—লুপ্লবা , দৈত্যাঃ—কৃষ্ণবু ভগবাল্পী হায়বা য়াদবা মী, হিংচাবশিং , চ—অমসুং , হরিণা—শ্রীহরিনা , হতাঃ—হাংলবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমম্বগী ( প্রকৃতিগী ) ৱাংমদা সিদ্ধলোক-নৈ , সিদ্ধলোক অতুদা নির্ভেদ-ব্রহ্ম-উপাসনাদা সিদ্ধ ওইরবা মীশিং অমসুং শ্রীহরিনা হাংলবা দৈত্যশিংনা ব্রহ্মানন্দদা লুপ্তুনা লৈ ।

## নৈনরোল

**তমসঃ পারে**—প্রকৃতিগী ৱাংমদা। সিদ্ধলোক হাযবস্থ মায়া-চঙদবা চিন্ময় ওইবা পোৎনী হায়বস্থ মসিনা তাক্লে ।

**দৈত্য**—শ্রীকৃষ্ণবু মীচম অমনে হায়না খনবা মীশিং, শ্রীকৃষ্ণসে ভগবাল্পী হায়বদা য়ানীঙদবা মীশিং অমসু শ্রীকৃষ্ণগা যেক্লবা মীশিং মখোযসিবু দৈত্য কৌযি অতুগা হিংচাববুসু দৈত্য কৌয়ি।

## মূল ৩৯

সেই পরব্যোমে নারায়ণের চারিপাশে ।
দ্বারকা-চতুর্ব্যূহের দ্বিতীয় প্রকাশে ।। ৩৯ ।।

### শব্দার্থ

সেই পরব্যোমে—পরব্যোম অদুদা , নারায়ণের—পরব্যোমগী অধিপতি ওইরিবা শ্রীনারাযণগী , চারিপাশে—মাযকৈ মরিদা , দ্বারকা-চতুর্ব্যূহ—দ্বারকাগী ব্যূহ মরিতুগী , দ্বিতীয—অনীশুবা , প্রকাশে—প্রকাশনী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরব্যোম অতুদা শ্রীনারায়ণগী মাযকৈ মরিদা দ্বারকা-চতুর্ব্যূহগী অনীশুবা প্রকাশ লৈ ।

## নৈনরোল

পয়ারসিদা হায়রিবা পরব্যোমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা চতুর্ভুজ ওইরগা মহা-লক্ষ্মীনচিংবীশিংগা লোযননা লীলারস চুপ্লি অদুগা জীবশিংদা কৃপা তৌবিদুনা সালোক্যনচিংবা মুক্তি মথল মবি পীরগা লাইবকফবা জীবশিংবু পরব্যোমগী সবিশেষ অংশ ওইবা বৈকুণ্ঠ হায়বদুদা থম্মীরি। অদুগা ব্রহ্মসাযুজ্য-মুক্তি

ফংলবশিংবু পরব্যোমগী নির্বিবশেষ অংশ সিদ্ধলোক হায়বন্দুদা নির্বিবশেষ ব্রহ্মগ্না অমতা ওইহন্দুনা লোইশনহন্‌বী। পরব্যোমসিগী অধিপতি নারায়ণগী মায়কৈ মরিদা হায়বদি নোংপোক, খা, নোংচুপ অমসুং অরাংদা মথণ্ড শীৎনা বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ হাযবা ব্যূহ মরিসি লৈ। দ্বারকাদসু বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ কৌবা ব্যূহ মরি লৈ। পরব্যোম-নারায়ণগী চতুর্ব্যূহসি দ্বারকা-চতুর্ব্যূহগী অনীশুবা প্রকাশনী।

কৃষ্ণলোকগী গোকুলদদি চতুর্ব্যূহগী তোঙান্-তোঙানবা বিগ্রহ (দেহ) লৈতে, দ্বারকা অমসুং মথুরাদদা চতুর্ব্যূহগী তোঙান্-তোঙান্‌বা অভিব্যক্তি (ছককোঙ) লৈ। চতুর্ব্যূহ অতৈ অতৈদগী দ্বারকাগী চতুর্ব্যূহনা শক্তি-বিকাশগী মতাঙদা হেল্লী হাযবগীদমক দ্বারকা-চতুর্ব্যূহ নল্লগা চতুর্ব্যূহগী অহানবা বিকাশ হাযনা কৌযি, শক্তিনচি বা বিকাশগী মতাঙদা দ্বারকা-চতুর্ব্যূহগী হেক ভমথঙদা পরব্যোম-চতুর্ব্যূহগী মফম্নী, মরমসিনা পরব্যোম-চতুর্ব্যূহবু দ্বারকা-চতুর্ব্যূহগী প্রকাশ হায়বদি অনীশুবা প্রকাশনী হাযখিবনী।

দ্বারকা-চতুর্ব্যূহ অমসুং পরব্যোম-চতুর্ব্যূহগী মিংশিংদু মান্নরবসু শক্তিগী মতাঙদদি চতুর্ব্যূহ অনীসিগী খেন্নবা লৈ। দ্বারকা-চতুর্ব্যূহনা অংশী (মপূম্নী) অদুগা পরব্যোমগী চতুর্ব্যূহনা মাগী অংশনী। স্বরূপ তা লোইন-মক পূর্ণ ওইরবসু শক্তি-বিকাশগী মতাঙদা অথোই-অহেন লৈবগী মতুঙ ইন্না অংশ-অংশীগী সম্বন্ধ ওইবনী। শক্তি-হন্থবা প্রকাশবুনা অংশ কৌবনী।

### মূল ৪০

বাসুদেব সঙ্কর্ষণ প্রদ্যুম্নানিরুদ্ধ।
দ্বিতীয় চতুর্ব্যূহ এই, তুরীয় বিশুদ্ধ॥ ৪০॥

### শব্দার্থ

বাসুদেব—বাসুদেব কৌবা ব্যূহ, সঙ্কর্ষণ—সঙ্কর্ষণ কৌবা ব্যূহ, প্রদ্যুম্ন—প্রদ্যুম্ন কৌবা ব্যূহ, অনিরুদ্ধ—অনিরুদ্ধ কৌবা ব্যূহ, দ্বিতীয়—অনীশুবা, চতুর্ব্যূহ—ব্যূহ মরিনী, এই—মসি, তুরীয়—মায়াগী রাংমদা লৈবা, বিশুদ্ধ—অশেঙবা, চিংকী অনঙবা মূর্ত্তি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমদি অনিরুদ্ধ (মরিসিনা) অনীশুবা চতুর্ব্যূহনী। মখোয়সি মায়া-পঙ্কবা চিন্ময় ওাক্তনী।

## নৈনপ্লোল

**বাসুদেব**—অহানবা ব্যূহনী, মহাক পরব্যোমগী অধিপতিগী বিলাসনী অদুগা পুম্নমক্কী অন্তর্য্যামী পরমাত্মানী। মহাক চিত্তগী অধিষ্টাতৃ-দেবতানী, মরমদুনা চিত্তদা উপাস্যনী ( লাৎনফম্নী ) অদুগা মহাক বিশুদ্ধ-সত্ত্বগী তুঙফম্নী। শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাশক্তি, জ্ঞানশক্তি অমসুং ক্রিয়াশক্তিগী মনূঙদা বাসুদেবদি জ্ঞান শক্তি প্রধান ওইবনী।

**সঙ্কর্ষণ** অনীশুবা ব্যূহ, মহাক বাসুদেবগী বিলাস-নী হায়বদি মছামক্কী অংশনী অদুগা জীবগী থোরকফম্নী, মরমদুনা মহাকপু জীবসু ( সমষ্টি জীব ) কৌয়ি। মহাক্নী অহঙ্কার-তত্ত্বদা উপাস্য ওইরিবনী। মহাক্ন ক্রিয়াশক্তিনা নম্বনী।

**প্রদ্যুম্ন** - অহুমশুবা ব্যূহনী, মহাক সঙ্কর্ষণগী বিলাস-মূর্ত্তিনী, বুদ্ধিতত্ত্বদা মাবু উপাসনা তৌবনী, কনাগুম্বনা মাবু পুক্নীঙগী ( মন-গী ) অধিদেবতানী হায়নৈ। মহাক বিশ্বসৃষ্টিগী কারণনী অদুগা মছাগী সৃষ্টি-শক্তিদু কন্দর্পদা শিন্নৈ।

**অনিরুদ্ধ**—মরিশুবা ব্যূহনী, মহাক প্রদ্যুম্নগী বিলাসমূর্ত্তিনী, মনস্তত্ত্বদা মাবু উপাসনা তৌযি, কনা কনাগুম্বনা মাবু অহঙ্কার-তত্ত্বগী অধিদেবতানী হাযনৈ।

### মূল ৪১

তাঁহা যে রামের রূপ—মহাসঙ্কর্ষণ।
চিচ্ছক্তি-আশ্রয তিঁহ কারণের কারণ ॥ ৪১ ॥

### শব্দার্থ

তাঁহা - মতুদা ( পরব্যোমগী চতুর্ব্যূহতুগী মনূঙদা ), যে—মদু, রামের—বলরামগী, রূপ—মছক, মহাসঙ্কর্ষণ—অনীশুবা সঙ্কর্ষণ, চিৎ-শক্তি-আশ্রয়—চিৎশক্তিগী তুঙনফম, তিঁহ—মহাক; কারণের কারণ—থোরকফমগী থোরকফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদা ( পরব্যোমগী চতুর্ব্যূহগী মনূঙদা ) শ্রীবলরামগী স্বরূপ মহাসঙ্কর্ষণ অদু চিৎ-শক্তিগী তুঙফম্নী ( আশ্রয়নী )। মহাক্তি থোরকফম্গী থোরক্ফমনী।

## নৈনরোল

মহাসঙ্কর্ষণ—পরব্যোমগী চতুর্ব্যূহগী অনীশুবা ব্যূহ সঙ্কর্ষণতুবু মক্ষমসিদা মহাসঙ্কর্ষণ হায়রে। শেষ ( অনন্ত )-বুস্সু সঙ্কর্ষণ কৌয়ি। মখোযদগী অথোইবনী হায়তুনা মখোযগী থোরককম মরুনী ( মূল-নী ) হায়তুনা পরব্যোমগী সঙ্কর্ষণবু মহাসঙ্কর্ষণ হাযরিবনী। লঘুভাগবতামৃতগী প্রমাণ মতুঙ ইন্না জীব পুম্নমক সঙ্কর্ষণসিদগী থোরকযি, মহাপ্রলয়দা মহাক্না জীব পুম্নমকপু চিংশল্লগা ( আকর্ষণ তৌরগা ) মথানুঙদা পুরকয়ি হাযবগী-দমক মহাকপু সঙ্কর্ষণ কৌযি।

লঘুভাগবতামৃতগী প্রমাণ মতুঙ ইন্না মমাঙগী পয়ারগী টীকাদা হায়খ্রে, মতুদি--শ্রীনাবাযণগী বিলাস হাযবদি অংশনা সঙ্কর্ষণ ওইবনী, অতুবু পযারসিদনা শ্রীবলরামগী স্বরূপ হাযবদি অংশ অমনা সঙ্কর্ষণ ওইবনী হায়রে। শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীবলরামগদি অভেদ ( খেন্নদবা ) মরম্না মহাকী রাযম অনীসি অমনা অমবু য়েৎপা লৈতে। নারায়ণ-দি শ্রীকৃষ্ণগী বিলাসমূর্ত্তিনী, সঙ্কর্ষণ-না শ্রীনারায়ণগী অংশ ওইবনীনা শ্রীকৃষ্ণগীসু অংশ ওইরে অতুগা শ্রীকৃষ্ণগী অংশ ওইরবনীনা শ্রীকৃষ্ণগা খেন্নদবা হকচাঙ ওইবা শ্রীবলরামগীসু অংশ ওইরে। অতুম ওইনমক শ্রীবলরামগী তত্ব নৈনরকপা মতাঙদা সঙ্কর্ষণবু থোইদোক্না শ্রীবলরামগী অংশনী হায়রুবগী মরমদি অসি ওইবা তাই—

সৃষ্টিনচিংবা থবক্তা ইচ্ছাশক্তিগা জ্ঞানশক্তিগা অনীসি যাংদেবা ইযা য়াত্রবসু ক্রিযাশক্তিনা প্রধান ওইনা যাওগদবনী। প্রাকৃত জগৎপু সৃষ্টি তৌবা অতুগা প্রাকৃত-নত্তবা ভগবদ্ধাম-মচিংববু প্রকট তৌবসি মরু ওইনা ক্রিযাশক্তিগী মথৌনী। থবকশিংসিদা সাক্ষাৎ ওইনা হাপ্লিবা ভগবানগী স্বরূপ খুদিংদা ক্রিযাশক্তিনা প্রধান ওইবনী। স্বরূপ স্বরূপকী মতুঙ ইন্না মাগী মাগী ক্রিযাশক্তিদসু অথোই-অহেন্ নাই। শ্রীবলরামদনা শ্রীকৃষ্ণগী ক্রিযাশক্তি খ্বাইপুম্নমক্তগী হেন্না উৎলী। শ্রীসঙ্কর্ষণ-দা ক্রিয়াশক্তি উৎপদো শ্রীবলবামদগী থরদং হন্থে, অতুবু কারণার্ণবশাযীনচিংবা সৃষ্টিগী থবক্তা হাপ্লিবা অতৈ অতৈ স্বরূপ-তগী হেল্লী। অতুগী রাতু লৈরসনু, মরুওইনা ক্রিয়াশক্তিগী মরমদদি শ্রীবলরামদগী শ্রীসঙ্কর্ষণদা থরদং হন্থে হায়বা মরম্না শ্রীসঙ্কর্ষণবু থোইদোক্না শ্রীবলরামগী অংশ হায়বদি স্বরূপ অমনী হায়না হায়রিবনী। মসিনা শ্রীসঙ্কর্ষণগী থোইদোকপা তত্বনী ( রারোম্নী )।

হ্লাদিনী, সন্ধিনী অমসুং সংবিৎ হায়বা শক্তি অহুমসিবু চিচ্ছক্তি

কৌয়ি। পয়ারসিদা সঙ্কর্ষণবু চিচ্ছক্তিগী আশ্রয়-নী ( তৃপ্তকম্মী ) হায়রি। চিচ্ছক্তি হায়রসিদি স্বরূপ য়েংলুবগদি পূর্ণশক্তিমান্ শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিনী, মরমত্তুনা চিচ্ছক্তিগী আশ্রয়স্তু শ্রীকৃষ্ণনী, অতৈ কনাশু নত্তে। তুংদা লাক-দৌরিবা পয়ার অনীদগী খণ্ডবা ওত্নদি অসিনী—শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাদগী চিৎ-শক্তিগী মছক ওইবা উপাদান-না ( মচাক্লা ) শ্রীসঙ্কর্ষণ-না বৈকুণ্ঠনচিংবা ভগবদ্ধাম পুম্নমক প্রকট ওইহনবনী। মসিনা তাকপবু, বৈকুণ্ঠনচিংবা ভগবদ্ধাম পুম্বনা বিলাস ওইননবগী থোরকফম ওইরিবা চিৎশক্তিগী অংশত্তগী অধ্যক্ষ নত্রগা নিয়ন্তাদি শ্রীসঙ্কর্ষণ-নী, মরমত্তুনা মফমসিদা আশ্রয়-গী অর্থদি অধ্যক্ষ নত্রগা নিয়ন্তা-নী।

শ্রীসঙ্কর্ষণবু কারণেব কারণ (থোরকফমগী থোরকফম) হায়কবনী মরমদি অসিনী—জগৎকী নিমিত্ত অমস্তুং উপাদান কারণ ওইরিবা পুরুষ-নচিংবা অবতারশিংদুগীস্তু কারণ নত্রগা মূল-দি শ্রীসঙ্কর্ষণ-নী, মরমদি শ্রীসঙ্কর্ষণদগী পুরুষনচিংবা অবতারশিং থোরকপনী।

## মূল ৪২

চিচ্ছক্তি বিলাস এক—'শুদ্ধসত্ত্ব' নাম।
শুদ্ধসত্ত্বময় যত বৈকুণ্ঠাদি ধাম ॥ ৪২ ॥

### শব্দার্থ

চিৎ-শক্তিবিলাস – চিৎশক্তিনা ওইরকপা পোৎ, এক—অমা, শুদ্ধ সত্ত্ব—মায়া-পত্তবা সত্ত্ব ( ওইবগী মতৌ ), নাম—মিং, শুদ্ধসত্ত্বময়—শুদ্ধসত্ত্বনা মচাক ওইরগা শাগংলকপা, যত—লৈরিবা পুম্বা, বৈকুণ্ঠ-আদি—বৈকুণ্ঠনচিংবা, ধাম—মফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চিৎশক্তিগী মছক অমবু শুদ্ধ সত্ত্ব কৌয়ি। বৈকুণ্ঠ-নচিংবা লৈরিবা ধাম পুম্নমক শুদ্ধ-সত্ত্বনা মচাক ওইনা শেম্বা ওাক্তনী।

## মূল ৪৩

ষড়্‌বিধ ঐশ্বর্য্য তাঁহা—সকল চিন্ময়।
সঙ্কর্ষণের বিভূতি সব জানিহ নিশ্চয় ॥ ৪৩ ॥

### শব্দার্থ

ষড়্‌বিধ—মথল তরুকী ; ঐশ্বর্য্য—লন , তাঁহা—মতুদা ( বৈকুণ্ঠ-নচিংবা ধামদা ) ( লৈ ) , সকল—লোইনমক , চিন্ময়—চিৎ-ডাক্তনী, প্রাকৃত—নত্তবনী ; সঙ্কর্ষণের—সঙ্কর্ষণগী , বিভূতি—লন, মতীকময়াই , সব—লোইনমক , জানিহ—খঙ্ঙু ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( বৈকুণ্ঠনচিংবা ধামশিং ) অতুদা ঐশ্বর্য্য মথল তরুক লৈ , লোইনমক চিন্ময়নী ( প্রাকৃত নত্তে )। লোইনমক সঙ্কর্ষণগী বিভূতি ( মহিমা ) ডাক্তনী হায়বসে লেপ্পমক খঙ্ঙু ।

### নৈনরোল

চিৎশক্তিগী আশ্রয় হায়বদি অধ্যক্ষ ওইনা শ্রীসঙ্কর্ষণ-না করি থবক তৌবগে হায়বতু পয়ার ৪২/৪৩-দা নৈনরি । বৈকুণ্ঠনচিংবা ভগবান্‌গী ধাম পুম্নমক অতুগা মথল তরুকী ঐশ্বর্য্য পুম্নমকপু সঙ্কর্ষণ-না অধ্যক্ষ ওইনা য়েংলগা চিৎশক্তিনা প্রকট ওইহন্‌বনী , মরমতুনা মখোয় লোইনমকপু সঙ্কর্ষণগী বিভূতিনী হায়বদি মহিমানী হাযরিবনে ।

### মূল ৪৪

'জীব' নাম তটস্থাখ্য এক শক্তি হয় ।

মহাসঙ্কর্ষণ সব জীবের আশ্রয় ॥ ৪৪ ॥

### শব্দার্থ

জীব—থরাই-পান্‌বা পোৎ , নাম—কৌবা , তটস্থ-আখ্য—চিদাই-ভাবা কৌবা , এক—অমা ; শক্তি—মঙম , হয়—লৈ , মহাসঙ্কর্ষণ —মহাসঙ্কর্ষণ , সব জীবের—জীব পুম্বগী , আশ্রয়- ভূঙফম ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীব কৌবা তটস্থা শক্তি অমা লৈ। মহাসঙ্কর্ষণদি জীব পুম্নমকী ভূঙফমনী ।

### মূল ৪৫

যাহা হৈতে বিশ্বোৎপত্তি যাহাতে প্রলয়

সেই পুরুষের সঙ্কর্ষণ সমাশ্রয় ॥ ৪৫ ॥

### শব্দার্থ

যাহা হৈতে—মতুদগী ( পুরুষ অতুদগী ), বিশ্ব-উৎপত্তি—বিশ্ব পোকপা নত্রগা শেম্বা , যাহাতে—মতুদা , প্রলয়—তুম্বা, লোইবা , সেই পুরুষের—পুরুষ অতুগী ( কারণার্ণবশায়ী পুরুষগী ), সঙ্কর্ষণ—সঙ্কর্ষণ-না , সমাশ্রয়—মরু তুঙফম্নী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতোন্দগী বিশ্ব থোরক্লগা মতোন্দা প্রলয় ওইরিবা, অতুগুম্বা পুরুষগী ( কারণার্ণবশায়ীগী ) আশ্রয়দি সঙ্কর্ষণ-নী ।

## নৈনরোল

মূল-পয়ার ৪১-শুবদা সঙ্কর্ষণবু **কারণের কারণ** ওই হায়খ্রে , হৌজিক পয়ার ৪৪/৪৫-দা মতুগী মরম হায়রি । জীব শক্তি হাযবদি তটস্থা-শক্তিগী অংশনী জীবদি। শ্রীসঙ্কর্ষণসি জীব পুম্নমক্কী আশ্রয়নী , সৃষ্টি হোৌবা মতমদা সঙ্কর্ষণ-না কারণার্ণবশায়ী পুরুষ ওইনা মহাক্কী দেহদগী জীব পুম্নমক পুথোরকয়ি অমুগা মহাপ্রলয়দমু মহাক্না কারণার্ণবশায়ী ওইনা পুম্নমকপু মহাক্কী দেহমুংদা আকর্ষণ তৌয়ি ( চিংশল্লী ) । মতৌ অসুম্না শ্রীসঙ্কর্ষণ সৃষ্টিনচিংবা থবক্কী মূল অধ্যক্ষ নী । সৃষ্টিনচিংবগী সাক্ষাৎ কারণদি কারণার্ণবশায়ী পুরুষনা ওইরবসু সঙ্কর্ষণনা কারণার্ণবশায়ীগী থোরক্ফম মূল ওইবনীনা সঙ্কর্ষণসে **কারণের কারণ** (থোরকফমগী থোরকফম) ওইরে।

## মূল ৪৬

সর্ব্বাশ্রয় সর্ব্বাদ্ভুত ঐশ্বর্য্য অপার ।
অনন্ত কহিতে নারে মহিমা যাহার ॥ ৪৬ ॥

### শব্দার্থ

সর্ব্ব-আশ্রয়—পুম্নমক্কী তুঙফম , সর্ব্ব-অদ্ভুত—হীরম পুম্নমক্তা ঙক্লঙাই-ওইবা , ঐশ্বর্য্য—লন , অপার—মপাম্নাইদবা , অনন্ত—অনন্তদেব, শেষ , কহিতে—হায়বা , নারে—ঙমদে , মহিমা—মতীক-ময়াই , যাহার—মহাক্কী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুম্নমক্কী আশ্রয় হইবিবা, হীরম খুদীঙমক্তা ঙক্লঙাই ওইবা, মপাম্নাইদনা

লন-চেনবা, মাগী মহিমাবু অনন্তদেবনফাওবা হাযবা ঙমদবা, অদুগুম্বা মহাক্কী ( সঙ্কর্ষণ-নী ) ।

## নৈনরোল

অনন্তদেবদি আবেশ অবতারনী, মচীন লীশীঙ লোঙউ । চীন লীশীঙচুনফাওবা সঙ্কর্ষণগী মহিমাবু বর্ণন তৌবদা লোইবা ঙমদে ।

## মুল ৪৭

তুরীয় বিশুদ্ধসত্ত্ব সঙ্কর্ষণ নাম ।

তেঁহো যার অংশ—সেই নিত্যানন্দ রাম ॥ ৪৭ ॥

## শব্দার্থ

তুরীয়—মায়া-রাংমগী ওইবা, বিশুদ্ধসত্ত্ব—শুদ্ধ সত্ত্ব-ভাক্কগী ওইবা সঙ্কর্ষণ নাম—সঙ্কর্ষণ কৌবা, তেঁহো—মহাক ( সঙ্কর্ষণ ), যার—মহাক্কী, অংশ—শরুক, সেই নিত্যানন্দ রাম—মহাক নিত্যানন্দগী মচক ওইবা বলরাম-নী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়া-রাংমগী ওইবা, শুদ্ধসত্ত্বভাক্কগী ওইবা, মিংনা সঙ্কর্ষণ কৌবা মহাক্না মহাক্কী অংশ ওইরুবা অদুগুম্বা (অংশী ওইবা) মহাক্তো নিত্যানন্দগী মচক ওইবা বলরাম-নী ।

## নৈনরোল

শ্রীসঙ্কর্ষণদি পূম্নমক্কী আশ্রয়নী, হীরম খুদিংমক্তা অঙকপগী মচক ওইরিবনী, মহাক্কী ঐশ্বর্য্যাদি ঙমথে নাইদবনী, মহাক্কী মহিমাবু চীন-লীশীঙ-লোঙবা অনন্তনফাওবা লোইনা লীথোকপা ঙমজদে । অসিগুম্বা শ্রীসঙ্কর্ষণসে বলরামগী অংশনী । অদুগুম্বা শ্রীবলরামদুনা শ্রীনিত্যানন্দ ওইনা নবদ্বীপ-ধামদা অবতার তৌরম্বনী ।

## মুল ৪৮

অষ্টম-শ্লোকের কৈল সংক্ষেপে বিবরণ ।

নবম-শ্লোকের অর্থ শুন দিয়া মন ॥ ৪৮ ॥

## শব্দার্থ

অষ্টম—নীপান্‌শুবা , শ্লোকের—শ্লোক্কী , কৈল—তৌরে , সংক্ষেপে —শম্পৎনা , বিবরণ—মরোল লীবা , নবম-শ্লোকের—মাপন-শুবা শ্লোক্কী অর্থ—অর্থ , শুন- নাকোঙনা তাও , দিয়া—পীতুনা , মন—পূক্লীঙ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নীপালশুবা শ্লোকী শম্পৎপা মরোল হন্দোক্লে। মাপন-শুবা শ্লোক্কী অর্থ পূক্লীঙ চঙনা তাবিরে। ।

## মূল ৪৯

মাযাভর্ত্তাজাণ্ডসঙ্ঘাশ্রযাঙ্গ
শেতে সাক্ষাৎ কারণাম্ভোধিমধ্যে ।
যস্যৈকাংশং শ্রীপুমানাদিদেব-
স্তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥ ৪৯ ॥

অন্বয়নচিংবদি অহানবা পরিচ্ছেদগী মাপনশুবা শ্লোক-তা যেংবিযু ।

## মূল ৫০—৫১

বৈকুণ্ঠ-ব হি'ব যেই জ্যোতির্ম্ময ধাম ।
তাহার বাহিরে কাবণার্ণব নাম ॥ ৫০ ॥
বৈকুণ্ঠ বেডিয়া এক আছে জলনিধি ।
অনন্তঅপাব—তার নাহিক অবধি ॥ ৫১ ॥

## শব্দার্থ

বৈকুণ্ঠ-বাহিরে- বৈকুণ্ঠগী মাপান্দা ( বৈকুণ্ঠসি পববোমগী থোই-দোকপা শব্দক অমনা ) , যেই- মতু , জ্যোতির্ম্ময় ধাম—মঙাল-ঙাক্লগী লমদম , তাহাব—মতুগী , বাহিবে- বাংমদা , কারণার্ণব নাম—কারণ-অর্ণব কৌবা , বৈকুণ্ঠ—বৈকুণ্ঠবু ( মফমসিদা পববোম পূম্ববু হায়বিবনী ) , বেডিযা—কোযশন্দুনা , এক--অমা , আছে—লৈ , জলনিধি—সমুদ্র, ঈপাক , অনন্ত—ঙমখৈ-নাইদবা , অপার—লানঙমদবা , তার—মতুগী , নাহিক—লৈতে , অবধি—লোইবা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( পরব্যোমগী থোইদোকপা শরূক অমা ওইবা ) বৈকুণ্ঠগী মাপান্দা মণ্ডাল-ডাক্তগী লমদম লৈরিবা অদুগী ব্রাংমদা কাবণার্ণব কৌবা সমুদ্র অমা বৈকুণ্ঠ ( পরব্যোম পুম্নবু ) কোযশন্দুনা লৈ। ( মতু ) ঙমখৈ নাইদবনী, ( অদুনা ) লানংঙমদবনী। মাগী অরোয়বা লৈতে।

**নৈনব্রোল**

পবব্যোম-বু কোযশন্দূনা বিরজানদী হাযবদি কারণার্ণব কৌবদু লৈ। বৈকুণ্ঠ-শব্দগী ব্যাপক অর্থদা পরব্যোম পুম্নমকপু খঙহন্নবা ঙম্মী। মরমদি, মাযাগী ব্রাংমদা লৈবা মফম্ব বৈকুণ্ঠ কৌবা যাই, পরব্যোমগী সবিশেষ অংশনা মায়াগী ব্রাংমদা লৈবগুম নির্ব্বিশেষ অংশ হাযবদি সিদ্ধলোক-সু মাযা চঙদবনী। অদুনা **বৈকুণ্ঠ বেড়িযা** হাযবসিগী বৈকুণ্ঠসিনা পরব্যোম পুম্নবু হায়ব্রিবনী হায়না লৌবা তাই।

**মূল ৫২**

বৈকুণ্ঠের পৃথিব্যাদি সকল চিন্ময।
মাযিক—ভুতেব তথি জন্ম নাহি হয়॥ ৫২॥

**শব্দার্থ**

বৈকুণ্ঠেব—বৈকুণ্ঠগী, পৃথিবী-আদি—লৈপাক্লচিংবা, সকল—পুম্নমক, চিন্ময—চিৎ-ডাক্তনী, প্রাকৃত-নত্তবনী, মায়িক-ভূতের—ক্ষিতি ( লৈবাক ), অপ্ ( ঈশীঙ ), তেজ ( মৈ ), মরুৎ ( নুংশীৎ ) অদুগা ব্যোম ( অতিয়া ) হাযবা প্রাকৃত ভূত মঙাগী, তথি—মফমদুদা ( পববোামদা ), জন্ম—পোকপা, নাহি হয—ওইদে।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

বৈকুণ্ঠগী পৃথিবীনচিংবা ( পঞ্চভূত ) পুম্নমক চিৎ-ডাক্তগীনী। মফমদুদা প্রাকৃত ভূত মঙা পোক্তে।

**মূল ৫৩**

**চিন্ময জল সেই পরম কারণ।**
**যার এক কণা, গঙ্গা পতিত-পাবন॥ ৫৩॥**

### শব্দার্থ

চিন্ময় জল – ( বৈকুণ্ঠগী ) চিৎ-কী ইশীঙ ; সেই— অতুমক ; পরম— মরুওইবা , কারণ—থোরকফম , যার—মতুগী , এক—অমা , কণা-- —ঈরীক , গঙ্গা—গঙ্গা , পতিত পাবন—মায়ালাংদা থুত্না তুরবা মীবু লান্‌বীবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( কারণার্ণবগী ) চিন্ময় ওইবা ইশীঙ অসিমক মরু ওইবা থোরকফম্নী। মাগী ঈরীক অমনা সংসার-মাযাদা তারবা মীবু লানবীবা গঙ্গাতুনী।

### নৈনরোল

বৈকুণ্ঠগী চিন্ময ওইবা পঞ্চভূত অতুগী অথোইবা অমা ওইরিবা চিন্ময জলতু থোরকফম মরুনী ( পরম কারণ-নী ) অতুগা মতুনা বিরজা-নদী থল্লিবনী , পরমকাবণগী মছক ওইবা চিন্ময জল অসিনা থল্লে হাযতুনা বিরজাবু কারণার্ণব কৌবিবনী হাযবসিন্ তাল্লি।

### মূল ৫৪

সেই ত কাবণার্ণবে সেই সঙ্কর্ষণ।

আপনার এক অংশ করেন শয়ন ॥ ৫৪ ॥

### শব্দার্থ

সেই—মতু , ত—লেপমক , কাবণ-অর্ণবে—কারণ সমুদ্রদা , সেই সঙ্কর্ষণ—সঙ্কর্ষণ অতুনা , আপনার—মছামক্কী , এক অংশে—অংশ অমনা , কবেন--তৌযি , শযন—হিপ্পা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কারণ-অর্ণবদা সঙ্কর্ষণ মছামক্কী অংশ অমনা চেপ্পী।

### নৈনরোল

কাবণার্ণবশাযী পুরুষ অসি সঙ্কর্ষণগী অংশনী। মসি কাবণার্ণবশাযীগী তত্বনী।

### মূল ৫৫

মহৎস্রষ্টা পুরুষ তেঁহো জগত-কারণ।

আদ্য অবতার করে মাযায ঈক্ষণ ॥ ৫৫ ॥

## শব্দার্থ

মহৎস্রষ্টা - মহৎতত্ত্ববু সৃষ্টি তৌবা, পুরুষ—পুরুষ, তেঁহো—মহাক, জগত-কারণ—জগৎকী থোরকফম, আছ্য—অহানবা, অবতার—অবতার, করে—তৌয়ি; মায়ায—প্রকৃতিদা ইক্ষণ—মীৎয়েং তাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক মহৎ-তত্ত্ববু শেম্বা ( অহানবা ) পুরুষনী। জগৎকী থোবকফম ওইবা, অহানবা অবতার মহাক্না মায়াদা মীৎযেং তাখি।

## নৈনরোল

**মহৎস্রষ্টা**—মহৎ-তত্ত্ববু শেম্বা। সত্ত্ব, রজ, অমসুং তম হাযবা গুণ অহুমসিগী চাংমান্নবা ফীভম্ ( সাম্যাবস্থা-বু ) প্রকৃতি কৌয়ি। মহাপ্রলযদা ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক তুম্লবদা ব্রহ্মাণ্ড পূম্নগী জড ( থবাই-যাওদবা ) ওইবা শব্দক অদু বূপ্লবা মওংদা প্রকৃতিগী মছক লৌয়ি। প্রকৃতিদদি সত্ত্বনচিংবা গুণ অহুমদ চাংমান্ননা লৈবা মবম্না প্রবৃতি লেঙ-খেৎপা ( গতি ) ঙমদে হায়বদি ছক-ওনবা ঙমদে। করিগুম্বা পোংকী চাংমান্নবা ফীভম্ ( সাম্যাবস্থাবু ) মাঙহনগে হাযববদি মপাল্লোমদগী শক্তি অমা শীঙনবা তারে। সৃষ্টি হৌরমদাইদা কারণার্ণবশায়ী পুরুষনা প্রকৃতিদা যেংশন্দুনা মওোন্দা শক্তি শীঙনৈ, শক্তিদুগী প্রভাবনা প্রকৃতিগী সাম্যাবস্থাদু মাঙডুনা অদুগা প্রকৃতিসু ছক ওল্লী ( বিকার ওই )। মাতোংমুদা প্রকৃতিগী বিকার ওইরবদা মাগী ইহান-হানবা বিকার-বু মহৎ হায়বাদ **মহৎ-তত্ত্ব** কৌয়ি। মহত্তত্ত্বসি মন ( পুক্নীং ) নত্রগা মনন ( পুক্নাংঙনা খনবা ) কৌযি। মনন-বু নিশ্চয়াত্মিকা ( চপ-চাবা-পোল্লেপ-ওবা ) বুদ্ধি হায়না খঙনৈ। মবমদুনা নিশ্চযাত্মিকা বুদ্ধিসি মহৎ তত্ত্বনী। কারণার্ণব-শায়ীগী শক্তিনা প্রকৃতিদগী মহৎ তত্ত্ব পোকম্বি হাযবনা কারণার্ণব শায়ী মহৎতত্ত্বগী সৃষ্টিকর্ত্তানী হাযরিবনী।

**পুরুষ**—পিপর্ত্তি পুবযতি বলং য (শব্দকল্পদ্রুম), বল হাযবদি শক্তি পুরণ তৌরিবা ( হাণজিল্লিবা ) মহাক অদু পুরুষ-না। কারণার্ণবশায়ীনা প্রকৃতিদা শক্তি পূরণ তৌশল্লগা মহাকপু জগৎ সৃষ্টি তৌবদা থৌজল্লা হায়দুনা কারণার্ণবশায়ীবু পুরুষ কৌরিবনী।

**মায়ায় ঈক্ষণ**—প্রকৃতিগী অতোপ্পা মমিং অমদি মাযা কৌযি। ঈক্ষণ শব্দগী অর্থনা য়েংশনবা, মীৎয়েং তাবা হায়বনী। কারণার্ণবশায়ীনা

প্রকৃতিগী অন্তর্য্যামী ওইনা অরাপ্পদগী প্রকৃতিদা মীৎযেং তাই অদুগা মীৎযেংসিনা শক্তিসঞ্চার ( হানুজনবা ) তৌরগা প্রকৃতিগী সাম্যাবস্থাবু থুগাযবগা প্রকৃতিবু জগৎ সৃষ্টি তৌহল্লী।

মূল ৫৬

মায়াশক্তি রহে কারণাব্ধির বাহিরে।
কারণ-সমুদ্র মায়া পরশিতে নারে ॥ ৫৬ ॥

শব্দার্থ

মায়াশক্তি—প্রকৃতি, রহে—লৈ, কারণ-অব্ধির—কারণ সমুদ্রগী, বাহিরে—মাপান্দা, কারণসমুদ্র—কারণসমুদ্র, মায়া—মায়ানা, পরশিতে—শোকপা, নারে—ঙমদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়া-শক্তিদি ( প্রকৃতিদি ) কারণ-সমুদ্রগী মাপান্দা লৈ। কারণ-সমুদ্রবু মায়ানা শোকপা ঙমদে।

নৈনরোল

মায়াদি শ্রীকৃষ্ণগী বহিরঙ্গা-শক্তিনী হায়রুনা মাবু মায়া শক্তি হায়রিবনী। মায়াসি শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি ওইরবসু বহিরঙ্গা শক্তিনী, শ্রীকৃষ্ণ, শ্রীকৃষ্ণগী পরিকর, শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ অতৈ অতৈ অদুগা মথোয় মথোয়গী পরিকরশিং, শ্রীকৃষ্ণগী ধামগী অদুগা শ্রীকৃষ্ণ-স্বরূপ পুম্নমক্কী ধামশিংগী রাংমদা মতম পুম্নদা লৈ। মাপান্দা লৈরবসু মায়াবু মতমপুম্বদা শ্রীকৃষ্ণনা নিয়ন্ত্রণ ( হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী থৌশীল-মথাদা লৈহনবা ) তৌয়ি। শ্রীকৃষ্ণগী নিয়ন্ত্রণ-দা লৈবসিনা মায়াবু শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিনী হায়বগী প্রমাণ্নী। অদুগা মায়ানা শ্রীকৃষ্ণগী আশ্রয় নত্তনা লৈবা ঙমদে হায়বসিসু মায়াসে শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিনী হায়বগী প্রমাণ অমত্তুনী।

কারণ-সমুদ্রদি প্রাকৃত-নত্তবনীনা মায়ানা মাবু শোকপদি ওইথোক্তে, মরমত্তুনা পুরুষনা অরাপ্পদগী মায়াবু যেংবনী।

মূল ৫৭

সেই ত মায়ার দুইবিধ অবস্থিতি।
জগতের উপাদান প্রধান প্রকৃতি ॥ ৫৭ ॥

## শব্দার্থ

সেই ত—মতুমক, মায়ার—মায়াগী, দুইবিধ—মখল অনী থোকপা, অবস্থিতি—মওই, লৈবা মরৈ, জগতের—জগৎকী, উপাদান—মচাক, প্রধান—প্রধান কৌবা, প্রকৃতি—প্রকৃতি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়ানা লৈরিবা মরৈসি মখল অনীনী। জগৎকী উপাদান (মচাক) ওইনা 'প্রধান' অমুগা (নিমিত্ত হায়বদি জগৎ-শেম্বা ওইনা) প্রকৃতি হায়বসিনী।

## নৈনরোল

মমাঙগী ৫৫ পয়ারদা জগৎকী কারণদি কারণার্ণবশায়ীনী হায়খ্রে। অমুবু সাংখ্যদর্শনগী মত মতুঙ ইন্না মায়া হায়বদি প্রকৃতিনা জগৎকী কারণ (থোরকফম) ওই হায়বসিনী। তুংদা লাক্কদবা পয়ার তরেৎতা গ্রন্থকারনা উৎলি, মতুদি—প্রকৃতিনা জগৎকী কারণ ওইবা ঙমদে পুরুষতনা জগৎকী কারণ ওইবনী।

সাংখ্যনা হায়রি—মায়ানা জগৎকী উপাদান অমসুং নিমিত্ত কারণ অনীমক ওই। জগৎকী উপাদান-কারণ ওইবা মায়াগী অংশবু প্রধান নত্রগা মায়া কৌয়ি। অমুগা জগৎকী নিমিত্ত কারণ ওইবা মায়াগী অংশবু প্রকৃতি নত্রগা জীবমায়া কৌয়ি। অসুম্না কাঙলুপ খায়দোক্লবসু মহৌশানা ময়ামদি মায়াবু প্রকৃতি হায়না অমুগা প্রকৃতিবুসু মায়া হায়না কৌনৈ।

করিগুম্বা পোৎ অমা শাবা মীবু (কর্ত্তাবু) পোৎতুগী নিমিত্ত কারণ কৌযি। পোৎতু শাবদা চঙলিবা মচাক ওইবা পোৎপু পোৎতুগী উপাদান কারণ কৌয়ি। মতুদি, চফু শাবনা লৈখোম্না চফু শায়, মসিদা চফুশাবা মীসি চফুগী নিমিত্তকারণ-নী, অমুগা লৈখোম্না উপাদান কারণ হায়বতুনী।

সাংখ্যগী মত মতুঙ ইন্না মায়াদি স্বতঃ পরিণামশীলানী (মথন্তুনা পঙওইদা ওইবা ঙম্বীনী)। মরমতুনা মায়াগী মরম্নাই শক্তিনা মায়ানা জগৎকী নিমিত্ত-কারণ ওইবা ঙম্মী। অমুবু কবিরাজ গোস্বামীনা উৎ-লক্কদৌরি মতুদি—প্রকৃতিদি জড় ওইবা (থরাই পান্দবা) পোৎনী, জড ওইবা পোৎতি স্বতং-পরিণামশীলা ওইবা ঙমদে, মরমতুনা জড-প্রকৃতিনা জগৎকী নিমিত্ত-কারণসু ওইবা ঙমদে অমুগা উপাদান কারণসু ওইবা ঙমদে।

মায়ানা জগৎকী উপাদান কারণ ওইবা ঙমদে হায়বসি পযার অহুমদা উৎলগা হায়থরক্লি।

## মুল ৫৮

জগৎ-কারণ নহে প্রকৃতি জড়রূপা।
শক্তি সঞ্চারিয়া তারে কৃষ্ণ করে কৃপা ॥ ৫৮ ॥

## শব্দার্থ

জগৎ-কারণ—জগৎকী কারণ, নহে—নত্তে, প্রকৃতি—প্রকৃতি, মাযা, জড়রূপা—থবাইপান্দবী, শক্তি—শক্তি, সঞ্চারিয়া—হাপচল্লগা, তারে - মাবু, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, করে—তৌয়ি, কৃপা—থৌজান।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রকৃতিদি ( মাযাদি ) থবাই-পান্দবনী, মরমতুনা জগৎ-কী কারণ নত্তে। শ্রীকৃষ্ণনা শক্তি হাপ্পল্লগা মাবু ( প্রকৃতিবু ) থৌজান্‌বিবনী।

## নৈনরোল

**জগৎ-কারণ**—জগৎকী কারণ ( জগৎ-শেম্বা নত্রগা জগৎকী মচাক )। প্রকরণগী সঙ্গতি ( নাতৈ ) য়েংলগদি মফমসিদা কারণশব্দগী অর্থদি উপাদান ( মচাক ) কারণ-বু হায়রিবনী। মায়াদি জগৎকী উপাদান কারণ ওইবা ঙমদে, মরমদি প্রকৃতি জড়রূপা হায়রি, হাযবদি প্রকৃতিদি জড-নী ( থবাই পান্দে )। প্রকৃতিবু স্বতঃপরিণামশীল ওই হায়তুনা লৌরগা সাংখ্যনা হাযরি—প্রকৃতিনা মথন্তনা মহত্তত্বনচিংবা, ইন্দ্রিয়নচিংবা, পঞ্চ-তন্মাত্রানচি বা, পঞ্চভূতনচিংবা অমসুং অকোযবদা উবা ফংলিবা জগৎকী মনুঙদা লৈবা উনরিবা পোৎপুম্মকী তোঙান-তোঙানবা উপাদান ওইনা ওনথৎলকপা ঙম্মী। মসিগী পাউখুমদা কবিরাজ গোস্বামীনা হাযরি প্রকৃতিদি থবাইপান্দবনী ( অচেতন, জড়রূপানী ), মসিনা পুরিবা ভাব তি অসিনী—প্রকৃতিদি জড়রূপা ওইবা মরম্না মহাক স্বতঃপরিণামশীল ( মথন্তনা মওঙ্গ মওঙ্গ ওনখৎলক্কনবা ) ওইবা ঙমদে, মবমতুনা প্রকৃতিনা মছা মথন্তনা জগৎকী তোঙান্‌ তোঙান্তারিবা পোৎকী তোঙান্‌-তোঙান্‌বা উপাদান ওইনা ওন্‌থৎলকপা ঙমদে।

তশেংনমক প্রকৃতিনা স্বতঃপরিণামশীল ওইবব'দি পরিণামশীল ওইবসি

মাগী স্বরূপকী ওইবা ধর্ম্ম ওইগনী, স্বরূপকী ওইবা ধর্ম্মদি কদোইঙেদসু স্বরূপ অদুবু থাদোকপা ঙমদে, মরমদুনা মতম পুম্নমক্তা—মহাপ্রলয়দসু—প্রকৃতিসে স্বতঃ—পরিণামশীল ওইদুনা অদুম লৈবগা থবক তৌথগনী। মরমদি মঙোন্দা বাধা পীননবা মরম করিসু লৈতে। অদুবু মহাপ্রলয়দা প্রকৃতিগী গুণ অহুম্মক চাঙদা মান্নবা (সাম্যাবস্থা) ফংঙী, সৃষ্টি অমূক হন্না তৌড্রিঙেদা প্রকৃতিগী সাম্যাবস্থাসি অদুম মবৈ, হাযবদি অতোপ্পা অবস্থাদা ওল্লকপা লৈতে। প্রকৃতিনা স্বতঃ—পরিণামশীল ওইববোই-দি মহাপ্রলযগী শাংলবা মতমদু চুপ্পা সাম্যাবস্থাসি লৈবা ওইথোক্লোই। অদুনা সাম্যাবস্থাসি মতম শাংনা লৈবনীনা পরিণামশীল ওইবদি প্রকৃতিগী স্বরূপগত ধর্ম্ম নত্তে, হায়বদি প্রকৃতিদি পবিণামশীল নত্তে হাযবা তাক্লে।

প্রকৃতিদি জড়নী, অচেতন—নী (থবাইপান্দবনী)। থব্রাইপান্দবা পোৎকী বুদ্ধি লৈতে অদুগা বিচার-শক্তি লৈত্তে, বুদ্ধি—লৈতবা অদুগা বিচার শক্তি লৈতবা পোৎনা মছা মথন্তনা মথল মথাগী তোঙান্—তোঙানবা উপাদান ওইনা ওনথৎলকপদি ওইথোক্তে। মরমদি মথল মথেল নাইবদি বুদ্ধি অমসুং বিচারগী থোরকপা ফল ওইগদবনী। সাংখ্যনা হায়রিবা চেতন-যাওদবা প্রধান (প্রকৃতি) অসি বেদান্তবাক্যগী মতুঙ ইন্না জগৎ কারণ ওইবা য়াদে, মবমদি প্রধান—না জগৎকারণ ওইবা ঙম্মা হায়বগী শ্রুতি-প্রমাণ অমতা লৈত্তে, শ্রুতি-প্রমাণ লৈতে হাযরিবদি কবিনৌনো? মরমদি—জগৎকী কারণ ওইবা মহাক্তুদি দর্শন—কর্ত্তা—নী (যেংবগী থবক তৌবনী) হায়বসি শ্রুতিদা ফংঙী। চেতন—যাওদবা প্রকৃতিনা জগৎ—কারণ ওইবা ঙমদে হাযবা অদুগা চেতন—য়াওদবা প্রকৃতিনা জগৎ—কারণ ওইবদি শ্রুতিনা যাদে হাযবসি শ্রীমৎশঙ্করাচার্য্যনসু হায়। জগৎকী কারণ ওইবা মহাক্তুদি শ্রুতিগী মতুঙ ইন্না দর্শন-কর্ত্তানী। মবমদুনা মহাক্কী দর্শন-শক্তি (য়েংবা ঙম্বা হাযবদু) লৈ, মরমদুনা মহাক অচেতন (থব্রাই—পান্দবা) ওইবা য়াদে, মহাক্তি চেতন-নী। মরম মযামসিনা, জড়রূপা প্রকৃতিনা জগৎকী কারণ ওইবা য়াদে হায়না কবিরাজ গোস্বামীনা হাযরিবনী।

অদুদি করম্না প্রকৃতিনা সৃষ্টি—তৌবগী মতীক চাবা হায়বদু ওই? মদুগী পাউথুমদি—শ্রীকৃষ্ণনা শক্তি হাপ্পিরগা প্রকৃতিবু কুপা তৌবি। শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি ফংলগা প্রকৃতিনা জগৎকী উপাদান ওইবা ঙমজে। গুণ অহুম-চেন্‌বা প্রকৃতি অদুমতনা মথল—মথেল মপান্নাইদবা জগৎকী পোৎ ময়ামগী মচাক (উপাদান) মথেল মথেল ওইবা ঙম্বদি শূপ্নগী শ্রীকৃষ্ণশক্তিদনা ওইহনবননী,

শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিসিনা প্রকৃতিবু জগৎকী উপাদান ওইহল্লী অমসুং শক্তিসি নত্রগদি প্রকৃতিনা উপাদান ওইবা য়াদে হায়বনা তশেঙবা হায়বা তার-বোইদি শক্তিসিমক্তা জগৎকী উপাদান ওইবনী ; মরমহুনা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি-সিতনা ( হায়বদি শক্তিগী মছুক ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা ) জগৎকী উপাদান কারণ নী।

## মূল ৫৯

কৃষ্ণশক্ত্যে প্রকৃতি হয় গৌণ কারণ।

অগ্নিশক্ত্যে লৌহ যৈছে করয়ে জারণ ॥ ৫৯ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণশক্ত্যে—কৃষ্ণগী শক্তিনা, প্রকৃতি—প্রকৃতিনা, হয—ওই, গৌণ—তুংইনবা, কারণ—থোরকফম, অগ্নিশক্ত্যে—মৈগীশক্তিনা, লৌহ—যোৎনা, যৈছে—হুন্না করয়ে—তৌযি, জারণ—চাকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি ফংবনা প্রকৃতিনা ( জগৎকী ) তুংইনবা ( গৌণ ) থোবকফম ( কারণ ) ওই, মহুদি মৈগী শক্তি ফংলগা যোৎনা ( পোৎ ) চাকপা ঙম্বগুন্না।

### নেনরোল

মৈগা লোয়নরত্রবদি পোৎ মছামক্তা কবিগুম্বা পোৎ অমতবু চাকপা ঙমদবগুম কৃষ্ণ-শক্তিগা লোয়নত্রবদি প্রকৃতিসু জগৎকী উপাদান-কারণ ওইবা ঙমদে। যোৎকা সঙ্গ তৌকত্রবসু মৈদি চাকপা ঙম্মী, মতৌ অহুগুম্না প্রকৃতি যাওত্রবসু কৃষ্ণশক্তিনা জগৎকী উপাদান ওইবা ঙম্মী ( মহুদি—ভগবান্‌গী ধাম-নচিংবগী উপাদান-দি শ্রীকৃষ্ণগী চিচ্ছক্তিনী )। মরমসিনা কৃষ্ণশক্তিবু জগৎকী মূল ( মরু ) ওইবা উপাদান ওই হায়ব্রিবনী।

## মূল ৬০

অতএব কৃষ্ণ মূল জগত-কারণ।

প্রকৃতি কারণ যৈছে অজাগল-স্তন ॥ ৬০ ॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমহুনা, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, মূল—মরুওইবা,

জগত-কারণ—জগৎকী থোরকফম , প্রকৃতি—প্রকৃতিনা , কারণ—থোরকফম (ওই) , যৈছে—গুম্না , অজা—হামেঙ , গল—ওক , স্তন—থোম , ( অজা-গল-স্তন—হামেংগী ওক্তা পান্‌বা থোম-মান্‌বা শদোং )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমত্থনা শ্রীকৃষ্ণনা মরু ওইবা জগৎ-থোরকফম্নী। প্রকৃতিনা থোরকফম ওইবদি হামেঙগী ওক্তা পান্‌বা ( থোম-মানবা ) শদোংগুম্বনী।

## নৈনরোল

কবি করিগুম্বা হামেঙ অমোমগী মওক্তা থোমজীন মান্না তোঙখৎতুনা লৈবা যাওযি , অদুবু মদুদগী থোম্-হীদি থোক্তে। মতৌ অদুগুম্না প্রকৃতিনা জগৎকী উপাদান-কারণ ওইবগুম মানবতনী, শ্রীকৃষ্ণনা শক্তি হাপত্রবদি মানা জগৎ শেম্বা ঙমদে।

## মূল ৬১

মাযা-অংশে কহি তারে নিমিত্ত-কারণ।
সেহ নহে যাতে কর্ত্তা-হেতু নারায়ণ ॥ ৬১ ॥

## শব্দার্থ

মাযা-অংশে—মায়াগী ( প্রকৃতি ) হাযবদি জীবমাযা কৌবা অংশদা , কহি—হায়রিবনী ( ঐনা ) , তারে—মাবু , নিমিত্ত-কারণ—কর্ত্তা , সেহ নহে—মদুস্মু ওইবা য়াদে , যাতে—মরমদি , কর্ত্তা-হেতু—পুথোক গুম্বা থোরকফম , নারাযণ—কারণার্ণবশায়ী নারায়ণ হায়বদি অহান্‌বা পুরুষ অবতারনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাযাগী জীবমাযা ( প্রকৃতি-অংশ ) অদুনা ( জগৎকী ) নিমিত্তকারণ ওই হাযনা ঐনা হায়রি। মদুস্মু নত্তে, মরমদি শ্রীনারায়ণ-না কর্ত্তাগী মছক ওইবা হেতু ( নিমিত্ত কারণ ) হাযবত্নী।

## মূল ৬২-৬৩

ঘটের নিমিত্ত-হেতু যৈছে কুম্ভকার।
তৈছে জগতের কর্ত্তা পুরুষাবতার ॥ ৬২ ॥

কৃষ্ণ কর্ত্তা, মায়া তাঁর করেন সহায় ।
ঘটের কারণ চক্র-দণ্ডাদি উপায় ॥ ৬৩ ॥

## শব্দার্থ

ঘটের – খুজাইগী, ফুগী, নিমিত্তহেতু—নিমিত্ত-কারণ (পোং শাবা), যৈছে—গুম্না, কুম্ভকার—চফু-শাবা, তৈছে—অদুগুম্না, জগতের—জগৎকী, কর্ত্তা—শেম্না মপু, পুরুষ-অবতার--অহানবা অবতার পুরুষ, কারণার্ণবশায়ী, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, কর্ত্তা--পোং-শাবা, মায়া--মায়ানা, তাঁর—মহাক্কী, করেন সহায়—তেংবাওঙী ঘটের--খুজাইগী, কারণ—গৌণ (তুংইনবা) নিমিত্তকারণ, চক্র-দণ্ডাদি—কাংখোঙ-চৈনচিংবনা, উপায—পাম্বে ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঘট-শাবদি (ঘটগী নিমিত্ত কারণ) চফুশাবা মীনা ওইবগুম জগৎ-শেম্নদি অহানবা অবতার পুরুষতুনী। শ্রীকৃষ্ণনা লৈশেম্বা কর্ত্তানী (নিমিত্ত কারণ হায়বতুনী), মায়ানা মওোন্দা তেংবাওঙী। ঘট শাবদা চক্র-দণ্ড-নচিংবনা (ঘট-শাবা মীগী) পাম্বে (ওইবগুম্বনী)।

## মূল ৬৪

দূরে হৈতে পুরুষ করে মায়াতে অবধান ।
জীবরূপ বীর্য্য তাতে করেন আধান ॥ ৬৪ ॥

## শব্দার্থ

দূরে হৈতে—অরাপ্পদগী, পুরুষ—ভগবান্না, করে—তৌযি, মায়াতে—মায়াদা, অবধান—যেংবা (দৃষ্টি), জীবরূপ—জীবগী মচুক ওইবা, বীর্য্য—মরূ, তাতে—মওোন্দা (মায়াদা), করেন—তৌযি, আধান—হাপচনবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অরাপ্পদগী আদ্য পুরুষ অবতার কারণার্ণবশায়ী ভগবান্না মায়াদা মীৎয়েং তাই, অদুগা জীবগী মচুক ওইবা বীর্য্য (মরূ) মওোন্দা (মায়াদা) হুনজল্লী ।

### নৈনরোল

পুরুষ-না মায়াবু শোকপদি তৌদবমথৈ অরাঙ্গদগী মায়াদা যেংশল্লগা সৃষ্টি তৌবগী শক্তি মাযাদা হাপ্‌চল্লী, শক্তিতুনা তৌরকপগী ফল ওইনা প্রকৃতিগী সাম্যাবস্থাবু থুগাইরকয়ি, প্রকৃতিগী ফীভম অদু ওইরবদা পুরুষগী দেহদা মহাপ্রলযগী মতম্‌দা চণ্ডতুনা লৈখিবা সূক্ষ্মজীব পুম্ববু মখোয় মখোয়গী অদৃষ্ট ( লাইবক ) ভোগ তৌননবা হায়তুনা প্রকৃতিদা পীথোকয়ি।

পুরুষনা জগৎকী কারণী হাযবত্ত নৈনবিবা পযারসিদা হাযরি। অদুগা মমাঙগী পয়ারশিংদদি কৃষ্ণবু জগৎ-কারণী হাযরগা পযাবসিদা পুরুষবু জগৎ-কারণী হায়বগী মরমদি অসিনী—শ্রীকৃষ্ণনা মছামক্কী অংশাবতার পুরুষ ওইরগা সৃষ্টিগী থবক তৌযি পুরুষসু শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিতনা সৃষ্টিগী থবক তৌবনী। মরমতুনা মূল কারণ-দি শ্রীকৃষ্ণ ওইরবসু পুরুষনা হেক চং-চণ্ডবা থুৎথোকপা কারণ হাযবতুনী।

### মূল ৬৫

এক অঙ্গাভাসে করে মাযাতে মিলন।
মাযা হৈতে জন্মে তবে ব্রহ্মাণ্ডের গণ ।। ৬৫ ।।

### শব্দার্থ

এক—অমা, অঙ্গ—অংশ, অঙ্গ-আভাসে—অংশ হাযবা মসিনা (চিৎকী আভাস ওইবা জীবগী মছক ওইনা), করে—তৌযি, মাযাতে—মায়াগা লোয়ননা, মিলন—তিন্নবা, মায়া হৈতে—মায়াদগী, জন্মে—পোকযি, তবে—অতুদদা (জীবগা মাযাগা তিন্নরবদদা), ব্রহ্মাণ্ডের গণ—ব্রহ্মাণ্ডখিবিক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরুষগী অঙ্গ-আভাস অমনা মায়াগা তিন্নৈ। অতুদগী মাযাদগী ব্রহ্মাণ্ড খিবিক পোকযি।

### নৈনরোল

**অঙ্গ-আভাসে**—অংশগী আভাসনা, চিৎকী আভাস ওইবা জীবনা। জীবদি তটস্থা শক্তিগী অংশনী, শক্তিগা শক্তিমান্‌গা ( শক্তিগী মপুগা ) খেন্নদবা মরম্না জীববু পুরুষগী অঙ্গ হাযবদি অংশ-নী হায়রিবনী, অদুবু জীবদি পুরুষমক্কী অংশ নত্তবনীনা মাবু অঙ্গাভাস হায়বদি অংশাভাস ( অংশগী মমি ) হায়বনী।

মায়াগী গুণশিংনা মথুম-মরাঙ হৌরবদা মাযাগা সূক্ষ্ম জীবগা তিন্নরবদি ব্রহ্মাণ্ডগী সৃষ্টি ওই। জীবগী অদৃষ্ট ( লাইবক হায়বদি মমাঙগী মপোক্তা তৌখিবা কর্ম্মগী ফল) ভোগ তৌনবগীদমক্তা জগৎপু সৃষ্টি তৌবনী। কাল ( মতম ), কর্ম্ম ( থবক ) অমসুং মায়াগী স্বভাবকী মতেঙনা মায়া শীজনরদুনা ঈশ্বর-শক্তিনা জীবগী ভোগ-তৌননবগী ওইবা হকচাঙ অদুগা মরাইবক্তা তম্লকপগী চাফম থোকপা পোৎ পুম্নমক সৃষ্টি তৌযি, কর্ম্ম হায়বদি জীবগী লাইবক্না মাগী ভোগ-তৌনবা পোৎ ( ভোগ্য বস্তু ) করি ওইগদগে হাযবদু লেপ্পী, জীবনা অদৃষ্টগী মতুঙ ইন্না ভোগায়তন-দেহ-দা চঙলগা অদৃষ্টগী তুং-ইন্বা ভোগ্য বস্তু পুন্না ভোগ তৌয়ি। মতৌ অসুম্না-ভোক্তা ( ভোগ-তৌবা ) জীব অমসুং মানা ভোগ তৌননবা প্রাকৃত ওইবা পোৎলমগা অনী লোয়নরগা সৃষ্টি হায়বদু ওই। জীবগা মায়াগা অনী তিন্নরবদি জীবগী লাইবকী ওইফম থোকপা সৃষ্টিসু ওইথোক্লোই। মরমসিনা জীবগা মাযাগা তিন্নরগা জগৎপোকপা য়ারিবনী।

অণ্ডগী ( মরমগী ) মওং মান্বা জগৎকী মনুঙদা ইহান হান্না ব্রহ্মা পোকখি হায়দুনা জগৎপু ব্রহ্মাণ্ড কৌরিবনী।

## মূল ৬৬

অগণ্য অনন্ত যত অণ্ড-সন্নিবেশ।

তত রূপে পুরুষ করে সভাতে প্রবেশ ॥ ৬৬ ॥

## শব্দার্থ

অগণ্য—শীঙলাক-ঙমদবা, অনন্ত—লোই-থম্বা-নাইদবা, যত—লৈরিবা খিবিক, অণ্ড সন্নিবেশ—ব্রহ্মাণ্ড মপে, ততরূপে—লৈরিবা পুম্বগী মওংদা, পুরুষ—কারণার্ণবশায়ী পুরুষনা, করে—তৌয়ি, সভাতে—লোইনমক্তা, প্রবেশ – চঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরুষ-না শীঙলাক ঙমদবা লোই-থম্বা-নাইদবা ব্রহ্মাণ্ড মপে লৈরিবা পুম্নমক্তা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংদা রূপ ( শক ) তোঙান্ তোঙান্না চঙদুনা লৈ।

## মূল ৬৭

পুরুষ-নাসাতে যবে বাহিরায় শ্বাস।

নিশ্বাস সহিতে হয় ব্রহ্মাণ্ড-প্রকাশ ॥ ৬৭ ॥

## শব্দার্থ

পুরুষ-নাসাতে—পুরুষগী নাতোন্দা, যবে—মতমতুদা, বাহিরায়—থোরকয়ি ; শ্বাস—ঙুংশাসোর ; নিশ্বাস সহিতে—সোরগা লোয়ননা ; হয়—ওই ; ব্রহ্মাণ্ড-প্রকাশ—ব্রহ্মাণ্ডবু ফোঙদোক্পা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কারণার্ণবশায়ী পুরুষনা সোর হোত্থোরকপা মতমদা সোরগা লোয়ননা ব্রহ্মাণ্ডসু থোরকয়ি ( হায়বদি ব্রহ্মাণ্ড-সৃষ্টি ওই )।

## নৈনরোল

"নাসতো বিদ্যতে ভাবো নাভাবো বিদ্যতে সতঃ। ( গীতা ২/১৬ )—লৈতবনা কদৌঙৈদসু লৈরকপা য়াদে, অরৈবনা কদৌঙৈদসু লৈতকা য়াদে।" নিয়মসিগী মতুঙ ইন্না—অনন্ত কোটি ব্রহ্মাণ্ড সৃষ্টি ওইরিবশিংসে সৃষ্টিগী মমাঙদা মওং অমদা কদায়দনো লৈরম্লিবনী, অদুগা মহাপ্রলয়গী মতুঙদা মওং অমদা কদায়দনো লৈগদৌরিব্বনী। কদায়দা করম্বা মওংদা লৈরম্বা অদুগা লৈগদৌরিবা হায়বদু হৌজিক হায়রি। মহাপ্রলয়গী মনুঙদা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমকসে সূক্ষ্ম ওইনা (কুপ্না) কারণার্ণবশায়ীদা লৈরম্মী, সৃষ্টি হৌরমদাযদা কারণার্ণবশায়ীদগী কুপ্পবা মওংদা থোরক্লগা প্রকৃতিগা লোয়নরবা মতমদা অপৌবা শক্-ওং ( স্থূল-রূপ ) লৌরকয়ি, অদুদগী অমুক মহাপ্রলয়দা মথোয়গী স্থূলরূপ অদু মাঙখ্রগা পুরুষগী তুখোঙ খুদিংদা চঙলগা কারণার্ণবশায়ীদা লীন ওইহনা লৈ। পুরুষগী মনুঙদা ব্রহ্মাণ্ড পুম্বা লৈরম্বসিনা মরম ওইহনা পুরুষনা ব্রহ্মাণ্ডপুম্বগী আশ্রয়নী ( তুঙফম্মী ) হায়বসে প্রমাণ তৌরি।

## মূল ৬৮

পুনরপি শ্বাস যবে প্রবেশে অন্তরে।<br>শ্বাস-সহ ব্রহ্মাণ্ড পৈশে পুরুষ-শরীরে॥ ৬৮॥

## শব্দার্থ

পুনরপি—অমুক হন্না ; শ্বাস—সোর, যবে—মতমদা, প্রবেশ—চঙঙী ; অন্তরে—মনুঙদা ; শ্বাস-সহ—সোরগা লোয়ননা, ব্রহ্মাণ্ড—ব্রহ্মাণ্ডনা ; পৈশে—চঙঙী, পুরুষ-শরীরে—কারণার্ণবশায়ী পুরুষগী হকচাঙদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমূক হন্না সোর মনুগুদা হোঙ্গনবা মতমদা সোরগা লোয়মনা ব্রহ্মাণ্ড-শিংহু কারণার্ণবশায়ী পুরুষগী হকচাঙ-মুংদা চঙ্ঙী।

## মৈনরোল

কারণার্ণবশায়ীগী দেহ-মুংদা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক চঙলিবসিবু মহাপ্রলয় কৌয়ি।

### মূল ৬৯

গবাক্ষের রন্ধ্রে যেন ত্রসরেণু চলে।

পুরুষের লোম কূপে ব্রহ্মাণ্ডের জালে॥ ৬৯॥

### শব্দার্থ

গবাক্ষের—শন্নগী মীৎমানবা মীৎহুখোঙগী, রন্ধ্রে—মথুন্দা, যেন—গুম্না, ত্রসরেণু—পরমাণু তরুক, চলে—চৎলী, পুরুষের—কারণার্ণবশায়ী-পুরুষগী, লোম-কূপে—তুখোঙদা, ব্রহ্মাণ্ডের জালে—ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শন্নীৎ-মানবা মীৎহুখোঙগী মথুন্দা উৎফুল্ল পরমাণু তরুক চত্তবগুম্না পুরুষগী তুখোঙদা ব্রহ্মাণ্ড পুম্না চঙ্ঙী।

### মূল ৭০

যস্যৈকনিশ্বসিত কালমথাবলম্ব্য

জীবন্তি লোমবিলজা জগদণ্ডনাথাঃ।

বিষ্ণুর্মহান্ স ইহ যস্য কলাবিশেষো

গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি॥ ৮॥

### শব্দার্থ

যস্য—মহাক্কী, একনিশ্বসিতকালম্—সোর অমূক হোনবগী মতম; অবলম্ব্য—চুপ্না, জীবন্তি—হিংঙী, লোমবিলজা—তুখোঙদগী থোরকপা, জগৎ-অণ্ড—ব্রহ্মাণ্ড, নাথাঃ—মপুশিং, (জগৎ-অণ্ড-নাথাঃ—ব্রহ্মাণ্ডগী মপু ব্রহ্মানচিংবা), বিষ্ণু—মহাবিষ্ণু (কারণার্ণবশায়ী); মহান্—অচৌবা,

সঃ—মহাক , ইহ—জগৎসিদা ; যস্য—মহাকী , কলা-বিশেষঃ—অংশগী অংশ-বিশেষ ; গোবিন্দম্—গোবিন্দবু , আদি পুরুষম্—ইহান্-হান্‌বা পুরুষবু ; তম—মহাকপু , অহম্—ঐনা , ভজামি—থুরুমজৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানচিংবা জগৎকী মপুশিংনা ( মহাবিষ্ণু ) মহাকী তুখোঙদগী থোরক্লগা মহাকী সোর হোন্‌বগী মতমদুদমক হিংঙৌ। অদূক-চাউবা মহাবিষ্ণু মহাক্তো ( কারণার্ণবশায়ীদো ) জগৎসিদা ( গোবিন্দগী ) কলা ( অংশগী অংশ ) অমতনী। অদুগুম্বা আদি ( ইহান্-হান্‌বা ) পুরুষ গোবিন্দবু ঐনা থুরুমজৈ।

### তৈনময়োল

শ্লোকসি ব্রহ্মসংহিতাদগী লৌথোকপনী ( ৫/৪৮ )। মসি ব্রহ্মাগী উক্তিনী। জগৎ-অণ্ডনাথাঃ—জগৎকী সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং প্রলযগী লাই ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব-বু হায়রিবনী। মখোয়সি মহাবিষ্ণুগী তুখোঙদগী থোরকপনী ; মসি হায়বগী ৱাদি অতৈ নত্তে, ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিবসি মহাবিষ্ণুগী কলা অমমম্‌তনী। মহাবিষ্ণুনা সোর অমূক হোন্‌বদা চঙবা মতমদুক্থক্তা মখোয় জগৎসিদা থবক তৌরি। অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি অসিনী মহাবিষ্ণুগী সোর-হোন্ অমুক্কী মনুঙদা জগৎতা ব্রহ্মাগী সৃষ্টি অদুগা বিষ্ণুগী পালন তৌবগী থবক তৌরি , মদুগী মতুঙদা সৃষ্টিগা পালনগা লেপ্পী হায়বদি জগৎ তুম্মী। তুম্বা মতমদা রুদ্রগী মছক ওইবা শিবনা সংহার তৌবদু চৎথৈ। অদুগুম্বা মহাবিষ্ণুদু আদিপুরুষ গোবিন্দগী কলানী (অংশগী অংশনী)।

### মূল ৭১

কাহং তমোমহদহং—খচরাগ্নিবার্ভূ-
সংবেষ্টিতাণ্ডঘটসপ্তবিতস্তিকায়ঃ।
ক্বেদৃগ্বিধাবিগণিতাণ্ডপরাণুচর্য্যা-
বাতাধ্বরোমবিবরস্য চ তে মহিত্বম্ ॥ ৭১ ॥

### শব্দার্থ

ক—কদায় , অহম্—ঐ ; তমঃ—প্রকৃতি , মহৎ—মহৎতত্ত্ব , অহম্—অহঙ্কার-তত্ত্ব ; খ—আকাশ ( অতিয়া ) ; চরঃ—নুংশীৎ , অগ্নি—মৈ ,

বাঃ—ঈশীঙ, ভূ—পৃথিবী, সংবেষ্টিত—কোয়শল্লবা, অণ্ডঘট—ঘটমূক চাউবা ব্রহ্মাণ্ড, সপ্তবিতস্তি-কায়ঃ—খুদুপ অহুম মথাযদমক ৱাংবা দেহ, ক্ব—কদায, ঈদৃগ্বিধা—অসিগুম্বা, অবিগণিত—শীঙলাকঙমদবা, অণ্ড—ব্রহ্মাণ্ড মযাম, পরাণুচর্য্যা—পরমাণু পূম্নমক্কী চৎলিবা, বাত অধব—নুংশীং চৎনবা মথূন্, বোম-বিবরস্থ—তুখোঙ পানবা, চ—অমসুং, তে—নহাক্কী, মহিত্বম—মহিমা ( মতীক-মযাই )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রকৃতি, মহৎ, অহঙ্কার ( ঐ হায়বা নাপল ), আকাশ ( অতিযা ), বায়ু-নুংশিৎ, তেজ ( মৈ ), জল ( লাইজ ) অমসুং পৃথিবী ( লৈবাক )—মযাম পূম্নমকসিনা কোযশল্লিবা ব্রহ্মাণ্ডগী মছক ওইবা ঘট, ঘট অদুগী মনূঙদা ঐহাক্কী লনাই খুৎ শাংবদা ওল্লগা ওইবা খুদূপ অহুম মথাইদমক ৱাংবা ঐসিনা কদায? অদুগা শীঙলাক ঙমদবা অসিগুম্বা ব্রহ্মাণ্ডগী মছক ওইবা পরমাণ্ পূম্নমক্কী চৎনবগী লম্বী ওইরিবা মীৎহূখোঙ-মানবা তুখোঙ-শিংনা লৈতেংলিবা নহাক্কী মহিমানা কদায?

### নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাবতমদগী লৌথোকপনী ( ১০/১৪/১১ )। মসিদা হাযবিবা বাসি ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা হাযথিবনী। শ্রীকৃষ্ণগা চাংদম্নবদা ব্রহ্মা কযামূক পীকপগে হাযবদু ব্রহ্মা-মছামক্না শ্লোকসিদা উৎলি। শ্রীকৃষ্ণগী অংশগী অংশনী মহাবিষ্ণুসী, মবমদুনা শ্রীকৃষ্ণগা চাংদমবদা মহাবিষ্ণুদি পীকখি, অদুবু মহাবিষ্ণুসে কয়ামূক চাউবগে হাযববু মহাক্কী তুখোঙদা শীঙলাক-ঙমদবা ব্রহ্মাণ্ড মযাম্না ইরায-লাযনা চৎথোক-চৎশীন তৌবা যাই, মবমসিনা মহাবিষ্ণুগা চাংদম্নবদা ব্রহ্মাণ্ডসে যাম্না পীকখ্রে, অসিগুম্বা ব্রহ্মাণ্ডগী মনূঙদা ব্রহ্মানা লৈবিবনী, অদুগা মানা বাংবসি মহাক্কী খুদূপ অহুম মথাযতনী। মরমদুনা ব্রহ্মাণ্ডগা চাংদম্নবদা ব্রহ্মাসি কযামূক পীকখ্র-বনো? মতৌ অসুম্না ব্রহ্মানা উৎলি—শ্রীকৃষ্ণগা চাংদম্নবদা ব্রহ্মাসি কযামূক পীকপগে হাযবদো।

শ্লোকসিদগী বাফম অমসুং খঙবা ওম্মী মদুদি—মথং মথং পোৎলম নীপাম্না ব্রহ্মাণ্ডবু কূপ্পুনা লৈ হাযবসে। ব্রহ্মাণ্ডগা হেক থংনবদা উপাদানগী মছক ওইবী পৃথিবী (লৈবাক্কী অকূপ্পা ফীভম মতা), মদুগী মথঙদা ঈশীঙগী উপাদান ( সূক্ষ্ম ওইবা ঈশীঙ ), মদুগী মতূঙদা মৈগী উপাদান (সূক্ষ্ম তেজ),

মতুগী মতুংদা আকাশগী সূক্ষ্ম-উপাদান, মতুগী তুংদা অহঙ্কার-তত্ত্ব, অতুগী তুংদা মহত্তত্ত্ব অতুগা ইরোয লোইবদা প্রকৃতি।

## মুল ৭২

অংশের অংশ যেই—'কলা' তার নাম।
গোবিন্দের প্রতিমূর্ত্তি শ্রীবলরাম ॥ ৭২ ॥

### শব্দার্থ

অংশের—মশূগুগী, অংশ—মশূগু, যেই—মতু, কলা—কলা নত্রগা মশূগুগী মশূগু; তার—মাগী, নাম—মিং, গোবিন্দের—শ্রীগোবিন্দগী, প্রতিমূর্ত্তি—খেন্নদবা শক্তম, শ্রীবলরাম—শ্রীবলরাম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মশূগুগী মশূগু অতুগী মিং কলা কৌয়ি। শ্রীগোবিন্দগী প্রতিমূর্ত্তিনী (খেন্নদবা স্বরূপ-নী) শ্রীবলরামদি।

## মুল ৭৩

তাঁর এক স্বরূপ শ্রীমহাসঙ্কর্ষণ।
তাঁর অংশ পুরুষ হয় কলায়ে গণন ॥ ৭৩ ॥

### শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী (শ্রীবলরামগী), এক স্বরূপ—স্বরূপ অমনা, শ্রীমহাসঙ্কর্ষণ—শ্রীমহাসঙ্কর্ষণ (পরব্যোমচতুর্ব্যূহগী সঙ্কর্ষণ), তাঁর—মহাক্কী (শ্রীমহাসঙ্কর্ষণ-গী), অংশ—মশূগু, পুরুষ—কারণার্ণবশায়ী পুরুষ হায়বদি মহাবিষ্ণু, হয়—ওই, কলায়ে—কলা ওইনা, গণন—শীঙথাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী (শ্রীবলরামগী) স্বরূপ অমনা শ্রীমহাসঙ্কর্ষণ হায়বতুনী। মহাক্কী (মহাসঙ্কর্ষণসিগী) অংশনা (কারণার্ণবশায়ী) পুরুষ (হায়বদি মহাবিষ্ণু) অতু (বলরামগীদি) কলা-শীঙদা শীঙথারে।

### নৈনরোল

পরব্যোম-চতুর্ব্যূহগী সঙ্কর্ষণ অতু শ্রীবলরামগী অংশনী অতুগা কারণার্ণবশায়ী পুরুষ নত্রগা মহাবিষ্ণুনা সঙ্কর্ষণগী অংশনী, মরমতুনা মহাবিষ্ণুদি

শ্রীবলরামগী অংশগী অংশ ওইরে । অদুগা শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীবলরামগসু খেন্নদে, মরমদুনা, মহাবিষ্ণুনা বলরামগী কলা ওইবসীনা মহাবিষ্ণুসে শ্রীকৃষ্ণগীসু কলা ওইরে ।

## মূল ৭৪

যাঁহাকে ত কলা কহি, তেঁহ মহাবিষ্ণু ।

মহাবিষ্ণু অবতারী তেঁহ সর্ব্বজিষ্ণু ॥ ৭৪ ॥

### শব্দার্থ

যাঁহাকে—মহাকপু, ত—লেপ্পমক, কলা—কলা, অংশগী অংশ, কহি—কৌয়ি, তেঁহ—মহাক, মহাবিষ্ণু—মহাবিষ্ণু, অবতারী—অবতার-শিংগী থোরকফম, তেঁহ—মহাক, সর্ব্বজিষ্ণু—পুম্নমবপু ওম্বা মপু ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কলা কৌরিবা মহাক অদু মহাবিষ্ণুনী । মহাবিষ্ণুদি অবতারশিংগী থোরকফম্নী ( অবতারীনী ), মহাক পুম্নমক্কী মবুঙেওনী ।

## মূল ৭৫

গর্ভোদ-ক্ষীরোদশায়ী দোঁহে পুরুষ নাম ।

সেই দুই, যাঁর অংশ, বিষ্ণু বিশ্বধাম ॥ ৭৫ ॥

### শব্দার্থ

গর্ভোদ-ক্ষীরোদশায়ী—গর্ভোদশায়ী পুরুষ অমসুং ক্ষীরোদশায়ী পুরুষ, দোঁহে—অনী, পুরুষ—পুরুষ, নাম—মিং, সেই দুই—অনীদু, যাঁর—মহাক্কী, অংশ—মশুঙনী, বিষ্ণু—পুম্নমকপু কোল্লিবা (সর্ব্বব্যাপক), বিশ্বধাম—বিশ্বজগৎকী তুঙফম ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গর্ভোদশায়ী অমসুং ক্ষীরোদশায়ী অনীবু পুরুষ কৌযি । মখোয অনীসিনা অংশ ওইরিবা মহাক অদু সর্ব্বব্যাপক ( পুম্নমকপু কোন্‌বনী ) অদুগা বিশ্বজগৎ পুম্বগী তুঙফম্নী ।

### মৈনরোল

অসিদা শন্না চাউরাক্না হাযবনী গর্ভোদশায়ীগা ক্ষীরোদশায়ীগা অনীসি

মহাবিষ্ণুগী অংশনী হায়না। অশেংবদি গর্ভোদশাযী অনীশুবা পুরুষসিনা মহাবিষ্ণুগী অংশনী অতুগা ক্ষীবোদশাযী অহুমশুবা পুরুষসিনা গর্ভোদ-শায়ীগী অংশনী, মবমতুনা ক্ষীবোদশায়ীসে মহাবিষ্ণুগী কলা-নী। মহাবিষ্ণু নত্রগা কাবণার্ণবশাযী পুরুষসে অনীশুবা অমস্তুং অহুমশুবা পুরুষগী আদি ( হৌবকফম ) ওইবনা মহাবিষ্ণুবু অহানবা পুরষ কৌরে। গর্ভোদশাবীদি ব্যষ্টি ব্রহ্মাণ্ডগী (ব্রহ্মাণ্ড অমমমগী) নত্রগা ব্রহ্মাগী অন্তর্য্যামীনি, ক্ষীরোদ-শাযীনা ব্যষ্টি জীবগী ( জীব অমমমগী ) অন্তর্য্যামীনী, অতুগা মহাবিষ্ণুনা প্রকৃতিগী নত্রগা সমষ্টি-ব্রহ্মাণ্ডগী অন্তর্য্যামীনী। গর্ভোদশাযী অনীশুবা পুরুষনা প্রত্যুম্ননী অতুগা ক্ষীরোদশাযী অহুমশুবা পুরুষনা অনিরুদ্ধনী।

## মুল ৭৬

বিষ্ণোস্তু ত্রীনি রূপাণি পুরুযাখ্যান্যথো বিদুঃ।
একন্তু মহতঃ স্রষ্টৃ দ্বিতীয়ং ত্বণ্ডসংস্থিতম।
তৃতীয়ং সর্ব্বভূতস্থং তানি জ্ঞাত্বা বিমুচ্যতে ॥ ৭৬ ॥

## শব্দার্থ

বিষ্ণো.—মহাবিষ্ণুগী, তু—লেপ্পমক, ত্রীণি—অহুম, রূপানি—ছক, পুরুষ-আখ্যানি—পুরুষ হাযনা থগুনবা, অথ—মখোযগী মনুংদা, বিদুঃ—মখোযনা থগুভী, একম—অমবুনা, তু—তৌইঙ্গুস্মস্তু, মহত—মহৎতত্ত্বগী, স্রষ্টৃ—স্বৃষ্টি-কর্ত্তা, দ্বিতীযম—অনীশুবনা, তু—অতুগা, অণ্ডসংস্থিতম—ব্রহ্মাণ্ডগী মনুংদা লৈবা, তৃতীযম্—অহুমশুবনা, সর্ব্ব-ভূতস্থম্—জীব খুদিংগী থম্মোইনুংদা লৈবা, তানি—মখোযবু, জ্ঞাত্বা—খঙলগা, বিমুচ্যতে—অরানখুভম ফংঙী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাবিষ্ণুগী পুরুষ-কৌবা ছক্তম অহুম লৈ, অতুগী মনুংদা অহানবা ছক্তমা মহত্তত্ত্ববু শেম্বনী (প্রকৃতিগী অন্তর্য্যামী), অনীশুবা ছক্তমা ব্রহ্মাণ্ডগী মনুংদা লৈবা ব্রহ্মাণ্ডগী অন্তর্য্যামীনী, অতুগা অহুমশুবা ছক্তমা জীব খুদিংগী অন্তর্য্যামীনী। ছক্তম অহুমসি খঙলবদি সংসারদগী ( হঙ্গং-হন্দা পোকপা-শিবা হাযবদুদগী ) অরানখুভম ফংগনী।

## তৈনবল্লোল

শ্লোকসি লঘুভাগবতামৃতমদা যাওরি (পূর্ব্বখণ্ড, ৩৩)। মসি সাত্বততন্ত্রদগী লৌথোকপনী। মমাঙগী পযারগী প্রমাণ ওইনা শ্লোকসি পীরিবনী।

### মূল ৭৭

যদ্যপি কহিয়ে তাঁরে কৃষ্ণের কলা করি।
মৎস্য কূর্ম্মাদ্যবতারের তেঁহো অবতারী ॥ ৭৭ ॥

### শব্দার্থ

যদ্যপি—বস্তু, কহিয়ে—ঐনা হায, তাঁরে—মহাকপু ( মহাবিষ্ণুবু ), কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, কলা—অংশগী অংশ, করি—ওইহন্দুনা, মৎস্য-কূর্ম্ম-আদি—ঙা অমদি থেঙ্গু-নচিংবা, অবতারের—অবতারশিংগী, তেঁহো—মহাক, অবতার—অবতারশিংগী থোরকফম্নী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাকপু ( মহাবিষ্ণুবু ) শ্রীকৃষ্ণগী কলা-নী হাযরবস্তু মহাক ঙা-থেঙ্গু-নচিংবা অবতারশিংগী থোরকফম্নী ( অবতারীনী )।

### মূল ৭৮

এতে চাংশকলা পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্।
ইন্দ্রারিব্যাকুলং লোকং মৃড়য়ন্তি যুগে যুগে ॥ ৭৮ ॥

শব্দার্থ-নচিংবদি অনীশুবা পরিচ্ছেদগী মূল শ্লোক ৬৭-তা য়েংবিয়ু।

### মূল ৭৯

সেই পুরুষ সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয়ের কর্ত্তা।
নানা অবতার করে জগতের ভর্ত্তা ॥ ৭৯ ॥

### শব্দার্থ

সেই—অদু, পুরুষ—পুরুষ ( মহাবিষ্ণু ), সৃষ্টি—সৈশেম্বা ; স্থিতি—ঙাকশেন্‌বা, প্রলয়—মাঙ-তাকপা, কর্ত্তা—তৌরিবা মপু, নানা—মখলমখা, অবতার—অবতার, জগতের—জগৎকী ; ভর্ত্তা—পালনকর্ত্তা ( ঙাক-শেন্‌বা )।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরুষ অদুনা ( মহাবিষ্ণুনা ) শেম্বা-ঙাকপা-তাকপবু থোকহল্লী। জগৎকী ঙাক্‌শেন্-লাই ওইদুনা অবতার মখল মখা তৌরি।

## তৈনরোল

**নানা অবতার**—লীলাবতার, যুগাবতার, মন্বন্তরাবতারনচিংবা মখল মখাগী অবতার ময়াম।

## মূল ৮০

স্থষ্ট্যাদিনিমিত্তে যেই অংশের অবধান।
সেইত অংশের কহি 'অবতার' নাম ॥ ৮০ ॥

## শব্দার্থ

স্থষ্টি-আদি-নিমিত্তে—স্থষ্টি-স্থিতি-প্রলয়গীদমক্তা ; যেই অংশের—অংশতুগী ; অবধান—য়েংশন্‌বা ; সেই ত অংশেব—অংশ অতুমকপু, কহি—ঐনা কৌযি, অবতার—অবতাব, নাম—মিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্থষ্টিনচিংবগীদমক্তা ( ভগবান্না ) য়েংশন্‌বা অংশ অতুমকপু অবতার কৌয়ি।

## মূল ৮১

আদ্য অবতার—মহাপুরুষ ভগবান্।
সর্ব্ব-অবতারবীজ সর্ব্বাশ্রয়-ধাম ॥ ৮১ ॥

## শব্দার্থ

আদ্য—অহান্‌বা, অবতার—অবতার, মহাপুরুষ—মহাবিষ্ণু, ভগবান্—ভগবান্, সর্ব্ব-অবতার-বীজ—অবতার পূম্নমক্কী থোবক্‌ফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ মহাপুরুষদি ( মহাবিষ্ণুদি ) অহান্‌বা অবতারনী, মহাক অবতার পূম্নমক্কী থোরক্‌ফম্নী অতুগা পূম্নমক্কী তৃঙনফম্নী।

## তৈনরোল

পূম্নমক্কা থঙনবদি ব্রহ্মা-বিষ্ণু-শিবনা ব্রহ্মাণ্ডগী স্থষ্টি-স্থিতি-প্রলয়গী কর্ত্তানী অতুগা অনীশুবা পুরুষনা ব্রহ্মানচিংবা অবতারশিংগী হেক থংনবা থোরকফম্নী হায়বদি অংশীনী ( কারণ-নী ) হায়বসিনী। অতুম ওইনমক

মহাবিষ্ণুবু স্বষ্টিনচিংবগী কর্ত্তানী হায়না অদুগা অবতার মথল ময়ামগী মূল ( মরু ) কৌরিবা করিগিনো হাযবছু নৈনরিবা পযারসিদা হায়রি। সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয়গী কর্ত্তা ওইরিবা ব্রহ্মানচিংবগী মূল-দি অনীশুবা পুরুষনা ওইবনীনা অদুগা অনীশুবা পুরুষগী মূল-দু মহাবিষ্ণুনা ওইবনীনা ব্রহ্মানচিংবগীসু মহাবিষ্ণুনা মূল ওইরে। অনীশুবা পুরুষতগী ফংলকপা শক্তিদু মহাবিষ্ণুগী শক্তিনীনা শক্তিদু শীজন্নদুনা ব্রহ্মানচিংবনা জগৎ-সৃষ্টিনচিংবা তৌরিবনী হাযদুনা মহাবিষ্ণুবু স্বষ্টিনচিংবগী কর্ত্তানী হাযরিবনী। মতৌ অসুম্না মহাবিষ্ণুনা ব্রহ্মানচিংবা অবতারশিংগী মূল ওইবনী, অদুগা পয়ার মূল ৭৭-কী মতুঙ ইন্না মহাক মৎস্য-কূর্ম্মনচিংবা অবতারশিংগীসু মূল-নী; মরমদুনা মহাবিষ্ণুসি অবতার-পূন্নমক্কী মূল অংশী-নী, মরমসিনা মহাকপু অবতারী হায়বদি অবতার পুম্বগী অংশী (অংশগী থোরকৃফম) অদুনী হায়না কৌরিবনী।

## মূল ৮২

আদ্যোঽবতারঃ পুরুষং পরস্য
কালঃ স্বভাবঃ সদসন্মনশ্চ।
দ্রব্যং বিকারো গুণ ইন্দ্রিয়াণি
বিরাট্‌ স্বরাট্‌ স্থাস্নু চরিষ্ণু ভূম্নঃ ॥ ৮২ ॥

## শব্দার্থ

আদ্যঃ—অহান্‌বা, অবতারঃ—অবতার, পুরুষঃ—কারণার্ণবশায়ী পুরুষ, পরস্য—পুঙথোইথোইবা, কালঃ—মতম, স্বভাবঃ—স্বভাব ( মচৎ ), সৎ—কার্য্য ( থবক ), অসৎ—কারণ ( মরম ), ( সদসৎ—কার্য্য-কারণসি ওইবা প্রকৃতি ); মন —পুক্নীঙ ( মহত্তত্ত্ব ), চ—সু, দ্রব্যম্‌—মহাভূত, বিকারঃ— অহঙ্কার-তত্ত্ব; গুণঃ—সত্ত্বনচিংবা গুণশিং; ইন্দ্রিয়ানি—ইন্দ্রিয়শিং; বিরাট্‌—ব্রহ্মাণ্ডগী মছক ওইবা সমষ্টিশরীর; স্বরাট্‌—সমষ্টিজীব হিরণ্যগর্ভ, স্থাস্নু—লেঙদবা; চরিষ্ণু—অরেঙবা; ভূম্নঃ—ভগবানগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বরূপকী হায়রসু শক্তিগী হায়রগসু পুঙথোই-থোইবা শ্রীভগবান্‌গী অহান্‌বা অবতারদি ( কারণার্ণবশায়ী ) পুরুষনী। কাল ( মতম ), স্বভাব

( মচৎ ), থবক অমসুং থবক্কী মরম ওইবা প্রকৃতি, মহত্তত্ব, মহাভূত মঙা, অহঙ্কার-তত্ত্ব, সত্ত্বনচিংবা গুণ অহুম, ইন্দ্রিয় তরামাথোই, ব্রহ্মাণ্ডগী মছক ওইবা সমষ্টিজীবগী মছক ওইবা হিরণ্যগর্ভ, অচৎ-চত্তনচিংবা ( ভগবান্দুগী বিভূতি-শায়োন ওাক্তনী )।

## নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লোথোকপনী ( ২/৬/৪২ )। মসিনা মমাঙগী পয়ারদা হায়রিবা বাদো প্রমাণ তৌবি।

কাল ( মতম ), স্বভাব ( প্রকৃতিগী স্বভাব ) অমসুং প্রকৃতি হায়বা অহুমসি শক্তিগী মছক ওইবা অবতার-নী, মহৎ-তত্ত্ব, মহাভূত মঙা, অহঙ্কার তত্ত্ব, সত্ত্বনচিংবা গুণ অহুম, ইন্দ্রিয় তরামাথোই, বিরাট্ ( সমষ্টি-শরীর ), স্বরাট (সমষ্টিজীব), চরিষ্ণু অমসুং স্থাস্নু (অচৎ-চত্তা)—পুম্নমক্সিনা কার্য্যগী ( থবক্কী নত্রগা ফলগী ) মছক ওইবা অবতাবনী। শক্তিরূপ অমসুং কার্য্যরূপ অবতার পুম্নগী আদি ( মকোক্তি ) কারণার্ণবশায়ী পুরুষ-নী হায়তুনা মহাক আদ্য ( অহান্‌বা ) অবতারনী।

## মূল ৮৩

জগৃহে পৌরুষং রূপং ভগবান্ মহদাদিভিঃ।
সম্ভূতং ষোড়শকলমাদৌ লোকসিসৃক্ষযা॥ ৮৩॥

## শব্দার্থ

জগৃহে—লৌখি, পৌরুষম্—পুরুষ অবতাবগী রূপম্—ছক্তম্, ভগবান্—শ্রীভগবান্না, মহৎ-আদিভিঃ—মহৎতত্ত্বনচি বনা, সম্ভূতম—ওইহন্‌বা, ষোড়শকলম্—কলা ( শরূক ) তরাতরূক্কা তল্লিবা, আদৌ—অহান্‌বদা ( সৃষ্টিগী মমাঙদা ), লোকসিসৃক্ষয়া—লে.ক শেম্নীঙবদগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সৃষ্টিগী মমাঙদা শ্রীভগবান্না লোক-সৃষ্টি তৌনী ঙবদগী মহত্তত্বনচিংবা ফজনা ওইহল্লবা কলা তরাতরূক্কা ( ইন্দ্রিয তরামা থাই অমসুং মহাভূত মঙানা ) তিল্লবা পুরুষ কৌবা রূপ অতু লৌখি ( হায়রিদি প্রকট ওইখি )।

## নৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লোথোকপনী (১/৩/১)। সৃষ্টিগী মমাঙদা

সৃষ্টি তৌনি ওলদুনা ইহানহানবদা ফোঙখিবা ভগবৎ-স্বরূপ অসি মহাবিষ্ণুনী, মবমদুনা মহাবিষ্ণুসিমক অহানবা অবতারনী হায়বদু উৎননবগীদমক শ্লোকসি লৌখৎলকপনি।

শ্লোকসিদা হায়বি—মহাবিষ্ণুগী রূপ তি অহঙ্কার-তত্ত্ব অমসু পঞ্চ-তন্মাত্রানা (হায়বদি রূপ, রস, গন্ধ স্পর্শ অমসুং শব্দনা) ওইহনবনী অদুগা ইন্দ্রিয় তরামাথোঙ অমসু মহাভূত মঙাসি মহাক্কী অংশনি। অংশ বদি ভগবান মহাবিষ্ণুগী রূপতি অসিগুম্বা নাত্তে, অদুবু বিরাট জীবান্তর্য্যামী (সমষ্টি ব্রহ্মাণ্ডগী অন্তর্য্যামী ভগবান মহাবিষ্ণুবু বিরাট রূপ তা উপাসনা তৌনীঙবা মীশিংগী খুদোংচাননবগীদমক অসিগুম্বা রূপ-বর্ণনা পীবিবনী হায়না শ্রীধরস্বামীনা হায়। বর্ণনাসিদা সমষ্টি—ব্রহ্মাণ্ডবু পুরুষগী দেহ ওইনা কল্পনা তৌবিবনী।

## মূল ৮৪

যদ্যপি সর্ব্বাশ্রয় তেঁহো তাঁহাতে সংসার।

অন্তরাত্মারূপে তাঁর জগত আধার ॥ ৮৪ ॥

## শব্দার্থ

যদ্যপি—বস্থ, সর্ব্বাশ্রয়—(ব্রহ্মাণ্ড) মযাম পুম্নমক্কী তুঙফম, তেঁহো—মহাক (মহাবিষ্ণু), তাঁহাতে—মাগী মনুঙদা (মহাবিষ্ণুগী মনুঙদা), সংসার—ব্রহ্মাণ্ড, অন্তরাত্মারূপে—অন্তর্য্যামী ওইনা (ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা লৈবনা), তাঁর—মহাক্কী (মহাবিষ্ণুগী) জগত—ব্রহ্মাণ্ড-না, আধার—তুঙফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক (মহাবিষ্ণু) ব্রহ্মাণ্ড মযাম পুম্নমক্কী তুঙফম ওইবদসু অদুগা মাগী মনুঙদা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক লৈরবসু, (ব্রহ্মাণ্ডগী) অন্তর্য্যামী ওইবনা ব্রহ্মাণ্ডমা অমুক মাগী (মহাবিষ্ণুগী) তুঙফম ওইরে।

## মূল ৮৫

প্রকৃতি-সহিতে তাঁর উভয় সম্বন্ধ।

তথাপি প্রকৃতি সহ নহে স্পর্শগন্ধ ॥ ৮৫ ॥

### শব্দার্থ

প্রকৃতি-সহিতে—প্রকৃতিগা লোয়নন, তাঁর—মহাক্কী (মহাবিষ্ণুগী) উভয়—অনী, সম্বন্ধ—মরী, তথাপি—অতুম ওইনমক, প্রকৃতি সহ—প্রকৃতিগা লোয়নন, নহে—লৈতে, স্পর্শ—শোক্ল শম্নবগী, গন্ধ—মণম্।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রকৃতিগা মহাক্কা (মহাবিষ্ণুগা) লৈনরিবা মরীসে অনীনী। অতুম ওইনমক প্রকৃতিগা লোয়নন শোক্ল-শম্নবগী মণম লৈতে।

### নৈনরোল

মহাবিষ্ণুদি ব্রহ্মাণ্ড পুম্নবগী আশ্রয় (তৃণ্ডকম্নী) হায়খ্রে, অতুগা অমূক্ত, মহাক ব্রহ্মাণ্ড খুদিংগী মনূণ্ডদা অন্তর্যামী ওইনা লৈবগী বাস্তু হায়খ্রে, মরম-তুনা ব্রহ্মাণ্ডনা অমূক মহাবিষ্ণুগী তৃণ্ডফম (আশ্রয় নত্রগা আধার) ওইরে, মহাবিষ্ণুনা ব্রহ্মাণ্ডগী মনূণ্ডদা আশ্রিত ওইরে। মতৌ অসুম্না প্রকৃতিগা মহাবিষ্ণুগগী সম্বন্ধসি অনীথোক্লবু লৈশল্লে। মবমসিনা প্রকৃতিগা লোয়নন মাগা শোক্ল-শম্নবা হায়বতু ওইথোকযি, মরমদি শোক্ল-শম্নদ্রবদি আধার (তৃণ্ডফম) অমসুং আধেয় (তৃণ্ডলিবা পোৎ) সম্বন্ধ লৈবা যাদে। অসিগুম্বা চিংনবা (শঙ্কা) কোক্লনবা হায়তুনা হায়রি—প্রাকৃত ওইবা পোৎকা শোক-শম্নদ্রবদি আধাব-আধেয় ওইনবা যাদে হায়বসি চুম্মী, অতুবু ঈশ্বরগী অচিন্ত্য (মীওইবগী ব্রাখন্না যোবা ঙমদবা) শক্তিগী ময়াইনা প্রকৃতিগা মহাবিষ্ণুগা আধার-আধেয় সম্বন্ধ লৈনরবসু মখোয় অনী শোক্ল-শম্নদে। মসিগী প্রমাণ ওইনা শ্রীভাগবতমদগী শ্লোক অমা লৌথোক্লুনা মথাদা উৎলি (ভাঃ ১/১১/৩৯)।

### মূল ৮৬

এতদীশনমীশস্য প্রকৃতিস্থোঽপি তদগুণৈঃ।
ন যুজ্যতে সদাত্মস্থৈর্যথা বুদ্ধিস্তদাশ্রয়া ॥ ৮৬ ॥

### শব্দার্থ

শব্দার্থনচি বদি অনীশুবা পরিচ্ছেদগী ৫৫-শুবা মূল অতুদা যেংবিয়ু।

### মূল ৮৭

এইমত গীতাতেহো পুনঃ পুনঃ কয়—।
সর্ব্বদা ঈশ্বরতত্ত্ব অচিন্ত্যশক্তি হয় ॥ ৮৭ ॥

## শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না, গীতাতেহো—শ্রীমদ্ভগবদগীতাদসু, পুনঃ পুনঃ—হন্না হন্না, কয—হায়, সর্ব্বদা—মতম পূম্বদা, ঈশ্বর-তত্ত্ব—ঈশ্বরগী-ব্রাদি অচিন্ত্যশক্তি—মীওইবগী ব্রাখন্না লাম্ব-ফংদবা শক্তি-চেন্‌বা, হয় —ওই।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না শ্রীমদ্ভগবদগীতাদসু হন্না হন্না হায়'র—মতম পূম্নমক্তা ঈশ্বরগী বাদি অচিন্ত্য-শক্তিনী ( মীওইবগী ব্রাখন্না য়ৌবা ঙমদবনী )।

## মূল ৮৮

আমিত জগতে বসি জগত আমাতে।

না আমি জগতে বসি না আমায জগতে ॥ ৮৮ ॥

## শব্দার্থ

আমিত--ঐদি, জগতে—জগৎ-নুংদা, বসি—লৈ, জগত—জগৎসু, আমাতে—ঐঙোন্দা ( লৈ ), না—নত্তে, আমি—ঐ, জগতে—জগৎ-নুংদা, বসি—লৈ, না—নত্তে, আমায়—ঐঙোন্দা, জগতে—জগৎনা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী মফমদা হাযরি )—ঐদি জগৎতা হাযবদি ব্রহ্মাণ্ডগী মনূঙদা লৈ, অদুগা জগৎসু ঐগী নুংদা লৈ। ( অদুম ওইনমক ) ঐসু জগৎ-নুংদা লৈতে, জগৎসু ঐগী নুংদা লৈতে। ( হাযবদি জগৎনা ঐগী তুঙফম আধার ওইরবসু জগৎপু ঐনা শোক্ল-শম্নদে অদুগা ঐনা জগৎকী আধার ওইরবসু ঐবু জগৎনা শোক্‌পা ঙমদে )।

## মূল ৮৯

অচিন্ত্য ঐশ্বর্য্য এই জানিহ আমার।

এই ত গীতার অর্থ কৈল পরচার ॥ ৮৯ ॥

## শব্দার্থ

অচিন্ত্য—ব্রাখন্না লাম্বা ফংদবা, ঐশ্বর্য্য—ঈশ্বরগী লন, এই—মসি, জানিহ—খঙঙু, আমার—ঐগী (শ্রীকৃষ্ণগী), এইত—মসিনা, গীতার—গীতাগী, অর্থ—অর্থ, কৈল—তৌরে, পরচার—প্রচার ( শন্দোকপা )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি )--মসি ঐশ্বর্য্যা অচিন্ত্য ( মীওইবগী রাখল্লা লামৃতমঙবা ) ঐশ্বর্য্যানী হায়বা থগু । ( গ্রন্থকাবনা মখা তারি )—অসিনা গীতাগী অর্থ শন্দোক্লবনী।

## নৈনরোল

আধার-আধেয-সম্বন্ধ লৈন-লৈনমক জগৎক শ্রীকৃষ্ণগা শোক্ল-শম্নদে হায়বসিগী মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী অচিন্ত্য শক্তি অদুনা ওইব, মবন্নী।

## মূল ৯০

সেইত পুরুষ যার 'অংশ' ধরে নাম।

চৈতন্যের সঙ্গে সেই নিত্যানন্দ-রাম ॥ ৯০ ॥

## শব্দার্থ

সেইত—মদুমক , পুরুষ আদ্য অবতার পুরুষ ( মহাবিষ্ণু ) , যার —মহাক্কী ( শ্রীবলরামগী ) অংশ—মশুং , ধরে- লৌয়ি , নাম—মিং , চৈতন্যের সঙ্গে—শ্রীচৈতন্যগা লোয়নন , সেই - মদু নিত্যানন্দ রাম— শ্রীনিত্যানন্দগী মছক ওইবা রাম হায়বদ বলরাম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহানবা অবতাব পুরুষ অদু মহাক্কী (শ্রীবলবামগী) অংশনী হায়রিবা, অদুগুম্বা শ্রীনিত্যানন্দগী মছক ওইবা শ্রীবলরাম অদু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহা-প্রভুগা লোয়ননা ভাম্লোইখি।

## নৈনরোল

আদ্য অবতার পুরুষ ওইবা সৃষ্টিচিংবগী কর্ত্তা ওইবা, বিশ্ব পুম্বগী তুঙকম ( আশ্রয় ) ওইবা, গর্ভোদশায়ী অমসুং ক্ষীরোদশায়ী পুরুষনা মাগী অংশ ওইবা, মৎস্য-কূর্ম্মনচিংব অবতারশিংগী অংশী ( অবতারী ) ওইবা, অমসু, প্রকৃতিগী আধার অমসু আধেয ওইরবসু প্রকৃতিগা লোয়ননা শোক্ল-শম্নদবা, অচিন্ত্যশক্তি-চেনবা মহাবিষ্ণু কারণার্ণবশায়ী পুরুষ অদু শ্রীবলরামগী অংশনী। শ্রীবলরাম অদুমক্কী শ্রীচৈতন্যগা লোয়ননা ভাম্লোই-রিবা শ্রীনিত্যানন্দসে।

### মূল ৯১

এই ত নবম-শ্লোকের অর্থ বিবরণ।
দশম শ্লোকের অর্থ শুন দিয়া মন ॥ ৯১ ॥

### শব্দার্থ

এই ত—অসিনী, নবম-শ্লোকের—মাপনশুবা শ্লোক অতুগী, অর্থ—অর্থ, বিবরণ—ব্নারোল দশম—তরাশুবা, শ্লোকের—শ্লোক-কী, অর্থ—অর্থ, শুন—নাকোঙনা তাবিযু, দিয়া—পীতুনা, মন পুক্নীঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্লোক মাপনশুবগী অর্থ ব্নারোলদি অসিনী। হৌজিক শ্লোক তরাশুবগী অর্থ পুক্নীঙ চঙনা নাকোঙনা তাবিযু।

### মূল ৯২

যস্যাংশাংশ শ্রীল-গর্ভোদশায়ী
যন্নাভ্যব্জং লোকসঙ্ঘাতনালম্।
লোকস্রষ্টুঃ সূতিকাধাম ধাতু-
স্তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥ ৯২ ॥

### শব্দার্থ

শব্দার্থনচিংবদি অহানবা পরিচ্ছেদগী শ্লোক তরাশুবদা য়েংবিযু।

### মূল ৯৩

সেই পুরুষ অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড সৃজিযা।
সব অণ্ডে প্রবেশিলা বহুমূর্ত্তি হঞা ॥ ৯৩ ॥

### শব্দার্থ

সেই—মতু, পুরুষ—কাবণার্ণবশায়ী পুরুষ, অনন্ত—লীঙলাক-ঙমদবা, ব্রহ্মাণ্ড—ব্রহ্মাণ্ড, সৃজিযা—থোকৃহন্দুনা, সৃষ্টি তৌতুনা, সব-অণ্ডে—ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্তা, প্রবেশিলা—চঙখি, বহুমূর্ত্তি—মূর্ত্তি মযাম, হঞা—ওইরতুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(কারণার্ণবশায়ী) পুরুষ অতুনা লীঙলাক-ঙমদবা ব্রহ্মাণ্ড সৃষ্টি তৌরগা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্তা মূর্ত্তি মযাম ওইরগা চঙখিরম্মী।

## মৈনরোল

থোকখিবা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংদা পুরুষ অতুগী মূর্ত্তি অমমম ওইনা চঙখি। ব্রহ্মাণ্ডগী মপীওদি য়ান্নম্বনীনা মূর্ত্তিস্থ মশীঙ শুননবা যান্নম্মী।

## মূল ৯৪

ভিতরে প্রবেশি দেখে –সব অন্ধকার।

বহিতে নাহিক স্থান, করিল বিচার ॥ ৯৪ ॥

## শব্দার্থ

ভিতরে—(ব্রহ্মাণ্ডগী) মনূঙদা, প্রবেশি—চঙলগা, দেখে—উরম্মী, সব—পূম্বা, অন্ধকার—মম্বা, রহিতে –লৈননবা, নাহিক—লৈতে, স্থান—মফম, করিল—তৌরম্মী, বিচার—ৱাখল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(কারণার্ণবশাযী পুরুষ ব্রহ্মাণ্ডগী) মনূঙদা চঙলগা উরম্মী—লোইনমক মম্মী, লৈনবা মফম লৈরমদে, ( অতুনা ) ৱাখল তৌরম্মী।

## মূল ৯৫

নিজ অঙ্গে স্বেদজল করিল সৃজন।

সেই জলে কৈল অর্দ্ধ ব্রহ্মাণ্ড ভরণ ॥ ৯৫ ॥

## শব্দার্থ

নিজ—মছাগী, অঙ্গে—হকচাঙদা, স্বেদজল—হুমাংগী ঈশীঙ, করিল সৃজন—থোকহল্লে, সেই জলে—ঈশীঙতুনা, কৈল—তৌরে, অর্দ্ধ—তংখাই, ব্রহ্মাণ্ড—ব্রহ্মাণ্ড, ভরণ—থনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( পুরুষ ) মছাগী হকচাঙদা হুমাংগী ঈশীঙ থোকহল্লে, ঈশীঙতুনা ব্রহ্মাণ্ড তংখাই অমা থল্হল্লে।

## মূল ৯৬

ব্রহ্মাণ্ড প্রমাণ পঞ্চাশৎ কোটি যোজন।

আয়াম-বিস্তার, হয়ে দুই এক সম ॥ ৯৬ ॥

## শব্দার্থ

ব্রহ্মাণ্ড-প্রমাণ—ব্রহ্মাণ্ডগী মচৌ-মরাক, পঞ্চাশৎ-কোটি - কোটি য়াঙখৈ, যোজন—মাইল নীপাল শাংবা, আয়াম—ময়ুং, বিস্তার—মরাক, হযে—ওইযে, দুই—অনীমক, এক সম—অমতনী, মান্নে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাণ্ডগী পাক-চাউবদি (আয়তন দি) যোজনত্থু কোটি য়াঙখৈনী। মাগী মরাক ময়ুং অনীমক চপ মান্নে।

## মূল ৯৭

জলে ভরি অর্দ্ধ তাহা কৈল নিজবাস।

আর অর্দ্ধে কৈল চৌদ্দ ভুবন প্রকাশ॥ ৯৭ ॥

## শব্দার্থ

জলে—ঈশীঙনা, ভরি—থল্‌হন্দুনা, তাহা – মদুদা (ঈশীঙদুদা), কৈল—শেম্লে, নিজবাস—মছাগী লৈফম, আর—অতোপ্পা, অর্দ্ধে—তংখাইদা, কৈল—তৌখি, চৌদ্দ—তারামরি, ভুবন—লোক, মরোল, প্রকাশ—ফোঙদোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ব্রহ্মাণ্ডগী) তংখাই অমা ঈশীঙনা থল্‌হল্লগা মফমদুদা মছাগী লৈফম শেম্লে। অতোপ্পা তংখাই অমদনা মরোল তরামরি পুথোকখি।

## নৈনরোল

চৌদ্দভুবন—লোক (মরোল) তরামরি—ভূঃ, ভুবঃ, স্বঃ (স্বর্গ), জন, তপ, মহ অমসুং সত্য কৌবা থক্কী লোক তরেৎ অদুগা অতল, সুতল, বিতল, তলাতল, মহাতল, রসাতল অদুগা পাতাল কৌবা খাগী লোক তরেৎ, পুল্লপ্পা লোক তরামরিনা ভুবন তরামরিনী।

## মূল ৯৮

তাহাঞি প্রকট কৈল বৈকুণ্ঠ নিজধাম।

শেষ-শয়ন-জলে করিল বিশ্রাম॥ ৯৮ ॥

## শব্দার্থ

তাহাঞি—মতুদা ( ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা লৈবা হুমাংগী ঈশীঙদা ), প্রকট কৈল—থোরকৃহল্লে, বৈকুণ্ঠ—বৈকুণ্ঠ, নিজ ধাম—মছাগী মফম, শেষ—অনন্তদেব, শয়ন—শয্যা, ফমুং, জলে—ঈশীঙদা, করিল—তৌরে, বিশ্রাম—পোথাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুদা ( ব্রহ্মাণ্ড মনুঙগী ঈশীঙদা ) মছামক্কী ধাম বৈকুণ্ঠহু পুথোরক্লে। অদুগা অনন্তদেবনা শয্যা ওইবা ঈশীঙদা চেপ্পুনা পোথারে

## মূল ৯৯-১০০

অনন্তশয্যাতে তাহাঁ করিল শয়ন।
সহস্র মস্তক তাঁর সহস্র বদন ॥ ৯৯ ॥
সহস্র নয়ন হস্ত, সহস্র চরণ।
সর্ব্ব-অবতার-বীজ জগত-কারণ ॥ ১০০ ॥

## শব্দার্থ

অনন্তশয্যাতে—অনন্তগী মছক ওইবা শয্যাদা, তাহাঁ—মতুদা, করিল শয়ন—চেপ্লম্মী, সহস্র মস্তক—কোক লীশীঙ, তাঁর—মহাক্কী ( গর্ভোদকশায়ী পুরুষগী ), সহস্র বদন—মাযথোঙ লীশীঙ, সহস্র নয়ন হস্ত—মীৎসু খুৎসু লীশীঙ লীশীঙ, সহস্র চরণ—খোঙসু লীশীঙ, সর্ব্ব-অবতার-বীজ—অবতার পুম্নমক্কী মরূ, জগত কারণ—জগৎকী থোরকফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমতুদা (ঈশীঙতুদা) অনন্তদেবনা ওইবা শয্যাহুদা পুরুষনা চেপ্লম্মী। পুরুষসিগী মকোক লীশীঙ, মমায় মায়থোঙ লীশীঙ, মীৎ লীশীঙ, খুৎ লীশীঙ অদুগা খোঙলীশীঙবী। অবতাব পুম্নমক্কী থোরকফম মরূনী, জগৎকীসু থোরকফম্নী।

## নৈনরোল

মীনা ফমুং মথক্তা হিপ্লগুম্না ব্রহ্মাণ্ড-নুংদা লৈবা পুরুষসু অনন্তদেবগী মছাগী মথক্তা চেপ্লম্মী। থম্মোগুম্না ঙৌরোক-ঙৌবা অদুগা পাকপসু পাকপা অনন্তনাগগী হুকচাঙতুনা ফমুং ওইরগা পুরুষ অমা চেপ্পুনা লৈ, অদুগা

শেষ-নাগগী মরি-মতোন্দা লৈবা রত্ন ময়ামদুনা ভাল্লকপন্থনা ঈশীঙমপৈদুসু পুঙলঙ-লঙলম্মা— হায়বসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা হায়রি। ব্রহ্মাণ্ডগী গর্ভমুংদা চেপ্তুনা লৈ হায়দুনা পুরুষসিবু গর্ভোদকশায়ী পুরুষ কৌযি। ব্রহ্মানচিংবা গুণাবতার পুম্নমক্কী অমসুং যুগাবতার মন্বন্তরাবতার-নচিংবগীসু মূল থোরক-ফম্নী হায়দুনা গর্ভোদকশায়ী পুরুষবু সর্ব্ব-অবতার-বীজ হায়রিবনী। মহাকপু জগত-কারণ জগৎকী থোরকফম ( হায়বদি সৃষ্টিকর্ত্তা ) হায়নসু কৌযি মরমদি ব্যষ্টিজীবগী সৃষ্টিকর্ত্তা ওইরিবা ব্রহ্মামক্কী সৃষ্টিকর্ত্তাসু গর্ভোদক-শায়ীনা ওইরিবনী।

গর্ভোদকশায়ী পুরুষগী রূপ বর্ণনা তৌবদা হায়রি- মহাক্কী কোক লীশীঙ মায়থোঙ লীশীঙ মীৎ লীশীঙ খুৎ লীশীঙ খোঙ লীশীঙ-নী। লীশীঙ হায়বগী অর্থদি যাম্মন্দুনা শীঙথাবা ওমদে হায়বনী।

## মূল ১০১

তাঁর নাভিপদ্ম হৈতে উঠিল এক পদ্ম।
সেই পদ্ম হৈল ব্রহ্মার জন্মসদ্ম ॥ ১০১ ॥

## শব্দার্থ

তাঁর--মহাক্কী (গর্ভোদকশায়ী পুরুষগী), নাভিপদ্ম হৈতে—খোয়দোদা হৌবা থম্বাল দগী, উঠিল—থিন্দোক্লম্মী, এক—অমা, পদ্ম- থম্বাল, সেই পদ্ম—থম্বাল অদু হৈল—ওইরে, ব্রহ্মার— ব্রহ্মাগী, জন্মসদ্ম—পোকফম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী ( গর্ভোদকশায়ী পুরুষগী ) খোইদৌ-থম্বান্দগী থম্বাল অমা থিন্দোক্লম্মী। থম্বান্দুমক্কা ব্রহ্মাগী পোক্‌ফম ওইখি।

## নৈনরোল

পুরুষগী খোইদৌ-থম্বান্দা পোকয়ি হায়দুনা ব্রহ্মাবু পদ্মযোনি ( পদ্মনা মমা ওইবা ) হায়নসু কৌয়ি। ব্রহ্মাসে বিশ্বস্রষ্টাশিংগী পাত্তনী।

## মূল ১০২

সেই পদ্মনালে হৈল চৌদ্দভুবন।
তেঁহো ব্রহ্মা হৈয়া সৃষ্টি করিল সৃজন ॥ ১০২ ॥

## শব্দার্থ

সেই পদ্মনালে—থম্বান্দুগী মউদা, হৈল—থোরক্লে, চৌদ্দভুবন—লোক তরামরি, তেঁহো—মহাক্না (গর্ভোদকশায়ী পুরুষনা), ব্রহ্মা হৈয়া—ব্রহ্মা ওইরতুনা, সৃষ্টি- সৃষ্টি লৈশেম্বা, করিল—তৌযি, সৃজন—শেম্বা, শাবা।

### মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

থম্বো-মউতুদা ভূবন (মরোল) তরামরি থোরক্লে। মহাক্না (গর্ভোদকশায়ীনা) ব্রহ্মা ওইরগা সৃষ্টি তৌবে।

## নৈনরোল

গর্ভোদশায়ীনা ব্রহ্মা ওইনা জগৎ-সৃষ্টি তৌযি, বিষ্ণু ওইরগা জগৎ ঙাকশেল্লী অমসুং রুদ্র ওইনা জগৎ-প্রলয় তৌযি। ব্রহ্মানা রজোগুণগী মতেঙনা বিষ্ণুনা সত্ত্বগুণগী মতেঙনা অদুগা রুদ্রনা তমোগুণগী মতেঙনা মাগী মাগী অধিকারগী থবক তৌযি, মরমতুনা মখোয়বু গুণ-অবতার কৌযি। মখোযসি গর্ভোদশায়ীগী অবতার ঙাক্তনী, মরমতুনা সাক্ষাৎ ওইনা হকথেংননা জগৎ-সৃষ্টিনচিংবগী কারণ ওইরবসু মখোযগী থোরকফম মূল ওইবা গর্ভোদশায়ীবু জগৎ-কারণ হায়না ১০০-শুবা মূলদা হায়রিবনী। ৱাফমসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী ১/২/২৩ শ্লোক-নসু হাযরি।

ব্রহ্মা মখল অনী শুই, মতুদি জীব-কোটি অমসুং ঈশ্বর-কোটি হাযবসিনী। শ্রীমদ্ভাগবতম্না হায় "স্বধর্মনিষ্ঠ শতজন্মভি পুমান্ বিরিঞ্চিতামেতি। – জীবনা মপোক চামা চুপ্পা মছাগী ধর্ম্মদা নিষ্ঠাবান ওইরবদি মহাক বিরিঞ্চি ( ব্রহ্মা ) ওইবা ফংঙী। ৪/২৪/২৯॥" অসিগুম্বা মতীকচাবা জীব ফংবা কল্পদা জীবতুনা ব্রহ্মা ওইনা গর্ভোদশায়ীগী থোয়দৌ থম্বান্দা পোকযি অদুগা গর্ভোদশায়ীনা মঙোন্দা শক্তি হানজল্লগা মহাকপু জগৎসৃষ্টি তৌহল্লী। অসিগুম্বা ব্রহ্মাবু জীবকোটি ব্রহ্মা কৌয়ি। অদুগা মতীকচাবা জীব ফংদবা কল্পদনা গর্ভোদশায়ী পুরুষমক্না মাগী অংশ অমনা ব্রহ্মা ওইরগা জগৎ সৃষ্টি তৌযি। অসিগুম্বা ব্রহ্মাবু ঈশ্বর-কোটি ব্রহ্মা কৌয়ি।

## মূল ১০৩

বিষ্ণুরূপ হৈয়া করে জগতে পালনে।
গুণাতীত বিষ্ণু — স্পর্শ নাহি মায়াগুণে॥ ১০৩॥

## শব্দার্থ

বিষ্ণুরূপ—বিষ্ণুগী ছক্তম্, হৈয়া—ওইদুনা, করে—তৌয়ি, জগত—জগৎপু, পালনে—ঙাক-শেনবা, গুণাতীত—গুণশিংগী রাংমদা লৈবা, বিষ্ণু—বিষ্ণু, স্পর্শ—শোক্পা, নাহি—লৈতে, মাযাগুণে—প্রকৃতিগী গুণশিংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( গর্ভোদশায়ী পুরুষনা ) বিষ্ণু ওইনা জগৎ পালন তৌযি। বিষ্ণুদি গুণগী রাংমদা লৈ, প্রকৃতিগী গুন্না মাবু শোক্পা ঙমদে।

## নৈনরোল

ব্রহ্মানা নিযামক ( শীল্লাংবা ) ওইদুনা রজোগুণবু হোইদুনা জগৎ সৃষ্টি তৌযি ( লৈশেম্মী ), রুদ্রসু নিযামক ওইরগা তমোগুণবু হোইদুনা জগৎ সংহার তৌযি ( মাঙহল্লী )। ব্রহ্মাগা রুদ্রগদি হেক নকুবগা রজং অমসুং তমোগুণবু হোইদুনা শীজন্নৈ, অদুগা বিষ্ণুদি সঙ্কল্প-তৌবদদা ( পাম্মীদা হায়না খনবদা ) জগৎপু ঙাকশেল্লী, অদুবু বিষ্ণুনা সত্ত্বগুণবু শোক্তে, শোক্তবদা নত্তনা মনাক তান্নফাওবা চংতে। "বিষ্ণুস্তু সত্ত্বেনাপি ন যুক্ত , কিন্তু সঙ্কল্লেনৈব তন্নিযমনমাত্রকৃৎ। লঘু-ভাগবতম ২/১২/ বিদ্যা-ভূষণ ভাষ্য।"

## মূল ১০৪

রুদ্ররূপ ধরি করে জগত-সংহার।
সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয ইচ্ছায় যাঁহার ॥ ১০৪ ॥

## শব্দার্থ

রুদ্ররূপ—রুদ্রগী মছক, ধরি—লৌদুনা, করে—তৌযি, জগত-সংহার—জগৎপু চিংশনবা, থুপচন্‌বা, মাঙহনবা, সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয—লৈশেম-লৈঙাক-লোইশনবা, ইচ্ছায়—নীঙবনা, যাঁহার—মহাক্কী ( গর্ভোদশায়ীগী )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( গর্ভোদশায়ী পুরুষ অবতারনা ) রুদ্রগী ছক লৌরগা জগৎপু প্রলয় তৌয়ি। মহাক্কী ( গর্ভোদকশায়ীগী ) ইচ্ছানা লৈশেম-লৈঙাক-লোইশন্‌বা পুন্না ওইবনী।

## মূল ১০৫

হিরণ্যগর্ভ-অন্তর্য্যামী জগৎ-কারণ।
যাঁর অংশ করি করে বিরাট-কল্পন ॥ ১০৫ ॥

### শব্দার্থ

হিরণ্যগর্ভ-অন্তর্য্যামী—ব্রহ্মাগী অন্তর্য্যামী, জগত-কারণ—জগৎকী থোরকফম যাঁব—মহাক্কী (গর্ভোদশায়ীগী), অংশ—শরূক, করি—ওইহন্দুনা, করে—তৌযি, বিরাট-কল্পন—লোক তরামরিগী মপুম বিরাট অদু কল্পনা তৌযি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হিরণ্যগর্ভগী (ব্রহ্মাগী) অন্তর্য্যামী ওইবা (গর্ভোদশায়ীনা) জগৎকী থোবকফম্ (হায়বদি জগৎ সৃষ্টি তৌযি)। মহাক্কী (গর্ভোদশায়ীগী) অংশ ওইহল্লগা লোকসমূহগী মপুম বিরাট হায়বদু কল্পনা তৌযি (রাখল্লা শাগৎলী)।

### নৈনরোল

পাতাল-নচিংবা ভুবন (মরোল) তরামরি গর্ভোদশায়ীগী অংশনী। মরোল তরামরিসি গর্ভোদশায়ীগী খোয়দোদগী থোকখিবা থম্বালগী মউ ওইবনীনা মহাক্কী অংশনী। মাগী অবয়ব (হকচাঙ) অদুনা লোক পুম্বগী কল্পনা তৌযি (রাখল্লা শাগৎলী) পণ্ডিতশিংনা।

## মূল ১০৬

হেন নারায়ণ যাঁর অংশেরও অংশ।
সেই প্রভু নিত্যানন্দ সর্ব্ব-অবতংস ॥ ১০৬ ॥

### শব্দার্থ

হেন—অসিগুম্বা, নারায়ণ—গর্ভোদশায়ী পুরুষ, অনীশুবা নারায়ণ, যাঁর—মহাক্কী (শ্রীবলরামগী হায়বদি শ্রীনিত্যানন্দগী), অংশেরও—অংশগীসু, অংশ—শরূক, কলা, সেই প্রভু—প্রভু অদু, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ সর্ব্ব-অবতংস—পুওথোই-থোইবনী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিগুম্বা গর্ভোদশায়ী হায়বদি অনীশুবা নারায়ণসে মহাক্কী (শ্রীবলরামগী হায়বদি শ্রীনিত্যানন্দগী) অংশগীসু অংশনী (হায়বদি কলা-নী) প্রভু নিত্যানন্দ অদুনা লোইনমক্তগী থোইবনী।

### নৈনরোল

গর্ভোদশায়ীগী ইচ্ছানা জগৎকী সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয় ওইরিবনী, মহাক্না ব্রহ্মাগী অন্তর্যামী ওইনা জগৎকী থোরকফম ( কারণ ) ওইরিবনী, মহাক্কী খোয়দৌদগী থোকখিবা চতুর্দ্দশ-ভুবন ( মরোল তরামরিনা ) বিরাট-রূপ কল্পনা তৌরিবনী। অদুগুম্বা গর্ভোদশায়ীদো শ্রীবলরামগী হায়বদি শ্রীনিত্যানন্দগী অংশগীসু ( কারণার্ণবশায়ীগীসু ) অংশনী। অদুনা শ্রীবলরাম হায়বদি শ্রীনিত্যানন্দ অদু পুঙথোইথোইবনী। নৈনরিবা পয়ারসিনা যস্যাংশাংশঃ-নচিংবা শ্লোক অদুগী রারোই ( উপসংহার ) ওইরে।

### মুল ১০৭

দশম-শ্লোকের এই কৈল বিবরণ।

একাদশ শ্লোকের অর্থ শুন দিয়া মন ॥ ১০৭ ॥

### শব্দার্থ

দশম শ্লোকের—তরাশুবা শ্লোক-কী, এই—অসি, কৈল—তৌরে, বিবরণ—রারোল, একাদশ—তরামাথোইশুবা, শ্লোকের—শ্লোক-কী; অর্থ—অর্থ, শুন--নাকোঙনা তাও, দিয়া—পীদুনা, মন—পূক্নীঙ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তরাশুবা শ্লোক্কী বিবরণ হাযজরেসে। হৌজিক তরামাথোইশুবা শ্লোক-কী অর্থ পূক্নীঙ চঙনা তাবিযু।

### মুল ১০৮

যস্যাংশাংশ. পবাত্মাখিলানাং

পোষ্টা বিষ্ণুর্ভাতি দুগ্ধাব্ধিশাযী।

ক্ষৌণীভর্ত্তা যৎকলা সোঽপ্যনন্ত-

স্তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥ ১০৭ ॥

শব্দার্থ—নচিংবদি অহান্বা পরিচ্ছেদগী তবামাথোইশুবা শ্লোক অদুদা যেংবিয়ু।

শ্লোকসিদা জীবগী অন্তর্যামী পুরুষগী তত্ত্ব তাক্নী। জীব-অন্তর্যামীসে গর্ভোদশায়ীগী অংশনী অমসুং পৃথিবীদা লৈবা ক্ষীরোদসমুদ্রদা লৈ হায়দুনা মহাকপু ক্ষীরোদশায়ী নত্রগা দুগ্ধাব্ধিশায়ী পুরুষ কৌয়ি।

## মূল ১০৯

নারায়ণের নাভিনাল মধ্যেতে ধরণী।

ধরণীর মধ্যে সপ্ত সমুদ্র যে গণি॥ ১০৯॥

### শব্দার্থ

নারায়ণের—গর্ভোদশায়ী পুরুষগী, নাভিনাল- খোয়দৌদগী হৌরকপা থম্বাল মউ, মধ্যে—মনূঙদা, ধরণী--পৃথিবী, ধরণীর মধ্যে—পৃথিবীগী মনূঙদা, সপ্ত- তরেৎ সমুদ্র—সমদ্রু, যে গণি—মশীঙ থীরি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গর্ভোদশায়ী পুরুষগী খোযদৌদগী হৌরকপা থম্বাল মউগী মনূঙদা পৃথিবী যাওরি। পৃথিবীগী মনূঙদা সমুদ্র তরেৎ লৈ হায়না মশীঙ থীনরি।

### নৈনবোল

ভুবন তরামরিগী মনূঙদা যাওরিবা ভূর্লোক অহুবুনী ধরণী হায়রবসি। হৌজিক মসিবু ময়াম্না পৃথিবী হায়না কৌনরি। ধরণীসিদা লৈরিবা সমুদ্র তরেৎকী মমিংদি—লবণ সমুদ্র (থুমগী), ইক্ষু সমুদ্র (চুহীগী), সুরা সমুদ্র (যুগী), ঘৃত সমুদ্র (ঘীগী), দধিসমুদ্র (শঙ্গোম অফম্বগী), দুগ্ধ সমুদ্র (শঙ্গোম অনৌবগী), অহুগা জল সমুদ্র (ঈশীঙগী), অসিনী। দধিসমুদ্রবু ক্ষীর সমুদ্র নত্রগা ক্ষীরাব্ধি কৌয়ি।

## মূল ১১০

তাহাঁ ক্ষীরোদধিমধ্যে শ্বেতদ্বীপ নাম।

পালয়িতা বিষ্ণু- তাঁর সেই নিজ ধাম॥ ১১০॥

### শব্দার্থ

তাহা- মহুদা, ক্ষীরোদধিমধ্যে- ক্ষীরাব্ধিগী মনূঙদা, শ্বেতদ্বীপ—শ্বেতদ্বীপ, নাম—কৌবা (দ্বীপ অমা লৈ), পালয়িতা—সৃষ্টিবু পালন-তৌবা, বিষ্ণু—শ্রীবিষ্ণু, তাঁর- মহাক্কী, সেই—মহু, নিজ ধাম—লন্নাই ধাম-নী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সমুদ্র তরেৎ অহুদা য়াওবা ক্ষীরসমুদ্রগী মনূঙদা শ্বেতদ্বীপ কৌবা

( লমদম অমা নৈ )। ব্রহ্মাণ্ডগী পালনকর্ত্তা শ্রীবিষ্ণুগী ধাম-নী (শ্বেতদ্বীপ) অদু।

### নৈনরোল

শ্রীবিষ্ণুগী ধামদি পরব্যোমদনী শ্বেতদ্বীপ-তা ধাম অদু প্রকট ওইহন্‌বনী।

### মূল ১১১

সকল জীবের তেঁহো হয়ে অন্তর্য্যামী।

জগত পালক তেঁহো জগতের স্বামী ॥ ১১১ ॥

### শব্দার্থ

সকল—পুম্নমক, জীবের—জীবগী, তেহোঁ—মহাক, হয়ে—ওই, অন্তর্য্যামী -পরমাত্মা, জগত-পালক—জগৎপু যোকপা মপু, তেহোঁ—মহাক, জগতের—জগৎকী স্বামী—মপু।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক ( ক্ষীরোদশায়ী পুরুষ ) জীব পুম্নমকী অন্তর্য্যামী পরমাত্মানী। মহাক জগৎ-ডাকশেন্‌বনী, জগৎকী মপুনী।

### মূল ১১২

যুগ মন্বন্তরে করি নানা অবতার।

ধর্ম্ম-সংস্থাপন করে অধর্ম্ম-সংহার ॥ ১১২ ॥

### শব্দার্থ

যুগ-মন্বন্তরে—যুগখুদিংদা অমসুং মন্বন্তর খুদিংদা, করি—তৌদুনা, অবতার—অবতার, ধর্ম্ম-সংস্থাপন—ধর্ম্ম লিংখৎপা, করে—তৌযি, অধর্ম্ম-সংহার—অধর্ম্মবু মাঙহন্‌বা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ক্ষীরোদশায়ী পুরুষনা ) যুগ খুদিংদা মন্বন্তর খুদিংদা মখল মখাগী অবতার তৌদুনা ধর্ম্ম লিংখৎলী অদুগা অধর্ম্মবু মাঙহল্লী।

### নৈনরোল

ক্ষীরোদশায়ী পুরুষনা জগৎকী পালন-তৌবা মপুনী। যুগ খুদিংদা

মন্বন্তর খূদিংদা অধর্ম্মবু মাঙহনবা অমসুং যুগধর্ম্মবু হৌদোকপা হায়বদু তৌদুনা জগৎকী মঙ্গল ওইহনবনা মাগী মথৌনী। মরমদুনা যুগ খূদিংদা যুগাবতার মন্বন্তর খূদিংদা মন্বন্তরাবতার ওইনা হাযরিবা থবকশিংসি মহাক্না তৌযি। ক্ষীরোদশাযী পুরুষসে যুগাবতার অমসুং মন্বন্তরাবতারশিংগী অংশীনী ( থোরকফমনী )।

## মূল ১১৩

দেবগণ নাহি পায় তাঁর দর্শন।
ক্ষীরোদকতীরে যাই করেন স্তবন ॥ ১১৩ ॥

### শব্দার্থ

দেবগণ—দেবশিংনা ( লাইয়াম্না ), নাহি পায—ফংদে, তাঁর—মহাক্কী ; দর্শন—উবা, ক্ষীরোদকতীরে—ক্ষীরসমুদ্র-তোর্বান্দা, যাই—চৎতুনা, করেন—তৌযি, স্তবন—খুরুম্বা, প্রার্থনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দেবশিংনা মাবু উবা ফংদে। ক্ষীর-সমুদ্র-তোর্বান্দা চৎলগা স্তব-স্তুতি তৌদুনা খুরুমজে।

## মূল ১১৪

তবে অবতরি করে জগত-পালন।
অনন্ত-বৈভব তাঁর—নাহিক গণন ॥ ১১৪ ॥

### শব্দার্থ

তবে—মতমদুদা, অবতরি—অবতার তৌরগা, করে—তৌযি, জগত-পালন—জগৎপু ঙাকপা, অনন্ত—ওমথৈ নাইদবা, বৈভব—লন ( ঐশ্বর্য্য ), তাঁর—মহাক্কী ; নাহিক—লৈতে, গণন—মশীঙথীবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমদুদা ( হায়বদি দেবশিংনা স্তব তৌরগা অদুদা ) অবতার তৌদুনা জগৎ-পালন তৌয়ি। মহাক্কী বৈভবদি ওমথৈ-নাইদবনী, অদুনা শীঙথাবা ঙমদে।

## মূল ১১৫

সেই বিষ্ণু হয় যাঁর অংশাংশের অংশ।
সেই প্রভু নিত্যানন্দ সর্ব্ব-অবতংস ॥ ১১৫ ॥

### শব্দার্থ

সেই বিষ্ণু—বিষ্ণু অদু ( ক্ষীরোদশায়ী পুরুষ-দু ), হয—ওই, যাঁর—মহাক্কী ( শ্রীবলরাম হায়বদি শ্রীনিত্যানন্দগী ), অংশাংশের—অংশগী অংশ ওইবদুগী, অংশ—অংশনী ( মশুংনী ), সেই প্রভু—প্রভু অদু, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ, সর্ব্ব-অবতংস—পূম্নমক্তগী থোইবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ক্ষীরোদশায়ী বিষ্ণুদো মহাক্কী ( নিত্যানন্দগী ) অংশগী অংশ, মদুগীসু অংশ-নী ( অংশাংশগী অংশনী )। অদুগুম্বা প্রভু নিত্যানন্দদো পূম্নমক্কী মকোক্নী।

## মূল ১১৬

সেই বিষ্ণু শেষ-রূপে ধরেন ধরণী
কাহাঁ আছে মহী শিরে, হেন নাহি জানি ॥ ১১৬ ॥

### শব্দার্থ

সেই বিষ্ণু—ক্ষীরোদশায়ী বিষ্ণু অদু, শেষ-রূপে—অনন্তদেব ওইনা, ধরেন—কোক্তা হাপ্নী, ধরণী—পৃথিবীবু, কাহাঁ—কদাযদা, আছে—লৈ, মহী—পৃথিবীনা, শিরে—কোক্তা, হেন—অদুম্না, নাহি জানি—খঙদে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ক্ষীরোদশায়ী বিষ্ণুদুনা শেষদেব ( অনন্তদেব ) ওইরদুনা পৃথিবীবু কোকথক্তা থোঙ্গৎলগা থম্মী। পৃথিবীনা মাগী কোক্তা লৈবদু কদাযরাইদা লৈবনো হায়বদো খঙদবগুম লৈ।

### লৈনমরোল

শেষগী কোকথক্তা পৃথিবীনা লৈবদা লৈ হায়বা খঙদবগুম তোযি, মরমদি পৃথিবীদো মঙোন্দদি য়াম্না পীকপা অমদি য়াংবা পোৎ অমগুম থোকয়ি।

## মূল ১১৭

সহস্র বিস্তীর্ণ যাঁর ফণার মণ্ডল।
সূর্য্য জিনি মণিগণ করে ঝলমল ॥ ১১৭ ॥

### শব্দার্থ

সহস্র—লীশীঙ, বিস্তীর্ণ—পাক-শন্‌বা, যাঁর—মহাক্কী ( শেষগী ), ফণার—লৈয়েংগী, মণ্ডল—মপৈ, সূর্য্য—নুমীৎপু, জিনি—ঙমজনা, মণিগণ—( শেষগী মরৈশিং দা য়াওবা ) মণিশিং, করে—তৌযি। ঝলমল—ইরং-ইর লংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী ( শেষগী ) মবৈ লীশীঙতুগী অমমম্না য়াম্না চাউয়ি-পাকয়ি। ( মদুদা লৈবা ) মণিশিংদু সূর্য্যগী মঙাল-বু ঙমজনা ইবং-লংনা ঙাল্লী।

## মূল ১১৮

পঞ্চাশৎ কোটি যোজন পৃথিবী বিস্তার।
যাঁর এক-ফণে রহে সর্ষপ-আকার ॥ ১১৮ ॥

### শব্দার্থ

পঞ্চাশৎ কোটি—কোটি য়াঙখৈ, যোজন—মাইল নীপাল, পৃথিবী—পৃথিবী, মালেমলৈমা, বিস্তার—পাক-চাউবা, যাঁর—মহাক্কী (শেষগী), এক ফণে—মরৈ অমদা, রহে—লৈ, সর্ষপ—হঙ্গাম মরূ, আকার—মওঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পৃথিবীসি মরাক-ময়ুঙদা যোজন কোটি য়াঙখৈনী। মসি শেষগী মরৈ অমথক্তা হঙ্গাম-মরূ অমগী মওঙদা লৈ।

### তৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদা হায়রি—"যস্যেদং ক্ষিতিমণ্ডলং ভগবতোঽনন্তমূর্ত্তে সহস্রশিরসঃ একস্মিনেব শীর্ষনি ধ্রিয়মাণং সিদ্ধার্থ এব লক্ষ্যতে—অনন্তমূর্ত্তি ভগবান্‌গী কোক লীশীঙগী মনুঙদা কোক অমথক্তদা থম্লিবা মালেম পৃথিবীসে হঙ্গাম মরূ অমগুম্ ওইনা উই। ৫/২৫/২ ॥ মরমসিনা পৃথিবীসে শেষগী

মকোক্কী করম্না মফমদা লৈ হায়বত্তু শেষনা খঙদে। রাফমসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌-দা য়াওরি, মত্তুদি—"ন বেদ সিদ্ধার্থমেব কচিৎ স্থিতং ভূমণ্ডলং মূর্দ্ধসহস্রধামসু ॥ ৫/১৭/২১ ॥"

## মূল ১১৯

সেইত অনন্ত শেষ ভক্ত—অবতার।
ঈশ্বরের সেবা বিনা নাহি জানে আর ॥ ১১৯ ॥

## শব্দার্থ

সেইত—মত্তুমক্কী, অনন্ত—অনন্তদেব, শেষ—অংশ, ভক্ত-অবতার—ভক্ত ওইনা তৌবা অবতারনী, ঈশ্বরগী, সেবা—থৌগল, বিনা—নত্তনা, নাহি-জানে—খঙদে, আর—অতৈমা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনন্ত শেষত্তুমক ভক্ত ওইনা তৌবা অবতার অমনী। ঈশ্বরগী সেবা নত্তনা অতৈমা খঙদে (মহাক)।

## নৈনরোল

ভগবানগী শয্যা ওইনদি অনন্তদেব লিলগী মওঙনী। অত্তুবু স্বরূপকী হায়রগদি মহাক লিল্‌গী মওঙ নত্তে। শ্রীমদ্ভাগবতকী মঙাশুবা স্কন্ধগী ২৫ শুবা অধ্যায়দগী ঐখোয়না খঙবদি মহাকী খোঙ অনী লৈ অত্তুগা পাম্বোম ফাবীনা (বলয-না) লৈতেংবা পাম্বোম য়াম্না পাল্লী, পাম্বোমশিংত্তুদা নাগকন্যাশিংনা যাম্না নুংশিবা য়াওনা অগুরু চন্দন অমসুং কুঙ্কুম তৈত্তুনা থৌগল্লী, মাগী হকচাঙদি লুপামূক ঙৌয়ি॥ ৫॥ মফম অমদমূক মাগী মায়থোঙ লীশীঙ পান্‌বগী প্রমাণ ফংঙী। মত্তুদি—"গায়ন্ গুণান্ দশশতানন আদিদেবং শেষোঽধুনাপি সমবস্যতি নাস্যপারম্—মায়থোঙ লীশীঙ লোঙবা আদিদেব অনন্তদেবনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ শক-শোন্দুনা ঙসি ফাওবা লোইবা ঙমদে। শ্রীভাঃ ২/৭/৪১ ॥"

## মূল ১২০

সহস্র-বদনে-করে কৃষ্ণগুণগান।
নিরবধি গুণগান—অন্ত নাহি পান ॥ ১২০ ॥

## শব্দার্থ

সহস্র-বদনে—চীন লীশীঙদা, করে—তৌয়ি, কৃষ্ণগুণগান—শ্রীকৃষ্ণগী মগুণ শকপা, নিরবধি—অতং-অথম নাইদবমথৈ, গুণ-গান—গুণ শকপা, অন্ত—লোইবা, নাহি পান—ফংদে ( লৈতে )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( অনন্তদেবনা ) চীন লীশীঙনা শ্রীকৃষ্ণগী মগুণ শক শোল্লী। অতং-অথম নাইদবমথৈ শোনবনী, লোইবা লৈতে।

## মূল ১২১

সনকাদি ভাগবত শুনে যাঁর মুখে।
ভগবানের গুণ কহে, ভাসে প্রেমসুখে॥ ১২১॥

## শব্দার্থ

সনক-আদি—সনক-নচিংবা ( সনক, সনাতন, সনন্দন অমসুং সনৎ-কুমার কৌবা চুতঃসন ), ভাগবত—শ্রীভগবানগী ভ্রারী, শুনে—নাকোঙনা তায, যাঁর—মহাক্কী, মুখে—চীন্দা, ভগবানের—ভগবানগী, গুণ—মগুণ, কহে—হায, ভাসে—তাউযি, প্রেম-সুখে—নুংশিবগী নুংঙাইবনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সনক-নচিংবা চতুঃসন-না মাগী (অনন্তদেবগী) মচীন্দগী শ্রীভগবানগী ভ্রাবী নাকোঙনা তায়। শ্রীভগবানগী মগুণ লীবদা প্রেমগা লোযনবা নুংঙাইবদা তাউয়ি।

## মূল ১২২

ছত্র পাদুকা শয্যা উপাধান বসন।
আরাম আবাস যজ্ঞসূত্র সিংহাসন॥ ১২২॥

## শব্দার্থ

ছত্র—পে, ছাতিন, পাদুকা—খুদোন, খোঙ-উপ, খুরুম, শয্যা—ফমুঙ, উপাধান—মোন্, বসন—শেংনবা ফি, আরাম—হৈকোন-লৈকোন, আবাস—যুম, যজ্ঞসূত্র—লুগুণ, সিংহাসন—তাঙবল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পে, খোঙ-উপ, ফমুঙ, মোন, শেৎনবা ফি, হৈকোন-লৈকোন, যুম, লুগুণ অমসুং সিংহাসন ( ওইদুনা অনন্তদেবনা ভগবানগী সেবা তৌরি )।

## মূল ১২৩

এত মূর্তিভেদ করি কৃষ্ণসেবা করে।
কৃষ্ণের শেষতা পাঞা 'শেষ' নাম ধরে ॥ ১২৩ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসুক, মূর্তিভেদ করি- তোঙান তোঙান্বা মূর্ত্তি লৌদুনা; কৃষ্ণসেবা করে—শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌযি, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, শেষতা—অপান্বা অরোইবী পাঞা—ফংদুনা, শেষ—শেষ (অরোইবা), নাম ধরে—মিং লৌরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ছত্র-পাদুকানচিংবা ) তোঙান তোঙান্বা মওংগী পোৎতা ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণবু ( অনন্তদেব শেষনা ) সেবা তৌযি। কৃষ্ণগী অপান্বা-অরোইবী যৌনা (সেবা তৌবা) ফংলে হায়দুনা (অনন্তদেবনা) শেষ (অরোইবা) কৌবা মিং লৌরিবনী।

## মূল ১২৪

সেইত অনন্ত যাঁর কহি এক কলা।
হেন প্রভু নিত্যানন্দ কে জানে তাঁর খেলা ॥ ১২৪ ॥

### শব্দার্থ

সেইত—মদুমক, অনন্ত—অনন্তদেব, যাঁর—মহাক্কী ( শ্রীবলরামগী হায়বদি শ্রীনিত্যানন্দগী ), কহি—এনা হায়, এক কলা—মশুঙগী মশুঙ অমনী, হেন প্রভু নিত্যানন্দ—অসিগুম্বা ইবুংঙো নিত্যানন্দ-নী, কে-কনানা, জানে—খঙঙী, তাঁর—মহাক্কী, খেলা—শান্নবা, লীলা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনন্তদুমক্কা মহাক্কী ( নিত্যানন্দগী ) কলা ( অংশ ) অমা ওইরিবনী। অসিগুম্বা নিত্যানন্দ প্রভুনী। মহাক্কী লীলাবু কনানা খঙবা ঙমগনী ?

## মূল ১২৫

এ সব প্রমাণে জানি নিত্যানন্দ-সীমা।
তাঁহাকে অনন্ত কহি কি তাঁর মহিমা ॥ ১২৫ ॥

### শব্দার্থ

এ—মসি, সব—পুম্বা, প্রমাণে—প্রমাণ্না, জানি—খঙঙী, নিত্যানন্দ-সীমা—শ্রীনিত্যানন্দগী তত্ব, তাঁহাকে—মহাকপু, অনন্ত—অনন্তদেব, কহি—কৌরগা, কি--কবি, তাঁর—মহাক্কী, মহিমা—মতীক-মযাইনো।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রমাণ পুম্নমক্সিনা শ্রীনিত্যানন্দগী তত্ত্ব কবিনো হাযবত্থ খঙঙী। মহাকপু অনন্তদেবনী হাযরগা মহাক্কী মহিমাগী চাং তাদববা ?

### নৈনরোল

শ্রীঅনন্তদেববু শ্রীনিত্যানন্দগী কলা-নী হাযখরে। অদুগা অমুক কনা কনাগুম্বনা শ্রীঅনন্তদেবদি শ্রীনিত্যানন্দ ওইনা অবতার তৌবনী হায়রি। মদুগী পাউথুম ওইনা পযারসিদা গ্রন্থকারনা খুন্মী।

## মুল ১২৬

অথবা ভক্তের বাক্য মানি সত্য করি।
সেহোত সম্ভবে তাঁতে, যাতে অবতারী ॥ ১২৬ ॥

### শব্দার্থ

অথবা—নত্রগা, ভক্তের—ভক্তগী, বাক্য—ৱাহৈদি, মানি—য়াই, সত্য—অচুম্বা করি—ওইহন্দুনা, সেহো ত—মদুসু, সম্ভবে—ওইথোকয়ি, তাঁতে—মঙোন্দদি ( নিত্যানন্দদি ), যাতে—করিনা, অবতারী—মাদি অবতারগী থোরকফম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নত্রগা, ভক্তগী ৱাহৈত্থ অচুম্বনী হায়না ঐ যারগে। মদুসু ওইথোকয়ি মঙোন্দদি, করিনা হায়ববু মহাক্তি অবতারীনী ( অবতারগী থোরকফম্মী )।

## মূল ১২৭

অবতার-অবতারী অভেদ যে জানে।
পূর্বে যৈছে কৃষ্ণকে কেহো কাহো করি মানে ॥ ১২৭ ॥

## শব্দার্থ

অবতার-অবতারী—অবতারগা অবতারগী থোরকফম অবতারীগা, অভেদ—খেন্নদববু, যে জানে—খঙলিবা মহাক, পূর্বে—মমাঙৈঙদা, যৈছে—গুম্না, কৃষ্ণকে—শ্রীকৃষ্ণবু, কেহো—কনানা, কাহো করি—কনানোনী হায়না মানে—লৌয়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অবতাবগা অবতারীগা খেন্নদে অমতনী হায়না ( ভক্তশিং ) মখোয়না খঙজে। মমাঙৈঙদা কনাগুম্বনা শ্রীকৃষ্ণবু কনানো করিনো হায়না লৌব-গুম্বনী।

## তৈন্নফোল

শ্রীঅনন্তদেববু শ্রীনিত্যানন্দনী হায়রিবা মখোয়গী ৱাহু মওং অমরোমদা খল্লগদি খবগী মখৈদি চুম্মী হায়বা য়াই—মসি খল্লগা গ্রন্থকারনা অমূক হায়রি—"শ্রীঅনন্তদেববু শ্রীনিত্যানন্দনী হায়রিবা মীশিংহুস্তু ভক্তনী, মখোয়গী শুদ্ধ সত্ত্বমী মছক ওইবা চিত্তদা ফাওরকপা ৱাহু মখোয়না হায়জব-তনী মরমহুনা মখোয়গী ৱাদা ভ্রম-প্রমাদনচিংবা মাযিক দোষ লৈফম থোক্তে। মখোযহুগী ৱাস্তু সত্যনী। করম্না সত্য ওইবগে হায়বহু হায়জরি। শ্রীনিত্যানন্দ অনন্তদেবগী অবতারী হায়বদি অংশীনী। অংশীগী মনূঙদা অংশ লৈ, মরমহুনা শ্রীনিত্যানন্দগী মনূঙদা অনন্তদেব লৈ। মসি ভক্তশিংহুনা অনুভব তৌরগা শ্রীনিত্যানন্দদি অনন্তদেবনী হায়না হায়বিবনী। মখোয়গী অনুভবকী মতূঙ ইম্না হায়বনীনা মখোয়গী ৱাহু চুম্মী, ওইদবা নত্তে। অহুদগী অমূক, অংশগা অংশীগদা হায়বদি অবতারগা অবতারীগদা খেন্নবা লৈতে, মহু যেংলুরগদি অংশ ওইবা অনন্তদেবগা অংশী ওইবা শ্রীনিত্যানন্দগদা খেন্নবা লৈতে, খেন্নদবসি খঙবা মরম্না ভক্তশিংহুনা অংশ-অনন্তদেববু অংশী শ্রীনিত্যানন্দনী হায়না হায়রিবনী, মরমহুনা মখোয়গী ৱাসিস্তু ওইদবা নত্তে।" ৱাফমসিগী খুদম ওইনা মমাঙৈঙদা অংশী শ্রীকৃষ্ণবু নর-নারায়ণনী, বামনদেবনী অসিনচিংবা হায়বগুম্বমী হায়না কৃষ্ণগী ৱাহু পল্লী।

## মুল ১২৮

কেহ কহে কৃষ্ণ সাক্ষাৎ নর নারায়ণ।
কেহ কহে, কৃষ্ণ হয় সাক্ষাৎ বামন।। ১২৮ ।।

### শব্দার্থ

কেহ—কনামনা, কহে—হায়, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণদি, সাক্ষাৎ—মীৎনা উবা, নর-নারায়ণ—শ্রীনর-নারায়ণ, কেহ—কনামনা, কহে—হায়, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, হয়—ওই, সাক্ষাৎ—মীৎনা উবা, বামন—শ্রীবামনদেব-নী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু সাক্ষাৎ নর নারায়ণ-নী হায়না কনাগুম্বনা হায়। কনাগুম্বনা অমুক শ্রীকৃষ্ণদি সাক্ষাৎ বামনদেবনী হায়।

## মুল ১২৯

কেহো কহে—কৃষ্ণ ক্ষীরোদশায়ী অবতার।
অসম্ভব নহে, সত্য বচন সভার।। ১২৯ ।।

### শব্দার্থ

কেহো—কনামনা, কহে—হায়, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণদি, ক্ষীরোদশায়ী অবতার—ক্ষীরোদশায়ীনা ভোবা অবতাব-নী, অসম্ভব—ওইথোক্তবা, নহে—নত্তে, সত্য—অচুম্বা, বচন—ৱানী, সভার—পুম্নমক্কী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামনা শ্রীকৃষ্ণবু ক্ষীরোদশায়ীগী অবতার-নী হায়। মসু ওইথোক্তবা নত্তে। মখোয় পুম্নমক্কী ৱাহ্ অচুম্বা ওাক্সী।

## মুল ১৩০-১৩১

কৃষ্ণ যবে অবতার সর্ব্বাংশ-আশ্রয়।
সর্ব্ব-অংশে আসি তবে কৃষ্ণেতে মিলয়।। ১৩০ ।।
যেই যেইরূপে জানে, সেই তাহা কহে।
সকল সম্ভবে কৃষ্ণে, কিছু মিথ্যা নহে।। ১৩১ ।।

### শব্দার্থ

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, যবে—মতমত্তুদা, অবতার—অবতার তৌয়ি; সর্ব্বাংশ-আশ্রয়—অংশ পুম্নমক্কী তুঙফম, সর্ব্ব-অংশে—অংশপুম্বনা, আসি—লাক্কুনা, তবে—মতমদুদা, কৃষ্ণেতে—শ্রীকৃষ্ণদা, মিলয়—তিল্লী, যেই—কনাগুম্বা মানা, যেই রূপে—মওংতুদা, জানে—খঙডী, সেই—মহাক্কা, তাহা—মতু (হায়না), কহে—কৌয়ি সকল—লোইনমক, সম্ভবে ওইথোকযি, কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদদি, কিছু—করিসু, মিথ্যা—ওইদবা, নহে—নত্তে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অংশ-পুম্নমক্কী তুঙফম ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবা মতমদা অংশ পুম্নমক্কা লাক্কুনা শ্রীকৃষ্ণদা তিল্লে। মা-মানা খঙজবা মওংদা মতুনী মদানী হাযনা মা-মাতুনা হাযজবতনী। পুম্নমকসে শ্রীকৃষ্ণদদি ওইথোকপা ঙাক্কী, করিমত্তা ওইদবা নত্তে।

### মৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণদি স্বযং ভগবান্নী পূর্ণতম ভগবান্নী, অতোপ-আতোপ্পা ভগবৎ-স্বরূপ পুম্নমক মহাক্কী অংশঙাক্কী অতুগা মহাক্কা মখোয লোইনমক্কী আশ্রয়-নী। মহাক্কা অবতার তৌবা মতমদা নারায়ণ-খোযনচিংবা ভগবৎ স্বরূপ পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহ মনুঙদা লাক্কুনা তিল্লে। শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহদা ভক্ত-শিংনা মহা মহাগী ভাব-কী তুং-ইনবা ভগবৎ-স্বরূপ অতু উবা ফংঙী, অতুগা মখোযনা উব-উবতু ফোঙদোকপনী। শ্রীকৃষ্ণদা নব-নাবযণ উবা ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণবু নর-নারাযণ-নী মহাযবা, বামনবু উরগা বামন-মক্কী মহাযবা ব্রাদনী। মখোয কনামতগী বা লান্দে হাযবদি মিথ্যা নত্তে, মরমদি শ্রীকৃষ্ণদা ভগবৎ-স্বরূপ পুম্নমক লৈ।

### মূল ১৩২

অতএব শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গোসাঞি।

সর্ব্ব-অবতার-লীলা করি সভারে দেখাই॥ ১৩২॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমতুনা, শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য গোসাঞি—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা, সর্ব্ব-অবতার-লীলা—অবতার পুম্নমক্কী লীলা, করি—তৌতুনা, সভারে—মী পুম্নমক্তা, দেখাই—উংখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমশুনা শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য মহাপ্রভুনা অবতার পুম্নমক্কী লীলা শান্নবুনা থ্বাই-পুম্বদা উৎখি।

## নৈনরোল

পূর্ণতম ভগবানগী মুংদা ভগবৎ-স্বরূপ পুম্নমক লৈ হায়বসুগী সাক্ষাৎ প্রমাণ ওইনা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী ব্রা পল্লগা পীরি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য স্বয়ং ভগবান্নী, ভগবৎ স্বরূপ পুম্নমক মহাক্কী মুংদা লৈ। মরমশুনা মহাক্না করিগুম্বা মতমদা বরাহদেবগী, করিগুম্বা মতমদা নৃসিংহদেবগী, করিগুম্বা মতমদা শ্রীশিবগী, করিগুম্বা মতমদা ভগবতীগী, করিগুম্বা মতমদা লক্ষ্মীগী রূপ ওইনা ভগবৎ-স্বরূপ পুম্নমক্কী লীলা লীলাশু মহাপ্রভু মছামক্কী বিগ্রহনা পুথোক্লুনা জীবদা উৎপিখি। মহাক্কী মুংদা ভগবৎ-স্বরূপ পুম্নমক্কু লৈত্রবোইদি মছাগী বিগ্রহনা ভগবৎ স্বরূপশিংগী লীলাশিংশু উৎপা ওম্নোইদোবনী।

## মূল ১৩৩

এইরূপে নিত্যানন্দ অনন্ত প্রকাশ।
সেই ভাবে কহে—মুঞি চৈতন্যের দাস ॥ ১৩৩ ॥

## শব্দার্থ

এইরূপে—মতৌ অসুম্না, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ, অনন্তপ্রকাশ—শীংলাক-ঙমদবা মশীংগী শকফোং, নত্রগা অনন্তদেবশু মহাক্কী অংশ ওইনা ফোঙলিবা, সেই ভাবে—মহাক্কী ( অনন্তদেবগী ) ভাব-তা, কহে—হায়, মুঞি—ঐ, চৈতন্যের—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী, দাস—মনাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না অনন্তদেবনা মহাক্কী অংশ ওইনা উৎলবা শ্রীনিত্যানন্দনী। মহাক্কী ( অনন্তদেবগী ) ভাব লৌশুনা হায়—"ঐ শ্রীচৈতন্যগী মনাইনী।"

## মূল ১৩৪

কভু গুরু কভু সখা কভু ভৃত্য-লীলা।
পূর্ব্বে যেন তিন ভাবে ব্রজে কৈল খেলা ॥ ১৩৪ ॥

## শব্দার্থ

কভু—করিগুম্বা মতমদা, গুরু—গুরু, কভু—করিগুম্বা মতমদা;

সখা—মরূপ, কভু—করিগুম্বা মতমদা, ভৃত্য-লীলা—নাই ওইবগী লীলা, পূর্ব্বে—মমাঙৈগুদা (দ্বাপরদা ব্রজলীলাদা), যেন—গুম্না, তিন ভাবে—ভাব অহুমদা, ব্রজে—ব্রজদা, কৈল—তৌখি, খেলা—শান্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

করিগুম্বা মতমদা গুরু ওইনা, করিগুম্বদা সখা ওইনা অমুগা করিগুম্বদা নাইরোই ওইনা শ্রীচৈতন্যগী সেবা তৌখি। মমাঙৈগুদা (দ্বাপর যুগদা) ভাব অহুমদা ব্রজদা লীলা শান্নখিবগুম্বনী।

## মূল ১৩৫

বৃষ হঞা কৃষ্ণসনে মাথামাথি রণ।
কভু কৃষ্ণ করে তাঁর পাদসংবাহন ॥ ১৩৫ ॥

### শব্দার্থ

বৃষ—শল্লাবা, হঞা—ওইরগা, কৃষ্ণসনে—শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা, মথামাথি—কোকা কোকা য়াইনবা, রণ—লাল, কভু—করিগুম্বদা, কৃষ্ণ—কৃষ্ণনা, করে—তৌয়ি, তাঁর—মহাক্কী, পাদ-সংবাহন—খোঙ-নোইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শল্লাবা ওইরগা (শ্রীবলরাম প্রভুনা) শ্রীকৃষ্ণগা কোকা কোকা য়াইনহুনা লাল (তৌনৈ)। করিগুম্বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী (শ্রীবলরামগী) খোঙ নোইহুনা সেবা তৌয়ি।

## মূল ১৩৬

আপনাকে ভৃত্য করি কৃষ্ণে প্রভু জানে।
কৃষ্ণের কলার কলা আপনাকে মানে ॥ ১৩৬ ॥

### শব্দার্থ

আপনাকে—মছাবু (শ্রীবলরাম মছামকপু), ভৃত্য—নাই, করি—ওইহন্দুনা, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণবু, প্রভু—মাবু লোইবা মবুংঙোনী, জানে—(হায়না) খঙঙী, কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী, কলার—কলাগী, কলা—কলা; (কলার কলা—অংশগী অংশ), আপনাকে—মছাবু, মানে—লৌয়ি।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( শ্রীবলরাম-না ) মছানা মছাবু নাইরোইনী খন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবুনা মাবু লোইবা মবুংঙোনী হায়না খঙজে। মতৌ অস্মুন্না মহাক্না মছাবু শ্রীকৃষ্ণগী কলাগীস্থু কলানী হায়না লৌজে।

**নৈনরোল**

পয়ার ১৩৫-১৩৬ শুবা অনীগী ব্রাবু য়োকথৎপা শ্লোক থরা মথাদা পীরি।

## মূল ১৩৭

বৃষায়মণৌ নর্দন্তৌ যুযুধাতে পরস্পরম্।

অনুকৃত্য রুতৈর্জন্তূংশ্চেরতুঃ প্রাকৃতৌ যথা ॥ ১৩৭ ॥

**শব্দার্থ**

বৃষায়মণৌ—শল্লাবগী মতৌ ওইরিবা, নর্দন্তৌ – খোংলিবা, যুযুধাতে —লান তৌনরম্মী, ব্রাইনরম্মী, পরস্পরম্—মশেল, অনুকৃত্য—মতৌ তমদুনা, রুতৈঃ- খোন্না, জন্তূন—(ব্রাহোং কাওঙা-নচিংবা) শা উচেক-শিংবু, চেরতুঃ—কোযচৎ চৎলম্মী হায়বদি শান্নরম্মী, প্রাকৃতৌ—অচম্বা নিপামচা, যথা—গুন্না।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

কৃষ্ণগা বলরামগনা শল্লাবগী মতৌগুন্না চৎ-চোংদুনা অতুগা খোং-লাকুনা অনী-মশেল লান্থেংনরম্মী ( ব্রাইনরম্মী )। অমুকস্থু ব্রাহোং কাওঙ-নচিংবা জীবশিংগী মখোন তমদুনা অচম্বা নিপামচাগী মতৌগুন্না শান্নরম্মী।

## মূল ১৩৮

ক্বচিৎ ক্রীড়াপরিশ্রান্তং গোপোৎসঙ্গোপবর্হণম্।

স্বয়ং বিশ্রাময়ত্যার্য্যং পাদসংবাহনাদিভিঃ ॥ ১৩৮ ॥

**শব্দার্থ**

ক্বচিৎ—করিগুম্বদা, ক্রীড়া-পরিশান্তম্—শান্নবদগী চোকৃথরবা, গোপ-উৎসঙ্গ—গোপ অমগী মতম্বাক, উপবর্হণম্—মোন, ( গোপোৎ-সঙ্গোপবর্হণম্—গোপ অমগী তম্পাক্তা মোনথাওলগা হিপ্লিবা ), স্বয়ম্—মছামক, বিশ্রাময়তি—পোথাহল্লী, আর্য্যম্—ময়াম্বুং ( বলরাম-বু ), পাদসংবাহনাদিভিঃ—খোঙ নোইবনচিংবা ভৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবলরাম-না শাস্ত্রবদগী চোকথরক্লনা কনাগুম্বা গোপ অমগী মতম্বক্তা মোন্ থাঙলগা চেপথরবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা খোঙ-নোইবনচিংবা তৌক্লনা ময়ামুংবু পোথাহল্লম্মী।

## মুল ১৩৭

কেয়ং বা কুত আয়াতা দৈবী বা নার্য্যুতাসুরী।
প্রায়ো মায়াস্তু মে ভর্তুর্নান্যা মেঽপি বিমোহিনী ॥ ১৩৭ ॥

## শব্দার্থ

কা—কনানো, ইয়ম—মসি, বা—নত্রগা, কুত:—কদাযদগী আয়াতা—লাক্লিবা, দৈবী—লাইগী, বা—নত্রগা নারী—মীওইবনা তৌবা (মানুষী), উত—নত্রগা, আসুরী—হিংচাবগী, প্রায়—ওইফম থোকপদি, মায়া—মায়া, অস্তু—ওইগনী, মে—ঐগী, ভর্ত্তুঃ—প্রভু শ্রীকৃষ্ণগী, ন—নত্তে, অন্যা—অতোপ্পী, মে—ঐগী, অপি—সু, বিমোহিনী—শুমহৎওন্দ্রী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীবলদেবনা হায়)—"মসি করম্বা মাযানো? কদায়দগীবু লাক্লিবা? মসি দৈবী মাযা হায়দ্রবা? নত্রগা মীনা তৌবা মায়া ওইরিদরা? নত্রগা আসুরী মাযা ওইরমদ্রা? মসি ঐগী ইবুংঙো (প্রভু শ্রীকৃষ্ণগী) মাযা ওইরমাল্লে, মরমদি অতোপ্পী মাযানা ঐবু শুমহৎপা ঙম্মোইদা।

## তৈনরোল

ব্রহ্মমোহন (ব্রহ্মাবু শুঙ্কহৎপা) লীলাগী রানী। শ্রীকৃষ্ণগী লৈরম্বা শনশিং অমসুং শঙ্গোম্নহাশিংবু ব্রহ্মানা লোইনমক হুরাল্লগা লোৎখিরম্বদা শ্রীকৃষ্ণনা লীলাশক্তিগী মতেঙনা ব্রহ্মানা হুখ্রবা শন অমদি গোপবালক-শিংতুগী মচক লৌরগা মছাবু উৎখি। সন্ধ্যাগী মতমদা মখোয পুম্বনা ব্রজদা হল্লকপদা ব্রজদা লৈরম্বা মীশিংনা মখোযগী হান্নগী শনশিংতু অতুগা মচা মশু শঙ্গোম্নহাশিংতু ওইরবোই নীওলম্মী; মখোয়তু শ্রীকৃষ্ণগী লীলাশক্তিনা তৌরিবনী হায়বা কনামতনা খঙবা ঙম্লমদে। মতৌ অসুম্না নুমীৎ য়াম্না হৌখ্রে, অতুবু কনামতনা অশেঙবা রারোল খঙবা ঙমখিদে। অমরোমদনা মমাঙৈঙদা মখোয়না শন অমদি মচা-মশু গোপশিংবু নুংশিরম্বদো হৌজিক্লা অমূক হেন্ঙৎলক্লে। হেন্ঙৎনা নুংশিবসি কয়ামূক হেন্ঙৎলকপগে হায়ববু

কোম্বুংদদি মখোযনা শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিবগা চপ মান্নবা মুংশিখৎলক্লে। অদু-ফাওবদা শ্রীকৃষ্ণনা ওইবা শন্বী-শন্নাও অমদি গোপশিংনী হায়বদো কনামৃতনস্থ খণ্ডল্লি, মরমদুনা মুংশিবা হেঙ্গৎপগী মরোলস্থ ভাব তানরমদে। কোম্বুংদা গোবৎসশিংবু ব্রজবাসীশিংনা অস্থক যান্না হেঙ্গৎনা মুংশিন্নকপগী রাসি শ্রীবলদেবনা লক্ষ্য তৌখি, অদুনা মহাক্না মপূক্কুংদা চিংনখি। শ্রীবলদেবনা খন্‌খি—"গোবৎসশিংদা গাঢ প্রীতি পোক্লিবসি ব্রজবাসীশিংদদা নত্তুনা ঐভোন্দস্থ পোকয়ি। মসিগী মরম করি ওইরিগদগে? মসিবু করিগুম্বা মায়া অমা ওইরবরা? মাযা ওইরগনা করম্না মায়ানো? দৈবী নত্রগা আসুরী নত্রগা মানুষী (মীওইবগী) মায়া ওইগদরা? অদুবু—নত্তেদা, হায়রিবা মাযা জাৎশিংসি ওইগনী হাযবা মান্দেদা। মখোযসিগুম্বা মায়ানদি ঐবু শুম্বাৎপা ঙম্লোই। অদুদি শোয়দ্রে মসি প্রভু শ্রীকৃষ্ণগী মাযা ওইরম্‌গনী।"

নৈনরিবা শ্লোকসিগী রারোল অশেংবদি অসিনী, মন্থদি—শ্রীবলদেব-নচিংবা ভগবান্‌গী পরিকবশিংদি শুদ্ধ-সত্ত্ব-বিগ্রহ ওইবা ঙাক্তনীনা দৈবী, আসুরী নত্রগা মানুষী মায়ানা মখোযদা চঙবা ঙমদে, অঘটন-ঘটন-পটীয়সী (ওইথোক্তববু ওইহনবদা হৈশিংবী) যোগমাযাতনা ভগবানগী পরিকরশিংবু ঙকহন্‌বা ঙম্মী, অতৈ মাযা অমতনা ঙমদে।

শ্লোকসিদা শ্রীবলদেব মছামক্না শ্রীকৃষ্ণবু মছামক্কী ভর্ত্তা-নী (মাবু লোইবা মপুনী হাযবদি প্রভুনী) হায়রি। মসিনা ১৩৬-শুবা পয়ারগী অহান্‌বা তংখাইদুগী প্রমাণ ওইরে।

## মূল ১৪০

যস্যাঙ্ঘ্রি পঙ্কজরজোঽখিললোকপালৈ-
র্মৌল্যুত্তমৈর্ধৃতমুপাসিততীর্থতীর্থম্।
ব্রহ্মা ভবোঽহমপি যস্য কলাঃ কলাযাঃ
শ্রীশ্চোদ্বহেম চিরমস্য নৃপাসনং ক্ব॥ ১৪০॥

## শব্দার্থ

যস্য—মহাক্কী, অঙ্ঘ্রি পঙ্কজরজঃ—খোঙ-থম্বালগী উৎফুল, অখিল-লোকপালৈঃ—লোক ঙাকপা পুম্নমক্না, মৌলি উত্তমৈঃ—লৈতেংলবা কোক-শিংনা, ধৃতম্—স্নানরবা, উপাসিত—লাৎনরিবা, তীর্থতীর্থম্—তীর্থ পুম্নমক্কী তীর্থ (শেংদোকপা) ওইরিবা, ব্রহ্মাভবঃ—ব্রহ্মা অমসুং শিব;

অহম্-অপি—ঐশু, যস্য—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ), কলাঃ—কলা ওাক্কী, কলায়াঃ—কলাগী, শ্রী৹—লক্ষ্মী; চ—অমসুং, উদ্বহেম—কোক্‌থক্তা হাপ্পী, চিরম্—মতম পুম্বদা, অস্য—মহাক্কী, নৃপ-আসনম—নিংথৌগী তাঙবল, ক্ব—কদায।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীবলদেবনা হায—শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া-থম্বালগী উৎফুলবু ব্রহ্মানচিংবা লোকপালশিংনা মখোয়গী ফজনা লৈতেংলবা মকোক্তা হাপচৈ অদুগা মদুনা মীপুম্নমক্না লাৎনরিবা তীর্থশিংবু তীর্থ ওইহনবিরিবনী। মহাক্কী অংশগী অংশ—ব্রহ্মা, শিব অমদি ঐহাকসু অদুগা লক্ষ্মীসু মাগী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) খুয়া-উৎফুল কোক্‌থক্তা হাপ্লিবা, অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী নিংথৌ-তাংবন্না অমূক কদায়দা, হাযবদি করি কান্নগনী ?

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী মচাবুংঙো সাম্ব-না স্বয়ম্বর-সভাদগী দুর্যোধনগী মচানুপী লক্ষ্মণাবু হূরান্দূনা চৎলিঙৈদা কর্ণ-নচিংবা কুরুবীরশিংনা সাম্ববু মায়থীবা পীরগা হস্তিনাপুরদা পুরক্লুনা ফারগা থমখি। পাউসি তারবদা শ্রীকৃষ্ণনা বৃষ্ণিবংশগা কুরুবংশগা খৎনবা খামজন্নবগীদমক উগ্রসেন অমদি উদ্ধবনচিংবা মী ময়াম পুরগা শ্রীবলদেবনা হস্তিনাপুর থুংলগা আপোয তৌনসি সাম্ববু থাদোরকউ হায়না দুর্যোধন দা হায়রম্মী। মদুদা নাপল-চাউববা দুর্য্যোধন-না বৃষ্ণিবংশবু চৈরদুনা হাযখি—"ঐখোয়না চান্‌বিবদগী বৃষ্ণিবংশগী মীশিংনা হিংজরিবনী, মখোয়দা ঐখোযনা রাজ্য অপীকপা অমা পীবিরগা মখোয় পানজরিবনী, নত্তগদি মখোয়না নিংথৌ তাঙবল কদাযদগী ফংগনো ? কয়াদা ওকখ্রবনো। ঐখোযনা চানবিবনা হিংজরগা হৌজিক ইকাই-খঙদবগুম ঐখোয়দা য়াথং তাওথরক্লিবসে।"

অসিগুম্বা লম্‌কেৎ-লমহাইবা রাতাসি তাবদা শ্রীবলদেবনা খুমখিবা পাউখুম অদু নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রিবসিনী। শ্লোকসিদা শ্রীবলদেবনা হায়রি—মহাক শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া-উৎফুলবু মকোক্তা হাপ্‌চৈ, মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণ-দি মহাক্কী প্রভুনী ( মাবু লোইরিবা মপুনী )। অমূকসু হায়রম্মী—মহাক্তি শ্রীকৃষ্ণগী কলাগী কলা-নী। শ্লোকসিনা পয়ার ১৩৬ শুবদা হায়রিবদুগী প্রমান্নী।

মূল শ্লোক ১৩৭—১৪০ ফাওবসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌখোকপনী। ( ১০/১১/৪০, ১০/১৫/১৪, ১০/১৩/২৭ )।

## মূল ১৪১

একলে ঈশ্বর কৃষ্ণ, আর সব ভৃত্য।

যারে যৈছে নাচায়, সে তৈছে করে নৃত্য ॥ ১৪১ ॥

### শব্দার্থ

একলে—মথন্তনা, ঈশ্বর–ঈশ্বর-নী, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, আর—অতৈ, সব—পূম্নমক, ভৃত্য—মনাইনী, যারে—মাবু, যৈছে—মওং অমদা, নাচায—জগোই শাহল্লী, সে—মহাক্না, তৈছে—মওংতুদা, করে-নৃত্য—জগোই শাই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণ মথন্তনা ঈশ্বরনী, অতৈ পূম্নমক্তি মনাই-নী। কনাগুম্বা অমবু মহাক্না শাহন্‌বা মওংতুদা জগোই শাহল্লিবনী।

### নৈনরোল

মথক্কী মূল ১৩৪-১৩৫-দা হায়খ্রে—বলদেবনা শ্রীকৃষ্ণগী গুরুজন অমনী হায়না মছানা অভিমান তৌযি অতুগা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী খোঙ-নোইহুনা সেবা তৌযি। মসিনা শ্রীকৃষ্ণনা সর্বেশ্বর ( পূম্নমক্কী মপূ মকোক ) ওইবগী মতাঙদা কায়বা লাকয়ি। কাযগনী হাযবগী চিংনবহু কোক্লবা হায়তুনা নৈনবিবা পয়ারসিদা শ্রীকৃষ্ণ মথন্তনা ঈশ্বরনী অতৈ পূম্বনা মাগী মনাইনী হাযনা তাক্লিবনী।

## মূল ১৪২

এইমত চৈতন্যগোসাঞি একলে ঈশ্বর।

আর সব পারিষদ—কেহ বা কিঙ্কর ॥ ১৪২ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না, চৈতন্যগোসাঞি—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু; একলে—মথন্তনা, ঈশ্বর—ঈশ্বর, আর—অতৈ, সব—পূম্বা, পারিষদ—লোইনবা মী, মতম পূম্বদা মনাক্তা লৈবা মী, কেহ বা—কনা অমনা; কিঙ্কর—মনাইনী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু মথন্তনা ঈশ্বরনী, অদুগা অতৈ পুম্বনা মাগী পারিষদনী ( লোইন— খম্মিন্নী ), কনা অমনা মনাইনী ।

## মূল ১৪৩

গুরুবর্গ — নিত্যানন্দ অদ্বৈত-আচার্য্য ।

শ্রীবাসাদি আর যত—লঘু সম আর্য্য ॥ ১৪৩ ॥

**শব্দার্থ**

গুরুবর্গ — গুরুজনখিবিক , নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ , অদ্বৈত-আচার্য্য— শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য , শ্রীবাস আদি—শ্রীবাসনচিংবা , আর যত— অতৈ লৈরিবা খিবিক , লঘু— হন্থবা, পীকপা , সম—মান্নবা ; আর্য্য—থকৃথোংবা লোন ( ৎকশিং ) ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, শ্রীবাস-নচিংবা গুরুজনখিবিক, অদুগা অতৈখিবিক— হন্থরবসু, মান্নরবসু, মথক-থোংলবসু— ( পারিষদ ওাক্সী ) ।

## মূল ১৪৪

সভে পারিষদ, সভে লীলার সহায় ।

সভা লঞা নিজ কার্য্য সাধে গৌররায় ॥ ১৪৪ ॥

**শব্দার্থ**

সভে—লোইনমক , পারিষদ—লোইনবনী , সভে—লোইনমক , লীলার—লীলাগী সহায—সহায়নী , সভা—পুম্নমকপু , লঞা — পুদুনা , নিজ কার্য্য—মছাগী থবক , সাধে- পাঙথোকযি , গৌররায—গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

লোইনমক লোইন-ওাক্সী, লোইনমক লীলাগী তেঙবাঙবা ওাক্সী । পুম্নমক্সিগা লোযনরগা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা মছাগী থবক পাঙথোকয়ি ।

**নৈনদ্রোল**

নিজ কার্য্য—মছাগী থবক । ব্রজদা মপুঙ ফাখিদরবা অনীওবা

অহুম্ভু মপুঙ ফাহনবা হায়বা অন্তরঙ্গ ওইবা থবক অতুগা নাম-প্রচারনচিংবা বহিরঙ্গ ওইবা থবক—থবকশিংসিনী মছাগী থবক্তি।

## মূল ১৪৫

অদ্বৈত-আচার্য্য নিত্যানন্দ—দুই অঙ্গ।

দুইজন লঞা প্রভুর যত কিছু রঙ্গ ॥ ১৪৫ ॥

### শব্দার্থ

অদ্বৈত-আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ, দুই—অনী, অঙ্গ—হকচাঙ-কাযাৎ, দুই জন—মীতা অনীসি, লঞা—লোযননা, প্রভুর—প্রভুগী, যত কিছু—তৌরিবা খিবিক, রঙ্গ—লীলা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনে শ্রীনিত্যানন্দনে অনীসি (গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী) হকচাঙ-কায়াৎ-কুম্বনী। অনীসিগা লোয়ননা প্রভুগী লীলা খিবিক্তো তৌরম্বনী।

### নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনে শ্রীনিত্যানন্দনে অনীসিনা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী পারিষদ-শিংগী মরক্তা মকোক্নী, মরমদি অনীসি প্রভুগী হকচাঙ-কায়াৎকী মছক্নী। মখোয়না শ্রীচৈতন্য প্রভুগী লীলাগী মূল সহাযনী।

## মূল ১৪৬-১৪৭

অদ্বৈত-আচার্য্য গোসাঞি সাক্ষাৎ ঈশ্বর।

প্রভু 'গুরু' করি মানে, তেঁহো ত কিঙ্কর ॥ ১৪৬ ॥

আচার্য্যগোসাঞির তত্ত্ব না যায় কথন।

কৃষ্ণ অবতারি যেঁহো তারিল ভুবন ॥ ১৪৭ ॥

### শব্দার্থ

অদ্বৈত-আচার্য্য গোসাঞি—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভু, সাক্ষাৎ—শংশংবা, ঈশ্বর—ঈশ্বরনী, প্রভু—শ্রীচৈতন্য প্রভুনা; গুরু করি—গুরুনী হায়দুনা,

মানে—লৌযি, তেঁহো ত—মহাক্তি (শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যদি), কিঙ্কর—মনাইনী, আচার্য্য গোসাঞির—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভুগী, তত্ত্ব—অওইবা রাদি, না যায় কথন—হায়ফম থঙদে, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণবু, অবতারি—অবতার তৌহন্দুনা, যেঁহো—মহাক্না (শ্রীঅদ্বৈতনা), তারিল—লান্-বিখি, ভুবন—জগৎ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভুদি সাক্ষাৎ ঈশ্বরনী। শ্রীচৈতন্যপ্রভুনা (মহাকপু) গুরু ওইনা লৌয়ি, অদুগা মহাক্না (অদ্বৈতনা মছাবু প্রভুগী) মনাইনী হাযজৈ। আচার্য্যগোসাঞিগী রাবু কনানা হাযগবা? মহাক্তি শ্রীকৃষ্ণবু অবতার তৌহল্লগা জগৎ লানবিরিবনী।

## নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যদি মহাবিষ্ণুগী অংশাবতার ওইবনা সাক্ষাৎ ঈশ্বরতত্ত্বনী, ঈশ্বর-তত্ত্ব ওইরবস্লু মহাক শ্রীকৃষ্ণগী কলা অমনী, মরমদুমা স্বরূপ অশেঙবগী রা হাযরগদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাক্কী প্রভুনী। অদুবু লীলাদদি শ্রীমন্মহাপ্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু গুরু ওইনা মানিজৈ, অদুবু আচার্য্যনদি মছাবু প্রভুগী মনাইনী হাযনা লৌজৈ। প্রভুনা মঙোন্দা গুরুগী মর্য্যাদা পীনীঙঙী, মহাক্না গুরুগী মর্য্যাদা পামজদে, অদুগী মহূত্তা প্রভুগী সেবা তৌনীঙঙী। মরমসিনা মখোয অনী প্রেমগী খৎনবা হায়বদু তৌনি। লৌকিক-লীলাদা শ্রীঅদ্বৈতদি শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরী গোস্বামীগী শিষ্যনী মরমদুনা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী খুডা-গুরু হাযবদুনী। সম্বন্ধসি উবদগী প্রভুনা অদ্বৈতদা গুরুগী মর্য্যাদা পীনীঙ-বনী, অদ্বৈতনা মদু যানীঙদে, মহাক্না খনজবদি স্বয়ং ভগবান্ ওইবা চৈতন্য প্রভুগী গুরু হায়বা লৈবরা? মহাক্তি পূম্নমকী গুরুনী, অতৈ পূম্নমক্না মহাক্কী মনাই ঙাক্কনী।

মায়া-লাংদা থুরবা জীবগী অৱাবা দশা উবদা শ্রীঅদ্বৈতনা থরাই রানা শ্রীকৃষ্ণবু অবতার তৌবিরক্নো হায়না শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-খাদা হঙ্গৎচখি। মহাক্না হঙ্গৎপা মরম্না শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীচৈতন্য ওইনা নবদ্বীপতা অবতার তৌরগা নামগা প্রেমগা পীদুনা জীববু মহে য়ালৃহন্‌খি। মতৌ অসুম্না শ্রীঅদ্বৈতনা গৌর-লীলা থোকখিবগী অদুগা জীব লান্‌বীবগী মরম ওইখি। অমুক প্রভুগী পারিষদ ওইনস্লু মাগী লীলাগী সহায় ওইখি।

## মূল ১৪৮

নিত্যানন্দস্বরূপ পূর্ব্বে হইলা লক্ষ্মণ।
লঘুভ্রাতা হৈয়া করে রামের সেবন ।। ১৪৮ ।।

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দস্বরূপ—গৌরলীলাদা শ্রীনিত্যানন্দ ওইনা অবতার তৌখিবা শ্রীবলরাম, পূর্ব্বে—মমাঙদা, হইলা—ওইখি, লক্ষ্মণ—(শ্রীরামগী মনাও-ইবুংঙো) লক্ষ্মণ, লঘু ভ্রাতা—মনাও-মুপা, হৈয়া—ওইদুনা, করে—তৌয়ি; রামের—শ্রীরামচন্দ্রগী, সেবন—সেবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গৌরলীলাদা শ্রীনিত্যানন্দ ওইনা অবতীর্ণ ওইখিবা শ্রীবলরামদুনা মমাঙদা ( হায়বদি ত্রেতা যুগ অদুদা ) লক্ষ্মণ ওইখি। মনাওনুপা ওইদুনা শ্রীরামচন্দ্রগী সেবা তৌখি।

## মূল ১৪৯

রামের চরিত্র সব দুঃখের কারণ।
স্বতন্ত্র লীলার দুঃখ সহেন লক্ষ্মণ ।। ১৪৯ ।।

### শব্দার্থ

রামের—শ্রীরামগী, চরিত্র—চোরিত, সব—লোইনমক, দুঃখের—অৱাবগী, কারণ—হৌফম মরম, স্বতন্ত্র—মীওতম্বা, লীলার—লীলাগী, দুঃখ—অৱাবা, সহেন—খাঙঙী, লক্ষ্মণ—লক্ষ্মণনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরামগী মচোরিত পুম্বা অৱাবগী হৌফম মরম ওাক্লী। মাগী মনীওতম্বা লীলাগী অৱাবদু লক্ষ্মণনা অদুম খাঙখি।

### বৈষনরোল

শ্রীরামচন্দ্রদি লক্ষ্মণগী মৱাস্বুংহন্নী, অদুনা লক্ষ্মণনা মৱাস্বুংদা করিমত্তা হঙংনা রা হায়জবা ঙমখিদে, য়াথং ইন্‌বতনা মথৌ ওইরম্মী। মরমদুনা শ্রীরাম-না মহাক্না পাম্বদুদা তৌখি। মতুদা শ্রীরাম অৱাবা য়াম্না নংখি-শ্রীরাম-না রাবদা লক্ষ্মণসু ঙমথৈ লৈতনা রাবা ফংখি। মহাক্না মনীওতম্বা ওন্নমদবনা অৱাবশিংদু তুম্মিন্না খাঙবা তাখি।

## মূল ১৫০

নিষেধ করিতে নারে যাতে ছোট ভাই।
মৌন করি রহে লক্ষ্মণ মনে দুঃখ পাই ॥ ১৫০ ॥

### শব্দার্থ

নিষেধ কবিতে—তৌবা য়াদে হাযনা থিংবা, নারে—ঙমদে, যাতে—মরমদি, ছোট ভাই—মনাওনী, মৌন করি—বা ঙাঙদবমখৈ, বহে—লৈ, লক্ষ্মণ—শ্রীলক্ষ্মণ, মনে—পূক্নুংদা, দুখ—অবাবা, পাই—ফংদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মনাওনীনা ( লক্ষ্মণ অদুময়াম্বু ) তৌকনু হায়দুনা থিংজবা ঙমদে। অদুনা লক্ষ্মণ মপূক্নুংদা অবাবা ফংলগা বা ঙাঙদবমখৈ লৈ।

## মূল ১৫১

কৃষ্ণাবতারে জ্যেষ্ঠ হৈল সেবার কারণ।
কৃষ্ণকে করাইল নানা সুখ আস্বাদন ॥ ১৫১ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণাবতারে—শ্রীকৃষ্ণগী অবতাবদা, জ্যেষ্ঠ—মযাম্বুংহল, হৈল—ওইখি, সেবার কারণ—সেবা তৌনবগীদমক, কৃষ্ণকে—শ্রীকৃষ্ণবু, করাইল—তৌহনখি, নানা—মখল মখাগী, সুখ—নুংঙাইবা, আস্বাদন—মহাও তংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( দ্বাপর যুগদা ) শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবদা ( শ্রীবলরাম-না ) মহাক্কী পেন্নবা সেবা তৌনবগীদমক মযাম্বু ওইখি। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইবা মখল মখাগী মহাও তংহনখি।

## মূল ১৫২

রাম-লক্ষ্মণ—কৃষ্ণ-রামের অংশ বিশেষ।
অবতার কালে দোঁহে দোঁহেতে প্রবেশ ॥ ১৫২ ॥

### শব্দার্থ

রাম-লক্ষমণ—শ্রীরামচন্দ্র অমসুং শ্রীলক্ষ্মণ, কৃষ্ণ-রামের—শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীবলরামগী, অংশ বিশেষ—অংশ থোইদোকপনী, অবতার কালে—( শ্রীকৃষ্ণগী ) অবতার মতমদা, দোঁহে অনীনা ( রাম-লক্ষমণনা ), দোঁহেতে—অনীদা ( শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীবলদেবদা ), প্রবেশ—চঙবা ( ওইখি )।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাম-লক্ষ্মণ (মথংশীংনা) শ্রীকৃষ্ণ-বলরামগী অংশ থোইদোকপনী। শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবা মতমদা অনীনা ( রাম-লক্ষমণনা ) অনীদা (শ্রীকৃষ্ণ-বলরামদা) ( মথংশীংনা ) চঙখি।

### নৈনরোল

শ্রীরাম শ্রীকৃষ্ণগী অংশনী, অদুগা শ্রীলক্ষ্মণনা শ্রীবলরামগী অংশনী। স্বয়ং পূর্ণ ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবা মতমদা শ্রীরামনা মাগী অংশী শ্রীকৃষ্ণদা অদুগা শ্রীলক্ষ্মণনা মাগী অংশী শ্রীবলরামদা চঙখি।

### মূল ১৫৩

সেই অংশ লঞা জ্যেষ্ঠ-কনিষ্ঠাভিমান।
অংশাংশিরূপে শাস্ত্রে করযে ব্যাখান ॥ ১৫৩ ॥

### শব্দার্থ

সেই—মদু, অংশ—শরুক, লঞা—লৌদুনা, জ্যেষ্ঠ—অহল, কনিষ্ঠ—নহা, অভিমান—খনবা অংশ-অংশিরূপে—অংশ অমসুং অংশী ( অংশগী খোবকফম মপুম ) ওইনা, শাস্ত্রে—শাস্ত্রদা, করযে ব্যাখ্যান—ব্যাখ্যা তৌযি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অংশ অদুনা ( শ্রীরামচন্দ্র ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী অংশ অদুগা লক্ষ্মণ ওইবা শ্রীবলরামগী অংশ অদুনা ) মযাম্বনী মনাওনী হায়না অভিমান তৌযি। অংশ অমসুং অংশী ওইনা ( শ্রীরাম-না শ্রীকৃষ্ণগী অংশনী অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরামগী অংশী-নী হায়না ) শাস্ত্রদা হায়রি।

## মূল ১৫৪

রামাদি মূর্ত্তিষু কলানিয়মেন তিষ্ঠন
নানাবতারমকরোদ্ভুবনেষু কিন্তু।
কৃষ্ণঃ স্বয়ং সমভবৎ পরমঃ পুমান্ যো
গোবিন্দমাদি পুরুষং তমহং ভজামি ॥ ১৫৪ ॥

## শব্দার্থ

রাম-আদি-মূর্ত্তিষু—রাম-নচিংবা মূর্ত্তিশিংদা, কলা-নিযমেন—শক্তি নিয়ন্ত্রন ( শীল্লাংবা ) তৌদুনা, তিষ্ঠন্—লৈদুনা ( হাযবদি রাম-নচিংবা মূর্ত্তি পুথোক্লুনা ), নানা-অবতারম—অবতার মখলমখা, অকরোৎ—তৌবম্মী, ভুবনেষু—ভূবন ময়ামদা, কিন্তু—তৌইগুম্বসু, কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ, স্বয়ং—মছামক, সমভবৎ—অবতার তৌযি, পরম—পুঙথোইবা, পুমান্—পুরুষ, য—মহাক, গোবিন্দম—গোবিন্দবু, আদিপুরুষং—ইহান্-হানবা পুরুষবু, তম—মহাকপু, অহম—ঐনা, ভজামি—খুরুমজৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী শক্তি পুম্বা শীজন্নদুনা মরোল পুম্বদা শ্রীরামচন্দ্রনচিংবা অবতার মখল মখা পুথোক্লুনা লৈরগা মছামক্না অবতাব তৌরিবা পরম-পুরুষ অমসুং আদি পুরুষ ওইবা শ্রীগোবিন্দবু ঐনা ভজন তৌজৈ ( নীঙজৈ )।

## নৈনরোল

শ্লোকসি ব্রহ্মসংহিতাদগী লৌথোরকপনী ( ৫/৩৯ )। শক্তিবিকাশগী অথোই-অহেনগী মতুং ইন্না পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণনা শীঙলাক-ঙমদবা যাম্নবা ভগবানগী স্বরূপ-তা অবতার তৌরক্লি অনাদিকালদগী হৌরদুনা অদুগা শ্রীকৃষ্ণ মছামক্না করি করিগুম্বা মতমদা অবতার তৌরকযি ( প্রকট ওই )। মছামক্কী রূপ-তদি শক্তি পুম্বা পূর্ণগুম বিকাশ তৌযি, রাম-নচিংবা রূপকীদদি শক্তি বিকাশ অদু মচেৎ (আংশিক) ওইনা তৌযি। মসি শ্লোক-সিদা য়াওরিবা স্বয়ং শব্দগীগা কলা শব্দগীগা অনীগী ধ্বনি-নী ( খোন্থাং-নী )। রামনচিংবদা শক্তিগী বিকাশদু আংশিক ওইবা মরম্না রাম-নচিংবসি শ্রীকৃষ্ণগী অংশনী অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা রামনচিংবগী অংশী ওইরে।

## মূল ১৫৫

শ্রীচৈতন্য সেই কৃষ্ণ, নিত্যানন্দ রাম।

নিত্যানন্দ পূর্ণ করে চৈতন্যের কাম ॥ ১৫৫ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীচৈতন্য—ভগবান্ শ্রীচৈতন্য, সেই কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ অতুনী, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দনা, রাম—শ্রীবলরাম-নী, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দনা, পূর্ণ করে- থুংহল্লী, চৈতন্যের—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী, কাম—অপাম্বা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যদি শ্রীকৃষ্ণ অতুমক্কী, শ্রীনিত্যানন্দনা শ্রীবলরাম অতুনী। শ্রীনিত্যানন্দনা শ্রীচৈতন্যগী অপাম্বা অতু থুংহল্লী।

## মূল ১৫৬

নিত্যানন্দ-মহিমা-সিন্ধু অনন্ত অপার।

এক কণ স্পর্শি-মাত্র সে কৃপা তাঁহার ॥ ১৫৬ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ-মহিমা—শ্রীনিত্যানন্দগী মতীক-মযাইগী, সিন্ধু—সমুদ্র, অনন্ত—ঙমখৈ-নাইদবনী, অপার—লানঙমদবনী, এক—অমা, কণ—মরীক, মচেং, স্পর্শি—ঐনা শোকযি, মাত্র—দমক, সে—মতু, কৃপা—থৌজান, তাঁহার—মহাক্কী ( নিত্যানন্দগী )।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দগী মহিমাদি ঙমখৈ-নাইদবা অমস্তুং লানঙমদবা মহা-সমুদ্রনী। মতুগী মরীক অমতং ঐনা শোকচবদি মহাক্কী থৌজাস্তননী।

## মূল ১৫৭

আর এক শুন তাঁর কৃপার মহিমা।

অধম-জীবেরে চঢাইল উর্দ্ধ্ব সীমা ॥ ১৫৭ ॥

### শব্দার্থ

আর—অতৈ, এক—অমা, শুন—তাবিযু, তাঁর—মহাক্কী, কৃপার—থৌজানগী; মহিমা—মতীক-ময়াই, অধম—তোল্লবা, জীবেরে—জীববু, চঢাইল—কাহল্লী, উর্দ্ধ্ব-সীমা—অৱাংবগী ঙমখৈ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মহাক্কী (নিত্যানন্দগী) কৃপাগী মহিমা অতোপ্পা অমনা করিনো হাযবহু নাকোঙনা তাবিযু । অতোন্‌বা জীবব্ (গ্রন্থকার কবিরাজ গোস্বামী মহাব্) বাংবগী মতোল-ভমথৈ যৌনা কাহন্‌বিরে ।

## নৈনরোল

শ্রীবৃন্দাবন ধামদা কবিরাজ গোস্বামিব্ থাবিবা অহুগা শ্রীমদন-গোপালগী কৃপা ফংবনচিংববু মফমসিদা উর্দ্ধ সীমা হাংরিবা মাল্লে ।

## মূল ১৫৮

বেদগুহ্য কথা এই অযোগ্য কহিতে ।

তথাপি কহিয়ে তাঁর কৃপা প্রকাশিতে ॥ ১৫৮ ॥

## শব্দার্থ

বেদগুহ্য বেদশাস্ত্রনা অথুপ্পনী হাযবা, কথা– ৱা, এই—মসি, অযোগ্য—তৌহৈদে, কহিতে—হাযবা, তথাপি—অদুমকপু । কহিয়ে—হাযজৈ, তাঁর– মহাক্কী, কৃপা—থৌজাল প্রকাশিতে—ফোঙদোক্নবা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মসি বেদ-শাস্ত্রনা অথুপ্পনী হাযবা বানী, হায়দোকপা হৌনদবা বানী । অদুম এইন ক মহাক্কী থৌজাল উৎনবা হাযদুনা এৈনা হায়জরিবে ।

## নৈনরোল

বেদগুহ্য- দেবতা অমনা নত্রগা ভগবানা তৌবা যাথংগী নত্রগা কৃপাগী ৱাবু বনাগুপ্পা অতোপ্পা মীদা হাযদোক্লবদি য়াথংগী মহৈ যান্দে হাযনা ঙাঙনৈ । অদুনা যাথংগী নত্রগা কৃপাগী বাহু লোৎতুনা থমগদবনী । অসিগুম্বা লোৎনগাই ওইবা ৱাবু বেদগুহ্য ওইবা বানা হাযনৈ । বেদনা নত্রগা শাস্ত্রনা অথুপ্পনা হাযবদি লোৎনগাইনী হাযবা ৱাবু বেদগুহ্য কৌযি ।

## মূল ১৫৯

উল্লাসের বশে লিখি তোমার প্রসাদ ।

নিত্যানন্দ প্রভু, মোর ক্ষম অপরাধ ॥ ১৫৯ ॥

## শব্দার্থ

উল্লাসের—হরাওমন্‌বগী, বশে– মথা পোন্দুনা, লিখি—ইবিবনী,

তোমার— নহাক্কী (নিত্যানন্দগী), প্রসাদ—চানবীবা, নিত্যানন্দ প্রভু— হে প্রভু নিত্যানন্দ, মোর—ঐগী, ক্ষম— ঙাকপিয়ু, অপরাধ — অরানবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা।

হরাওমনখিহুনা নহাক্কী কৃপাগী রাসি ইজবনী। হে প্রভু নিত্যানন্দ, ঐগী ইরাল ঙাকপিয়ু।

মূল ১৬০

অবধূত গোসাঞির এক ভৃত্য প্রেমধাম।

মীনকেতন রামদাস— হয় তার নাম॥ ১৬০॥

শব্দার্থ

অবধূত— অবধূত কৌবা লম্বোইবা মখল অমা, গোসাঞির— প্রভুগী, (অবধূত গোসাঞির— শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা), এক ভৃত্য— মনাই অমা, প্রেমধাম—প্রেমগী তুঙফম, মীনকেতন—মীনকেতন হাযবা উপাধি, রামদাস—রামদাস কৌবা মিং, হয় ওই, তার—মহাক্কী, নাম—মিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা।

অবধূত প্রভু নিত্যানন্দগী প্রেমগী তুঙফম ওইবা মনাই অমা লৈবম্মী। মাগী মিংদি রামদাস কৌয়ি অমসুং মাগী উপাধিদি মীনকেতন কৌয়ি।

মূল ১৬১

আমার আলয়ে অহোরাত্র সঙ্কীর্ত্তন।

তাহাতে আইল তেঁহো পাঞা নিমন্ত্রণ॥ ১৬১॥

শব্দার্থ

আমার—ঐগী, আলয়ে—যুমদা, অহোরাত্র অহিং-নুংথিল চুপ্পা, সঙ্কীর্ত্তন—হরিনাম-শোনবা, তাহাতে- মতুদা, আইল—লেঙঙকখি, তেঁহো—মহাক, পাঞা—ফংদুনা, নিমন্ত্রণ—বার্ত্তোন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী যুমদা অহিং-নুংথিল চুপ্পা নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌযি। মতুদা নিমন্ত্রণ ফংদুনা মহাক লাকখি।

## মূল ১৬২

মহাপ্রেমময় তেঁহো বসিলা অঙ্গনে।

সকল বৈষ্ণব তাঁর বন্দিল চরণে ॥ ১৬২ ॥

### শব্দার্থ

মহাপ্রেমময় — মহাপ্রেমদা লূপ্পা, তেঁহো — মহাক, বসিলা — ফমখি, অঙ্গনে শুমাঙদা, সকল বৈষ্ণব - বৈষ্ণব পুম্নমক্ক তাঁর মহাক্কী, বন্দিল — খুরুমখি, চরণে — খোঙদা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহা প্রেমদা লূপ্পবা মহাক শুমাঙদা ফম্লম্মী। বৈষ্ণব পুম্নমক্না মখোঙদা খুরুম্লম্মী।

## মূল ১৬৩

নমস্কার করিতে কারো উপরেতে চড়ে।

প্রেমে কারে বংশী মারে কাহারে চাপড়ে ॥ ১৬৩ ॥

### শব্দার্থ

নমস্কার - খুরুম্না, করিতে তৌবদা, কারো কনামগী, উপরেতে - মথক্কা চড়ে কাত্নবা তোঙৌ, প্রেমে - প্রেমে-দা লূপ্পনা, কারে — কনামদা, বংশী — বাঁশীনা, মারে যেৎ, কাহারে কনামদা, চাপড়ে — খুৎনা (থাই)।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মতোন্দা মীনা) খুরুম্লদা মহাক্না কনামগী মথক্ক কাখৎতুনা তোংঙৌ। প্রেম্না থুমখিবনা কনামদা বাঁশীনা থাত্নুনা যৈ, অতোপ্পা কনামদা খুবাক্না থাক্লিল্লী।

## মূল ১৬৪

যে নেত্রে দেখিতে অশ্রু মনে হয় যার।

সেই নেত্রে অবিচ্ছিন্ন বহে অশ্রুধার ॥ ১৬৪ ॥

### শব্দার্থ

যে — মহু, নেত্রে মীৎতা দেখিতে — য়েংগে হায়না, অশ্রু — পিরাং ;

মনে হয়—পুক্নীওদা নীওলবা ; যার—মহাক্কী , সেইমেত্রে—মীৎতুদা , অবিচ্ছিন্ন—অতৎ-অথম্ম লৈতনা , বহে--চেষ্ট্রে , অশ্রুধার - পিরাংগী ইচেল।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মীনকেতন রামদাসগী নীৎতা পিরাং উনীংবা মীনা মমীত্তগী অতুম হেক্তা পিরাং শিষ্টে অতৎ অথম লৈতনা।

## মুল ১৬৫

কভু কোন অঙ্গে দেখি পুলক কদম্ব।

এক অঙ্গে জাড্য তাব—আর অঙ্গে কম্প ॥ ১৬৫ ॥

### শব্দার্থ

কভু—করিগুম্বা মতমদা , কোন - করিগুম্বা , অঙ্গে—হকচাঙ-কাযাত্তা , দেখি--উই , পুলক্-কদম্ব - কদমগী মপালগুম্না তুংজুংবা , এক অঙ্গে—কায়াৎ অমদা , জাড্য—পঙথবা , তার -মহাক্কী , আর -অতোপ্পা , অঙ্গে—কাযাত্তা , কম্প—নীকুপা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

করিগুম্বা মতমদা করিগুম্বা হকচাঙ কাযাত্তা কদম-মপালগুম্না তুজুংবা উই , মাগী কাযাৎ অমদনা পঙথবা অতগা অতোপ্পা কাযাত্তা নীকুপা উই।

## মুল ১৬৬

'নিত্যানন্দ' বলি যবে করেন হুঙ্কার।

তাহা দেখি লোকেব হয মহা চমৎকার ॥ ১৫৬ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ— নিত্যানন্দ হায়বা মিং , বলি—কৌরগা , যবে—মতমদা , করেন হুঙ্কার—ঙংঙী , তাহা—মহু ; দেখি—উরগা ; লোকের—মীগী , হয় - ওই , মহাচমৎকার—যাম্না ঙকপা হায়বতু।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( মীনকেতন রামদাসনা ) নিত্যানন্দ হায়না ঙংলগা কৌরকপা মতমদা মহু উরগা মী মযাম্না পুঙঙক ঙকয়ি।

## মূল ১৬৭

গুণার্ণব মিশ্র নামে এক বিপ্র আর্য্য ।

শ্রীমূর্ত্তি-নিকটে তেঁহো করে সেবা কার্য্য ॥ ১৬৭ ॥

### শব্দার্থ

গুণার্ণব মিশ্র নামে—শ্রীগুণার্ণব মিশ্র কৌবা, এক—অমা, বিপ্র—ব্রাহ্মণ, আর্য্য—পূকচেল-শেংবা, শ্রীমূর্ত্তিনিকটে—(কবিরাজ গোস্বামীগী যুমদা লাংলিবা) শ্রীমূর্ত্তিগী নাক্তা, তেঁহো—মহাক (মিশ্রদু), করে—তৌযি, সেবা কার্য্য—সেবাগী থবক ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গুণার্ণব মিশ্র কৌবা পূকচেল-শেংবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী । মহাক্না (কবিরাজ গোস্বামীগী যুমদা লাংলিবা) শ্রীমূর্ত্তিগী নাক্তা সেবা তৌয়ি ।

## মূল ১৬৮

অঙ্গনে আসিয়া তেঁহো না কেল সম্ভাষ ।

তাহা দেখি ক্রুদ্ধ হঞা বোলে রামদাস ॥ ১৬৮ ॥

### শব্দার্থ

অঙ্গনে—শূমাঙদা নক্সগা মাঙ্গোন্দা, আসিযা—লাক্লুনা, তেঁহো—মহাক, না কৈল—তৌরমদে, সম্ভাষ—কৌদুনা খুকুম্বা, তাহা—মদু, দেখি—উরগা, ক্রুদ্ধ—শাউবা, হঞা—ওইদুনা, (ক্রুদ্ধ হঞা—শাউদুনা), বোলে—হায, রামদাস—রামদাসনা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শূমাঙদা থোবক্লুনা মহাক্না (গুণার্ণব মিশ্রনা) তরাম তরাম কৌরমদে (হায়বদি হৌনবী ভক্তি ব্যবহার তৌরমদে)। মদু উবদা শাউরদুনা রামদাসনা হাযরম্মী ।

### নৈনরোল

গুণার্ণব মিশ্রদু পূক্নীঙ লূপা শ্রীমূর্ত্তিগী সেবা তৌরম্মী । মযাম পূম্নমক্না শূমাংদা লৈরম্বা রামদাসবু খুকুম্নবদুগী ভাব তৌকদে। মরমদুনা মহাক থোরক্লুনা মীনাকেতন বামদাসদা খুকুম খাজন্দুনা ব্রারী-বাতাই শারমদে। মদুদা রামদাসনা শাউবম্মী। মহাক্না শাউরম্বসে মঙোন্দা সম্মান উংতে

হায়বগী শাউবা নত্তে। মতমত্থদা মহাক শ্রীবলরামগী পার্ষদগী ভাব-তা চঙলম্মী। আবশগী মতমদা শ্রীবলরামস্থ মাগী মনাক্তা লৈ হায়না খল্লম্মী, অত্থনা মঙোন্দা খুরুম্লবা মীশিংদো মঙোন্দা খুরুম্বা নত্তে, শ্রীবলরামদা খুকম্বনী হায়না মহাক্না খল্লম্মী। মরমত্থনা গুণার্ণবমিশ্রনা সম্ভাষানচিংবা তৌরমদবত্থ শ্রীবলরামদা উৎশীত্তবা উৎপনী হায়না রামদাসনা শাউরম্বনী।

## মুল ১৬৯

এই ত দ্বিতীয় সূত শ্রীরোমহর্ষণ।

বলরামে দেখি যে না করিল প্রত্যুদগম।। ১৬৯ ।।

## শব্দার্থ

এই ত—মসি শোয়দ্রে, দ্বিতীয়—অনীশুবা, সূত—শাথৌবা, সারথি, শ্রীরোমহর্ষণ—শ্রীব্যাসগী শিষ্য শ্রীরোমহর্ষণ, বলবামে—শ্রীবলরাম প্রভুবু, দেখি—উরগা, যে—মহাক, না করিল—তৌখিদে, প্রত্যুদগাম—সম্মান উৎপগীদমক হৌগৎলগা থোরকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসিদি অনীশুবা সূত শ্রীবোমহর্ষণ হাযবত্থনী শোয়দ্রে। শ্রীবলরাম-বু উরগা সম্মান উৎনবগীদমক হৌগৎলগা থোরক্তে।

## নৈনরোল

**সূভ-শ্রীরোমহর্ষণ**—ক্ষত্রিয়গী ঔরসনা ব্রাহ্মণীগী গর্ভদা সূত পোকপনী। সূত জাতিদা পোকৃপা মীশিং‌না সারথিগী থবক তৌযি। পুরাণ-বক্তা শ্রীরোমহর্ষণ জাতিগী হায়রগদি সূত্তনী, মহাক শ্রীব্যাসগী শিষ্যনী।

নৈমিষারণ্যদা শ্রীবলরাম উরগা রোমহর্ষণ-সূত-না হৌগৎতুনা ভক্তি-সম্মান উৎখিদে। অত্থনা গুণার্ণব-মিশ্রবু শ্রীবলরামদা সম্মান উৎলমদে হাযত্থনা রামদাসনা অনীশুবা রোমহর্ষণ হায়বত্থনী হায়না শাউরম্মী।

## মুল ১৭০

এত বলি নাচে গায়—করযে সন্তোষ।

কৃষ্ণকার্য্য করে বিপ্র—না করিল রোষ ।। ১৭০ ।।

### শব্দার্থ

এত—মসি, বলি—হায়তুনা, নাচে—জগোইশাই, গায়—ঈশৈ শকয়ি, করয়ে সন্তোষ—পেম্হোকয়ি, কৃষ্ণকার্য্য—শ্রীকৃষ্ণগী থবক, করে—তৌয়ি, বিপ্র—ব্রাহ্মণ (গুণার্ণব), না করিল—তৌদে, রোষ—শাউবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসি হায়রগা (রামদাস) পেম্না জগোই শাই অমসুং ঈশৈ শকযি। ব্রাহ্মণ গুণার্ণব মিশ্রনা শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহসেবাগী থবক তৌরম্মী, করিমতা শাউরমদে।

## মূল ১৭১

উৎসবান্তে গেলা তেঁহো করিয়া প্রসাদ।

মোর ভ্রাতা সনে তার কিছু হৈল বাদ॥ ১৭১॥

### শব্দার্থ

উৎসব-অন্তে—অহোরাত্র-সঙ্কীর্ত্তন লোইরগা, গেলা—চৎখরে, তেঁহো—মহাক (মীনকেতন রামদাস), করিয়া—তৌদুনা, প্রসাদ—চান্‌বীবা, মোর—ঐগী, ভ্রাতা—ইনাও, সনে—লোযননা, তার—মাগী, কিছু—খরা, হৈল—ওইখি, বাদ—রাহৈ-রাতা-য়েৎনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সঙ্কীর্ত্তন-উৎসব লোইরগা মহাক (রামদাস) (কবিরাজ গোস্বামীবু) কৃপা তৌবিরগা হন্‌খি। ইনাওনিপাগা লোয়ননা মহাক (রামদাস) মরৈ খরা যেৎনখি।

## মূল ১৭২

চৈতন্য গোসাঞিতে তাঁর সুদৃঢ় বিশ্বাস।

নিত্যানন্দ প্রতি তাঁর বিশ্বাস-আভাস॥ ১৭২॥

### শব্দার্থ

চৈতন্যগোসাঞিতে—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুদা, তাঁর—মহাকী, সুদৃঢ়—অচেৎপা, বিশ্বাস—থাজবা, নিত্যানন্দ-প্রতি—নিত্যানন্দবুদি, তাঁর—মহাকী, বিশ্বাস-আভাস—থম্মোই য়াওদবা মথাজ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কবিরাজ গোস্বামীগী মনাওনুপান। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবুদি স্বয়ং ভগবান্নী হায়না যাবম্মী অদুগ। শ্রীনিত্যানন্দবুদি চীন্দদা অদূক মহায়রম্মী।

## মুল ১৭৩

ইহা শুনি বামদাসের দুঃখ হৈল মনে।

তবে ত ভ্রাতারে আমি করিনু ভর্ৎসনে ॥ ১৭৩ ॥

### শব্দার্থ

ইহা - মসি, শুনি—নাকোঙনা তাদুনা, বামদাসের —বামদাসগী, দুঃখ হৈল- অৱাবা ওইখি, মনে—পূক্নীঙদা, তবে ত - মতমদুদা, ভ্রাতারে —ইনাওনিপাবু, আমি - ঐনা, করিনু - তৌরম্মী, ভর্ৎসনে - চৈবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( কবিরাজ গোস্বামীগী মনাওনা শ্রীনিত্যানন্দবু ) থাজফাংলমদবু খঙলগা মীনকেতন রামদাসগী মপূক্নীঙ নুংঙাইবমদে। মরমদুদা ঐনা ( কবিরাজ গোস্বামীনা ) ইনাওনুপাবু চৈরম্মী।

## মুল ১৭৪

দুই ভাই একতনু—সমান প্রকাশ।

নিত্যানন্দ না মান, তোমার হবে মর্ব্বনাশ ॥ ১৭৪ ॥

### শব্দার্থ

দুই—অনী, ভাই—মচিন্মনাও, একতনু—দেহ অমতগীনী, সমান —মান্নবা, প্রকাশ—শকফোঙ, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দবু, না মান—য়াদ্রবা, তোমার - নঙগী, হবে—ওইরগনী, সর্ব্বনাশ —পূম্মাঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মচীন্মনাও অনীদু হকচাঙ অমতনী, মান্নবা শকফোঙনী। শ্রীনিত্যানন্দবু য়ানিংদ্রবদি ( থাজদ্রবদি ) নঙ পূম্মাঙ মাঙজরগনী।

## মুল ১৭৫

একেতে বিশ্বাস, অন্যে না কর সম্মান।

অর্দ্ধ কুক্কুটী-ন্যায় তোমার প্রমাণ ॥ ১৭৫ ॥

## শব্দার্থ

একেতে—অমবু, বিশ্বাস—থাজবা, অন্তে—অতোপ্পমতুবু, না কর—তৌদবা, সম্মান—ইকাইখুম্নবা, অর্দ্ধকুক্কুটী—যেন-অমোম-তংখাইগী, ন্যায—ন্যায ( বাযেং ), তোমাব—নঙগী, প্রমাণ—প্রমাণ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমবু থাজবা অমবুনা সম্মান তৌদবা। নঙগী প্রমাণসিদি যেন-তংখাই লৌবগী ন্যাযগুম্বনী।

## তৈনবোল

মমাঙদা কনাগুম্বা অমগী য়েন অমোম অমা লৈরম্মী, মাগী এক্লম যাম্না কোকয়ি, মতুনা নপুদো হিংজরম্বনা। মপুত্থুনা নোংমদি অস্নুম্না খল্লম্মী- “যেনগী মছাগী তুং-থংবা শরুক্তগী মরুম কোকপনা, মাঙথংবা শরুক্তা মরুম কোক্তে, মাঙথ বনা করিগুম্বা কান্নবা অমা তৌবদি লাথরক্লনা মাঙনবত্থুম তৌযি, মরমদি মাঙথংবা শরুক্ত চাবগী থবক তৌযি মরমতুনা মাঙ-থংবা শরুকসে কক্থৎলগা এনা চাথোক্লংবদি এনা চাবা হাযবত্তুম্ব ওইরে অতুগা মতুনা অকায়বস্তু ওইরোই। মরমদি, তুং-থংবা শরুক অতুদি মরৈখিনী, মতু লৈগদৌরিবনীনা এক্লম ফংবদি মফংখিনা।” মতৌ অস্নুম্না খল্লগা যেন-মপুত্থুনা যেন্দুবু ককথৎলগা মমাঙ-থংবা শরুক অতু চাথোক্লে। মতুগী ফল ওইনা যেন-অমোম শিরে, মাঙলে, এক্লম ফংদরে। খুদম সদগী পণ্ডিতশিংনা অর্দ্ধকুক্কুটী ন্যায কৌতুনা অরানবনা খল্লবা যুক্তি ( ন্নাযেংফম ) অমগী মমিং থোনবিরে। অহিংবা য়েন অমোম অমগী মছা পুন্নতু লৈরগদি মতুন কান্নবা ওইবগুম মাগী হকচাঙ তংখাই ককথৎলবদি শিতুনা থবক কান্নদবগুম, প্রমাণ অমগী শরুক পুম্নমক শুদ্রবদি সিদ্ধান্ত (বাবেপ) থাঙ্গৎপা যাদে, অতুনা শরুক অমা লৌদ্রগা শরুক অমতমক লৌরবাদ মতুবু অর্দ্ধ-কুক্কুটী ন্যায কৌযি, মসিনা করিগুম্বা সিদ্ধান্ত অমা লৌবা যাদে।

শ্রীচৈতন্যগা শ্রীনিত্যানন্দগা হকচাঙ অমতনী (একতনু) ওই হাযবনীনা শ্রীনিত্যানন্দসি হকচাঙ অমথক্তুগী তংখাই অমা ওইবগুম্মে, মরমতুনা শ্রীনিত্যানন্দবু মানিদ্রবদি হকচাঙ মপুমতুগী তংখাই অনবু লংছকপা তাবে, মরমতুনা মতুদদি অর্দ্ধকুক্কুটী ন্যায হায়বত্তু ওইরে। মসিগী মচি ওইবা ৱাদি অসিনী—শ্রীনিত্যানন্দদা শ্রীচৈতন্যগী শক্তি বিকাশ ওইরিবতুবু মানিদবা তাথৎলক্লি শ্রীনিত্যানন্দবু মানিদ্রবদি, হাযবদি পূর্ণ (মপুঙনবা) ভগবান্গী

অংশ অমবু মানিদবা হাযবত্নু ওইরে, মত্নু ওইরবদি শ্রীচৈতন্যনা পূর্ণ ওইবগী মতাওদা মহাম তাগদৌরে। কনাগুম্বা ইকাই-খুম্নবগী মছক ওইববা মী অমগী খোঙ নামদ্রা চৈতুপ থাজল্লগা অতোপ্পা খোঙদা খুরুম্লবস্তু মীত্নবু সম্মান তৌরে হাযবা যাদবগুম শ্রীনিত্যানন্দবু মানিদ্রগা শ্রীচৈতন্যবু মানিরবস্নু শ্রীচৈতন্যবু শ্রদ্ধা ( থাজবা ) তৌরে হাযবা যাদে।

## মূল ১৭৬

কি বা তুই না মানিযা হও ত পাষণ্ড।
একে মানি আবে না মানি এই মত ভণ্ড ॥ ১৭৬ ॥

### শব্দার্থ

কিংবা—নত্রগা, তুই অনীবু, না মানিযা—মানিদত্নুনা, হওত—তশেঙনা ওইখ্রো, পাষণ্ড ভগবানবু যাদবা মী, একে- অমবু, মানি—যাদ্রগা, এই মত—মতা অসিদি, ভণ্ড - তৌশন্নবা, চীনগা পূক্কা মান্নদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নত্রগা, অনীমকপু মানিদত্নুনা তশেঙনা পাষণ্ড ( ভগবৎ-বিরোধী—ভগবানবু যাদবা মী ) ওইগে হায়বগা ওইরো। অমবু যারগা অমবুনা যাদবা—মতা অসিদি ভণ্ড ( চীনগা পূক্কা মান্নদবা মী ) হাযত্নুনী।

## মূল ১৭৭

ক্রুদ্ধ হঞা বংশী ভাঙ্গি চলে রামদাস।
তৎকালে আমার ভ্রাতার হৈল সর্ব্বনাশ ॥ ১৭৭ ॥

### শব্দার্থ

ক্রুদ্ধ—শাউরবা, হঞা—ওইত্নুনা, বংশী বাঁশী, ভাঙ্গি -থুগাইরগা, চলে—চৎখি, রামদাস মীনকেতন রামদাস, তৎকালে—মতমত্নুদা, আমার—এগী, ভ্রাতার—ইনাওগী, হৈল—ওইবে, সর্ব্বনাশ—পুম্মাঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীনকেতন রামদাসত্নু শাউরত্নুনা বাশী থুগাইরগা হন্খি। মতমত্নুদা এগী ইনাওনুপাগী পুম্মাঙ-মাঙবা হায়বত্নু ওইখি।

## মৈনবোল

অশাউবা হাযবসি প্রাকৃত তমোগুণগী থবক্নী। মীনকেতন রামদাসগুম্বা ভক্তগী শুদ্ধসত্বগী মবৃক্তা অশাওবা পোক্ফম থোক্তে। অওইবমক্তি রাম-দাসগী কৃপানা অশাউবগী মওং লৌবনী। ভক্তগী কৃপানা অশাউবগী মওং ওইনা থোরক্লবস্মু মতুনা মঙ্গলগী মরম ওই। নারদ মুনিনা কুবেরগী মচানুপা অনীবু শাউদুনা শাপ তৌখি, মতুগী ফল ওইনা মখোয়নী উ পাম্বী ওন খি। উ-পাম্বী ওইনা ব্রজদা হৌখি। মরমতুনা মখোয় অনা কৃষ্ণবু ফংজখি। ভক্ত মকোক নারদগী কৃপানা শাপ ওইনা থোক্লবস্মু কুবেরগী মচানুপা অনীদো কৃষ্ণবু ফংনবা মরম ওইখি।

কবিরাজ গোস্বামীগী মনাও-নুপাগী ওইখিবা সর্ব্বনাশ অতু করি করম্বা মওংগীনো হাযবদি পদ্রে। মাগী ব্যবহারিক জীবনগী কবিগুম্বা বিশেষ ওইবা অমাওবা অমা ওইবম্বা য়াই। ভক্তনা শাউবদা পরমার্থগী মরমদদি অমাওবা করিমতা ওইফম থোক্তে।

## মূল ১৭৮

এই ত কহিল তাঁর সেবক-প্রভাব।
তার এক কহি তাঁব দয়ার স্বভাব॥ ১৭৮॥

## শব্দার্থ

এই ত অসিনীদো, কহিল—হায়জরি, তাঁর— মহাকী (শ্রীনিত্যা-নন্দগী), সেবক-প্রভাব—মনাইগী মওম, তার—অতোপ্পা, এক—অমা, কহি—ঐ হাযগে, তাঁর—মাগী (নিত্যানন্দগী), দয়ার—থৌজালগী, স্বভাব লীচৎ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাকী (নিত্যানন্দগী) সেবক অমনা তৌবা ওন্নগী রা অসিনীদো ঐনা হাযবিবাদ। মহাক্না (শ্রীনিত্যানন্দগী) থৌজালগী ওইবা লীচৎকী রা অমগা ঐ হাযগে।

## মূল ১৭৯

ভাইকে ভৎর্সিনু মুঞি লঞা এই গুণ।
সেই রাত্রে প্রভু মোরে দিল দরশন॥ ১৭৯॥

### শব্দার্থ

ভাইকে—ইনাওবু, ভৎর্সিনু—চৈখ্রে, মুঞি—ঐনা, লঞা—লৌতুনা, এই গুণ—গুণ অসী, সেই রাত্রে—নুমিত্তুগী অহিংদা, প্রভু—প্রভুনা (নিত্যানন্দনা), দিল দরশন—দর্শন পীবিখি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা ইনাওবু চৈখ্রে। গুণ অসি লৌবিরগা নুমিত্তুগী অহিংদা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা ঐঙোন্দা দর্শন পীবিরে।

### মূল ১৮০

নৈহাটী-নিকটে ঝামটপুর--নামে গ্রাম।

তাহাঁ স্বপ্নে দেখা দিলা নিত্যানন্দ রাম। ১৮০ ॥

### শব্দার্থ

নৈহাটী-নিকটে—নৈহাটীগী মনাক্তা, ঝামটপুর-নামে—ঝামটপুর কৌবা গ্রাম—খুনাং, তাহাঁ—মফমতুদা, স্বপ্নে—মঙদা, দেখা দিলা—উৎহনবিখি, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ, রাম—বলরাম।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নৈহাটীগী মনাক্তা ঝামটপুর কৌবা খুঙং অমা লৈ। মফমতুদা মঙদা শ্রীনিত্যানন্দ বলরাম-না দর্শন ফংহনবিখি।

### নৈনরোল

নৈহাটী বর্দ্ধমান জিলাগী মনুঙদা লৈ। মনাক্তা লৈবা ঝামটপুর গ্রামদা কবিরাজ গোস্বামীগী ময়ুম লৈরম্মী। য়ুমসিদা নিত্যানন্দ প্রভুনা মঙদা লেঙলকুনা গোস্বামীদা দর্শন পীনবিখি।

### মূল ১৮১

দণ্ডবৎ হৈয়া আমি পড়িনু পায়েতে।

নিজপাদপদ্ম প্রভু দিলা মোর মাথে ॥ ১৮১ ॥

### শব্দার্থ

দণ্ডবৎ—চৈশাঙগুম্না, হৈয়া—ওইরগা, আমি—ঐহাক, পড়িনু—তাজখি, পায়েতে—খোঙদা, নিজপাদ পদ্ম—মছাগী খোঙ-থম্বাল, প্রভু—প্রভুনা (নিত্যানন্দনা), দিলা—পীবিখি, মোর—ঐগী, মাথে—কোক্তা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা দণ্ডবৎ তৌবগা খুরুমজখি। শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা মহামক্কী খোঙ-থম্বান্দু ইকোক্তা থম্বিখি।

## মূল ১৮২

'উঠ উঠ' বলি মোরে বোলে বার বার।

উঠি তাঁর রূপ দেখি হৈনু চমৎকার ।। ১৮২ ।।

### শব্দার্থ

উঠ উঠ—লেপখৎলো, লেপখৎলো, বলি—হায়রুনা, মোরে—ঐঙোন্দা, বোলে—হায, বার বার—হন্না হন্না, উঠি—হৌগৎলগা, তাঁর মহাক্কী, রূপ—ছক, দেখি—উরগা, হৈনু—ওইখি, চমৎকার—ঙকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লেপখৎলো লেপখৎলো হায়না ঐঙোন্দা হন্না হন্না হাযখি। হৌগৎলগা মাগী ছকফমহু উরুবদা ঐহাক ঙকখি।

## মূল ১৮৩

শ্যাম চিক্কণ কান্তি—প্রকাণ্ড শরীর।

সাক্ষাৎ কন্দর্প যৈছে মহামল্লবীর ।। ১৮৩ ।।

### শব্দার্থ

শ্যাম—মুবৈনবা, শংবান্নবা, চিক্কণ—অরঙবা, কান্তি—কুচু, প্রকাণ্ড—রাংচাউবা, শরীর—হকচাঙ, সাক্ষাৎ—চঙচঙবা, কন্দর্প—কামদেব, যৈছে—মতৌগুম্না, মহামল্লবীর—অকন-অথৌবা মল অথোইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দগী ছকফমদি—মুবৈন্না লংবা কুচুনী, রাংচাউবা হকচাঙনী, সাক্ষাৎ কন্দর্পমক্কী, অকন-অথৌ মল অথোইবনী।

## মূল ১৮৪

সুবলিত হস্ত পদ, কমলনয়ান।

পট্টবস্ত্র শিরে, পটবস্ত্র পরিধান ।। ১৮৪ ।।

### শব্দার্থ

সুবলিত—নীঙথিনা শারবা, হস্ত—খুৎ, পদ—খোঙ, কমলনয়ান—থম্বাল-মীৎতা পান্‌বা, পট্টবস্ত্র--সিলিকী ফি, শিরে—কোক্কা, পটবস্ত্র—সিলিকী ফি, পরিধান—শেৎপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দগী খুৎ-খোঙহ্ নীঙথিনা শাবনী, মীৎনা থম্বাল-মীত্তা-তাবনী। সিলিক-ফিনা ( কত্রংগী ফিনা ) কোক্কা অহ্নগা সিলিক-ফিনা খাঙদা থোল্লী।

### মূল ১৮৫

সুবর্ণকুণ্ডল কর্ণে স্বর্ণাঙ্গদ বালা।
পায়েতে নূপুর বাজে কণ্ঠে পুষ্পমালা॥ ১৮৫॥

### শব্দার্থ

সুবর্ণকুণ্ডল—সনাগী নাইন, কর্ণে—নাকোঙদা, স্বর্ণ-অঙ্গদ—সনাগী পাম্বোম ফাবী, বালা—খুজি, পায়েতে—খোঙদা, নূপুর—নূপুর, বাজে—খোংঙী, কণ্ঠে—ঙক্কা, পুষ্পমালা—লৈপরেং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নাদা সনাগী কুণ্ড-নাইন, পাম্বোমদা সনাগী পাম্বোম-ফাবী, খুদাংদা ( সনাগী ) খুজি থোল্লী। খোঙদা নূপুরনা খোংঙী, ঙক্কা লৈপরেং থোল্লী।

### মূল ১৮৬

চন্দন-লেপিত অঙ্গ তিলক সুঠাম।
মত্তগজ জিনি মদমন্থর পয়ান॥ ১৮৬॥

### শব্দার্থ

চন্দন-লেপিত--চন্দন-তৈবা; অঙ্গ—হকচাঙ, তিলক—থিল্লিবা চন্দন মথিন, সুঠাম—ফজবা, মত্তগজ—অঙাওবা শামু, জিনি—ঙমজনা, মদ—হরাওবা, মন্থর—অতপ্পা; পয়ান—খোঙথাঙ, মচৎ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চন্দন-তৈবা শ্রীঅঙ্গনী, লাইবক্কী চন্দন-থিল্লিবা অতুনা ফজরিবা। শাজৎ-খোঙথাঙনা অঙাওবা শামুবু ঙমজবা হুরাও-খোঙতপ থাংলিবা।

## মূল ১৮৭

কোটিচন্দ্র জিনি মুখ, উজ্জ্বল বরণ।
দাড়িম্ববীজ-সম দন্ত তাম্বুল-চর্ব্বণ ॥ ১৮৭ ॥

### শব্দার্থ

কোটি-চন্দ্র—থাজ কোটিবু, জিনি—ঙমজরিবা; মুখ—মায়থোঙ, উজ্জ্বল—অরঙবা, বরণ—কুচু, দাড়িম্ববীজ-সম—কফোই-মরূ-মানবা, দন্ত—য়া, তাম্বুল—কা, চর্ব্বণ—ছাযবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থাজ-কোটিবু ঙমজবা মায়থোঙনী, কুচুনা ফজনা লংঙী, য়াতানা কফোই মরূ মাল্লী, ( অতুগী মথক্তা ) তাম্বুল ছায়বনা ফজরিবা।

## মূল ১৮৮

প্রেমে মত্ত অঙ্গ ডাহিনে বামে দোলে।
'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' বলিয়া গম্ভীর বোল বোলে ॥ ১৮৮ ॥

### শব্দার্থ

প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমনা, মত্ত—ঙাওরবা, অঙ্গ—হকচাঙনা, ডাহিনে—য়েৎলোমদা, বামে—ওইরোমদা, দোলে—হাইরংনৈ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ—কৃষ্ণ কৃষ্ণ, বলিযা—হায়তুনা, গম্ভীর—চীঙলেম্বা, বোল—ৱাহৈ, বোলে—হায়।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণপ্রেম-না ঙাওরতুনা দেহহু য়েৎলোমদা অমূক ওইরোমদা অমূক হাইরংলম্মী। কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়তুনা চীঙলেম্বা ৱাহৈনা শোল্লম্মী।

## মূল ১৮৯

রাঙ্গাযষ্টিহস্তে দোলে যেন মত্তসিংহ।
চারি পাশে বেঢ়ি আছে চরণেতে ভৃঙ্গ ॥ ১৮৯ ॥

### শব্দার্থ

রাঙ্গা—অঙাঙবা মচুগী ; যষ্টি—চৈশ্, হস্তে-খুত্তা ; দোলে—হাইরম্মী , যেন—গুম্, মত্তসিংহ—অঙাওবা নোংশা , চারিপাশে—নাকল মরিদা , বেঢ়ি—কোয়ত্না , আছে—লৈ , চরণেতে—খোঙদা , ভৃঙ্গ—খোইমু ( সেবক, থৌগল্ )।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাওবা মচুগী চৈশ্ খুত্তা পায়রগা হাইরম্মী , অঙাওবা নোংশাগুম্মী। নাকল মরিদা খোঙনাক্তা সেবক-খোইমুশিংনা কোয়ত্না লৈরম্মী।

### নৈনরোল

খোইহী পাম্বদগী খোইমুশিংনা থম্বালগী নাক্য়েৎ মরিদা কোয়শিল্লগা পায়বগুম শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী চরণ-সেবা পাম্বা সেবক পুম্নমক্কা প্রভুগী মায়কৈ মরিদা কোয়শ্বল্লী। খোইমুনা গুন্ গুন্ ঙংবগুম প্রভুগী সেবকশিংসু থুম্ন-মেংলবা খোঞ্জেলদা প্রভুগী নাম-গুণ শোল্লম্মী। ভৃঙ্গ শব্দগী ধ্বনি-নী অসি।

### মূল ১৯০

পারিষদগণে দেখি সব গোপবেশ।
'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' কহে সভে সপ্রেম আবেশ ॥ ১৯০ ॥

### শব্দার্থ

পারিষদগণে—পরিকরশিংবু , দেখি—উই , সব—লোইনমক , গোপবেশ—গোপগী ফিজেৎ , কৃষ্ণ কৃষ্ণ—কৃষ্ণ কৃষ্ণ , কহে—শোল্লী , সভে—পুম্নমক , সপ্রেম—প্রেমগা লোয়নবা , আবেশ—লূপ্পা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পার্ষদশিংডু লোইনমক গোপগী বেশ শেংপা ওইনা ঐনা উখি। কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লী , লোইনমক প্রেমগী আবেশদা লুপ্লম্মী।

### মূল ১৯১

শিঙ্গা বংশী বাজায় কেহো, কেহো নাচে গায়।
সেবক যোগায় তাম্বুল—চামর ঢুলায় ॥ ১৯১ ॥

### শব্দার্থ

শিঙ্গা—শা-শলগী মচী, বংশী—বাঁশী, বাজায়—খোংঙী, কেহো—কনামনা, কেহো—কনামনা, নাচে—জগোই শাই, গায়—ঈশৈ শকৃয়ি, সেবক—মনাই, যোগায়—লানশল্লী, তাম্বুল—কা, চামব—চামর, ঢুলায—হুম্মী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রেম—আবেশদা ) কনামনা শিঙ্গা, কনামনা বাঁশী খোংঙী, কনামনা জগোই শাই ঈশৈ শকৃয়ি। সেবক অমনা তাম্বুল লান্‌শল্লী, কনামনা চামর হুমহুনা থৌগল তৌরম্মী।

### মুল ১৯২

নিত্যানন্দ-স্বরূপের দেখিযা বৈভব।
কিবা রূপ, গুণ, লীলা—অলৌকিক সব॥ ১৯২॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ-স্বরূপের—শ্রীনিত্যানন্দ স্বরূপকী, দেখিয়া—উরগা, বৈভব—মহিমা, মতীক ময়াই, কিবা—করম্বা, রূপ—শক, গুণ—গুণ, লীলা—লীলা, অলৌকিক—মীরম্নেনগী নত্তবা সব—পুম্বা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ—স্বরূপকী বৈভব ( মতীক ময়াই ) অদু উরগা ওকৃযি। মাগী রূপ, গুণ অমদি লীলা ( থৌদৌ ) পুম্বা মীরম্নেনগী নৎলমদে।

### মুল ১৯৩

আনন্দে বিহ্বল আমি কিছুই না জানি।
তবে হাসি প্রভু মোরে কহিলেন বাণী॥ ১৯৩॥

### শব্দার্থ

আনন্দে—নুংঙাইবনা, বিহ্বল—বিভুলা, আমি—ঐ, কিছুই—করিমতা, না-জানি—খঙদে, তবে—মতমহুদা, হাসি—নোক্লগা, প্রভু—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা; কহিলেন—হাযরম্মী, বাণী—যাথং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা নুংঙাইবদগী বিভুলা চুখিবনা মায়কৈ-শলাই খণ্ডলমদে। মতম-থুদা নোক্না নোক্না প্রভুনা যাথং তাউথরম্মী।

### মূল ১৯৪

অয়ে অয়ে কৃষ্ণদাস, না করত ভয়।

বৃন্দাবনে যাহ, তাহাঁ সর্ব্ব লভ্য হয় ॥ ১৯৪ ॥

### শব্দার্থ

অয়ে অয়ে—ওহে ওহে, কৃষ্ণদাস—কৃষ্ণদাস, না করত—তৌগনু, ভয়—কিবা, বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন্দা, যাহ—চৎলু, তাহাঁ—মফমতুদা, সর্ব্ব—লোইনমক, লভ্য—ফংনঙাই, হয—ওই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওহে ওহে কৃষ্ণদাস! কিগনু কিগনু। বৃন্দাবন ধামদা চৎলু, মফমতুদা পুম্নমক ফংগনী।

### মূল ১৯৫

এত বলি প্রেরিলা মোরে হাথসানি দিয়া।

অন্তর্ধান কৈলা প্রভু নিজগণ লঞা ॥ ১৯৫ ॥

### শব্দার্থ

এত—মসিখক, বলি—হায়রগা, প্রেরিলা—থাখি, মোরে—ঐবু, হাথ—খুৎকী, সানি—ইঙ্গিত, দিযা—পীবগা, অন্তর্ধান কৈলা—ছক উৎখিদরে, থুপখরে, প্রভু—প্রভুনা, নিজগণ—মছাগী পার্ষদশিংবু, লঞা—পুতুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিথক তাকপিরম্লগা খুৎনা ইঙ্গিত তৌতুনা ঐবু বৃন্দাবনগী মাযকৈ পাংহল্লম্মী। প্রভুনা মছাগী পার্ষদশিংবু লেওখি।

### মূল ১৯৬

মূর্চ্ছিত হইয়া মুই পড়িনু ভূমিতে।

স্বপ্নভঙ্গ হৈলে দেখি হৈয়াছে প্রভাতে ॥ ১৯৬ ॥

### শব্দার্থ

মূর্চ্ছিত—ৱাম্বৱা, হইয়া—ওইদুনা, মুই—ঐ, পড়িনু—তুদুনা তারে, ভূমিতে—লৈপাক্তা, স্বপ্নভঙ্গ—মঙ কায়ৱা, হৈলে—ওইৱগা, দেখি—উই, হৈয়াছে—ওইৱে, প্রভাতে—নোংঙানৱা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক ৱাম্বদুনা লৈমায়থক্তা তুমদুনা তাৱম্মী। মঙ অদু কায়ৱবদা উখিবৱু নোংঙাল্লম্লে।

## মূল ১৯৭

কি দেখিনু কি শুনিনু—করিয়ে বিচার।

প্রভু—আজ্ঞা হৈল বৃন্দাবন যাইবার ॥ ১৯৭ ॥

### শব্দার্থ

কি—করি, দেখিনু—উরম্মী, কি—করি, শুনিনু—তাৱম্মী, করিয়ে বিচার—বিচার তৌজে, প্রভু-আজ্ঞা—প্রভুগী যাথং, হৈল—ওইৱম্লে, বৃন্দাবন—বৃন্দাবন-ধামদা, যাইবার—চৎনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মঙদা ) করিনো ঐনা উখিবদু অদুগা করিনো নাকোঙনা তাখিবদু হায়না ৱাখল ভৌৱম্মী। বৃন্দাবনধামদা চৎননবগীদমক প্রভু নিত্যানন্দনা ঐঙোন্দা য়াথং তাওথৱবনী হায়না ঐনা লৌখি।

## মূল ১৯৮

সেইক্ষণে বৃন্দাবনে করিনু গমন।

প্রভুর কৃপাতে সুখে আইনু বৃন্দাবন ॥ ১৯৮ ॥

### শব্দার্থ

সেইক্ষণে—মতম অদুমক্তদা, বৃন্দাবন—বৃন্দাবন-দা, করিনু—তৌরে, গমন—চৎপা, প্রভুর—প্রভু নিত্যানন্দগী; কৃপাতে—কৃপানা, সুখে—নুংঙাইনা, আইনু—লাকখি, বৃন্দাবন—বৃন্দাবন ধামদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খুদক অদুমক্তদা ঐহাক বৃন্দাবন মায়কৈ পাংলকখি। প্রভু শ্রীনিত্যানন্দগী কৃপানা নুংঙাইনা ঐহাক বৃন্দাবন যৌরকখি।

মূল ১৯৯

জয় জয় নিত্যানন্দ নিত্যানন্দ রাম।
যাঁহার কৃপাতে পাইনু বৃন্দাবন ধাম ॥ ১৯৯ ॥

শব্দার্থ

জয় জয়—থুরুমজরি, থুরুমজরি, নিত্যানন্দ—হে নিত্যানন্দ, নিত্যানন্দ রাম—শ্রীনিত্যানন্দগী মছক ওইবা শ্রীবলরাম; যাঁহার—মহাক্কী, কৃপাতে—কৃপানা, পাইনু—ফংজৈ, বৃন্দাবন ধাম—বৃন্দাবন কৌবা লাইফম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দগী মছক ওইবা শ্রীবলরাম প্রভুনা জয ওইরে জয় ওইরে। মহাক্কী কৃপানা ঐহাক বৃন্দাবন-ধাম ফংজখি।

মূল ২০০

জয় জয় নিত্যানন্দ জয় কৃপাময।
যাঁহা হৈতে পাইনু রূপ-সনাতনাশ্রয ॥ ২০০ ॥

শব্দার্থ

জয় জয়—জয় ওইরে জয ওইরে, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দনা, জয়—জয় ওইরে, কৃপাময়—থৌজান-হৈবা, যাঁহা হৈতে—মহাক্কী মপান্না, পাইনু—ফংজখি, রূপ-সনাতন-আশ্রয়—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীসনাতনগী মফমদা চঙজবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থৌজান-হৈবা শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুনা জয় ওইরে জয় ওইরে। মাগী কৃপানা ঐহাক শ্রীরূপ-অমসুং শ্রীসনাতন গোস্বামী অনীগী মনাক্তা চঙজবা ফংজখি।

মূল ২০১

যাঁহা হৈতে পাইনু রঘুনাথ মহাশয়।
যাঁহা হৈতে পাইনু শ্রীস্বরূপ-আশ্রয় ॥ ২০১ ॥

### শব্দার্থ

যাঁহা হৈতে মাগী হায়বদি শ্রীনিত্যানন্দগী মপান্না, পাইনু - ফংখি, রঘুনাথ—শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামী, মহাশয়—পুকচেল-চাউবা, যাঁহা হৈতে মাগী মপান্না, পাইনু - ফংখি, শ্রীস্বরূপ-আশ্রয়—শ্রীস্বরূপ-দামোদরগী মফমদা চঙজবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু মাগী কৃপানা শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামী মহাশয়বু ফংজখি। মহাক্কী কৃপানা শ্রীস্বরূপদামোদর গোস্বামীগী মফমদা চঙজবা ফংজখি।

### মূল ২০২

সনাতন-কৃপায় পাইনু ভক্তির সিদ্ধান্ত।
শ্রীরূপ-কৃপায় পাইনু ভক্তিরস-প্রান্ত ॥ ২০২ ॥

### শব্দার্থ

সনাতন-কৃপায়—শ্রীসনাতন গোস্বামীগী থৌজান্না, পাইনু - ফংজে, ভক্তির সিদ্ধান্ত—ভক্তি করিনো হায়বগী সিদ্ধান্ত ( বারোই ), শ্রীরূপ-কৃপায়—শ্রীরূপ গোস্বামীগী থৌজান্না, পাইনু—ফংজে, ভক্তি রস-প্রান্ত—ভক্তিরসগী ওমথৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসনাতন গোস্বামীগী কৃপানা ভক্তি করিনো হাযবগী বারোই ( সিদ্ধান্ত ) অত্তু ঐহাক ফংজখি। শ্রীরূপ গোস্বামীনা চানবিবদগী ভক্তি-রসগী ওমথৈ ঐহাক ফংজে।

### মূল ২০৩

জয় জয় নিত্যানন্দ-চরণারবিন্দ।
যাঁহা হৈতে পাইলাম শ্রীরাধাগোবিন্দ ॥ ২০৩ ॥

### শব্দার্থ

জয় জয়—খুকমজরি, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দগী, চরণ-অরবিন্দ—খোঙ-থম্বাল, যাঁহা হৈতে—মাগী কৃপানা, পাইলাম—ফংখি, শ্রীরাধা-গোবিন্দ - শ্রীরাধাগোবিন্দবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী খোঙ-থম্বান্দা থুরুমজরি। মহাক্কী কৃপাদগী ঐহাক্না শ্রীরাধাগোবিন্দবু ফংজে।

### মূল ২০৪

জগায়-মধাই হৈতে মুঞি সে পাপিষ্ঠ।
পুরীষের কীট হৈতে মুঞি সে লঘিষ্ঠ ॥ ২০৪ ॥

### শব্দার্থ

জগাই-মধাই হৈতে—জগাই-মাধাই অনীদগীসু, মুঞি—ঐহাক সে পাপিষ্ঠ—পাপ-চেন্‌বা মহাকতুনী, পুরীষের—থীগী, কীট হৈতে—হগুগীসু, সে লঘিষ্ঠ—তোল্লবা মহাকতুনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগাই-মাধাইদগীসু হেন্না ওইরিবা পাপী মহাক্কু ঐনী। থীদা হিংবা হগুগীসু হেন্না তোন্‌বা মহাক্কু ঐনী।

### মূল ২০৫

মোর নাম শুনে যেই, তার পুণ্যক্ষয়।
মোর নাম লয়ে যেই, তার পাপ হয় ॥ ২০৫ ॥

### শব্দার্থ

মোর—ঐগী নাম—মিং, শুনে—নাকোংনা তায়, যেই—মহাক্কো, তার—মাগী, পুণ্যক্ষয়—পুণ্য মাঙবা (ওই), মোর—ঐগী, নাম—মিং; লয়ে—লৌয়ি, যেই—মহাক্কো, তার—মাগী, পাপ—পাপ, হয়—ওই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী মিং মনাকোংনা তাবা মীতুগী পুণ্য মাঙভী অদুগা ঐগী মিং মচীন্না পল্লুবা মীতুগী পাপ ওই

### মূল ২০৬

এমন নির্ঘৃণ মোরে কেবা কৃপা করে।
এক নিত্যানন্দ বিনু জগত-ভিতরে ॥ ২০৬ ॥

### শব্দার্থ

এমন—অসিগুম্বা , নির্ঘৃণ—থবক ফত্তবা তৌবদা হঙ্গোইদবা , মোরে—ঐবু , কেবা—কনানা , কৃপা করে—থৌজানৃগনী , এক—অমা , নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ , বিনু—নত্তনা , জগত-ভিতবে—জগৎকী মনূঙদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ফত্তবা থবক তৌবদা হঙ্গোইদবা ঐবু শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু মথন্তা নত্তনা কৃপা তৌবিনবা জগৎ-সুংসিদা কনা লৈবগে ?

### মূল ২০৭

প্রেমে মত্ত নিত্যানন্দ কৃপা-অবতার ।

উত্তম-অধম কিছু না করে বিচার ॥ ২০৭ ॥

### শব্দার্থ

প্রেমে—কৃষ্ণ প্রেমদা , মত্ত—ঙাওরবা ; নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ , কৃপা-অবতার—থৌজালগী অবতার , উত্তম—অফবা অরাংবা , অধম—ফত্তবা অতোন্‌বা , কিছু—করিমত্তা , না করে—তৌদে , বিচার—থন্‌বা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণপ্রেমদা ঙাওরবা অমসুং কৃপাগী অবতার ওইবা শ্রীনিত্যানন্দনা অফবা ফত্তবা মীতারা হায়বা করিমত্তা য়েংদে ।

### মূল ২০৮

যে আগে পড়য়ে, তারে করয়ে নিস্তার ।

অতএব নিস্তারিলা মো-হেন দুরাচার ॥ ২০৮ ॥

### শব্দার্থ

যে—মহাক , আগে—মাঙদা , পড়যে—তাই , তারে—মহাকপু , করযে—তৌয়ি , নিস্তার—লানবীবা , অতএব—মরমতুনা , নিস্তারিলা—লানবিখি , মো—ঐ , হেন—অসিগুম্বা , দুরাচার—লমচৎ-নাইদববু ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙদা তারম্বা মীদুবু হেক্তা লানবীখি । মরমতুনা ঐগুম্বা লমচৎ-নাইদববুসু লানবিখি ।

### মূল ২০৯

মো-পাপিষ্ঠে আনিলেন শ্রীবৃন্দাবন।
মো-হেন অধমে দিলা শ্রীরূপ চরণ ॥ ২০৯ ॥

### শব্দার্থ

মো-পাপিষ্ঠে—পাপী ঐবু, আনিলেন—পুবিরকখি, শ্রীবৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবন—ধামদা, মো-হেন—ঐ অসিগুম্বা; অধমে—তোল্লবদা; দিলা—পীবিখি, শ্রীরূপ—শ্রীপাদ রূপ গোস্বামীনা, চরণ—খুয়া থম্বাল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাপী ঐবু শ্রীবৃন্দাবন ধামদা পুবিরকখি। ঐসিগুম্বা অতোনবা মীদা শ্রীরূপ গোস্বামীগী চরণ ফংহনবিখি।

### মূল ২১০

শ্রীমদনগোপাল—শ্রীগোবিন্দ-দরশন।
কহিবার যোগ্য নহে এ সব কথন ॥ ২১০ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীমদনগোপাল—শ্রীমদনমোহন, শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামীনা লিংখৎলম্বা শ্রীকৃষ্ণ-বিগ্রহ, শ্রীগোবিন্দ—শ্রীপাদরূপগোস্বামীনা লিংখৎলম্বা শ্রীকৃষ্ণ—বিগ্রহ, দরশন—উবা, খুদম্বা; কহিবার—হায়দোকপদা, যোগ্য—মতীকচাবা, নহে—নত্তে, এ—মসি, সব—পুম্বা, কথন—ঙাঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমদনগোপাল অমসুং শ্রীগোবিন্দবু দর্শন তৌবনচিংবা রা পুম্বসি হায়বা ঙম্বা মতীক চাদে ঐহাক।

### মূল ২১১

বৃন্দাবন-পুরন্দর মদনগোপাল।
রাসবিলাসী সাক্ষাৎ ব্রজেন্দ্রকুমার ॥ ২১১ ॥

### শব্দার্থ

বৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবনগী, পুরন্দর—লেন, ইন্দ্র, (বৃন্দাবন-পুরন্দর—

শ্রীবৃন্দাবনগী লেন ওইরিবা লাই ), শ্রীমদনগোপাল - শ্রীমদনগোপাল বিগ্রহ , রাসবিলাসী—রাস-শান্নহৈবা , সাক্ষাৎ—চঙচঙবা , ব্রজেন্দ্রকুমার —ব্রজনিংথৌগী মপারি ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীবৃন্দাবনগী পুরন্দর ওইবা শ্রীমদনগোপাল-দি রাস-শান্নহৈবা চঙ-চঙ্বা ব্রজনিংথৌগী মপারিমক্নী ।

## নৈনরোল

শ্রীমদন গোপাল-দেবত্ত্ব খ্বাইগী মীত্তদি প্রতিমা ( খুৎ না শাবা মূর্ত্তি ) ওইনা উরবস, মহাক প্রতিমাদা ওইবা নত্তে, অহোইনত্তুম সাক্ষাৎ ব্রজেন্দ্র-নন্দন শ্রীকৃষ্ণনী, মরমত্তুনা মহাক বাসবিলাসীস ঙৈবিদনী । মসি শ্রীপাদ কবিরাজ গোস্বামীনা অনুভূতি তৌবগী বানী, মরমত্তুনা তর্কনা উবা ঙম্বা নত্তরে । তশেংবমক উপাসক অমগী ঐকান্তিক ওইবা সেবাগী মযাইনা প্রতিমাদা মানা উপাসনা তৌজবিবা উপাস্য-গী স্বরূপ অত্তু চঙত্তুনা লৈ । মতমত্তুদা ঐকান্তিক ভক্তনা প্রতিমাবু প্রতিমানী হাযনা খল্লে, সাক্ষাৎ উপাস্যগী স্বরূপ-নী হাযনা খল্লী , মতৌ অত্তুগুম্বা ভক্তগী অনুভূতিসু ওই । মরমত্তুনা শ্রীজীবগোস্বামীনা মাগী ভক্তিসন্দর্ভদা হাযবি, "পরমোপাসকাশ্চ সাক্ষাৎ পরমেশ্বরত্বেনৈব তাং পশ্যন্তি—পরম উপাসকশিংনা প্রতিমাবু সাক্ষাৎ পরমেশ্বর ওইনা উজে ।" তশেংবমক সাধকনীদবু হাযবদি মাগী উপাস্য-স্বরূপ প্রতিমাবু প্রতিমানী হাযনা খন্দত্তুনা স্বয়ং উপাস্য-স্বরূপ অত্তুমক্নী হাযনা খনগদবনী, নত্রবদি ভক্তিসন্দর্ভনা হাযবি, "ভেদস্ফূর্ত্তের্ভক্তিবিচ্ছেদকত্বাৎ তথৈব হ্যুচিতম—ভক্তি যোকখৎপদা অকাযবা লাক্নী ।"

## মূল ২১২

শ্রীরাধা-ললিতা-সঙ্গে রাসবিলাস ।
মন্মথমন্মথ-রূপে যাঁহা প্রকাশ ।। ২১২ ।।

## শব্দার্থ

শ্রীরাধা—শ্রীমতী রাধিকা , ললিতা – শ্রীরাধাগী সখী ললিতা , সঙ্গে —লোয়ননা , রাসবিলাস—রাস শান্নবা , মন্মথ—কামদেবগী , মন্মথ—কামদেব , রূপে—শক্তমদা , যাঁহার – মহাক্কী , প্রকাশ—ফোঙবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীমদনগোপালদি) শ্রীমতী রাধা, শ্রীললিতা অমসুং সখী অতৈশিংগা লোযননা রাস শান্নে। মহাক কামদেবগী কামদেব ওইনা ৱাল্লী।

### নেনরোল

শ্রীমদনগোপালদেবনা শ্রীমতীবাধা অমদি ললিতানচিংবী সখীশিংগা রাস শান্নে হাযত্তুনা মহাকপু রাসবিলাসী কৌযি। মহাভাব-স্বরূপিণী শ্রীরাধানা মহাক্কী নাক নক্লা লৈবা মতমদা মহাক্কী ছক ফজবগী মাধুর্য্যনা যুকায়রকপদি যৌনা যুকাযমন্খিবনা করি হাযগনী অতৈগী ৱাদি লাযরত্তুনা, শ্রীমদনগোপালগী ছক-ফজবগী মাধুর্য্য উবদা মদন ( কামদেব ) মছামক শুম্হৎলী। মরমত্তুনা শ্রীগোবিন্দলীলামৃতনা হায়রি—"রাধা সঙ্গে যদা ভাতি তদা মদনমোহন"। ৮। ৩২ ॥ তশেংবমক, লীলা পূম্নমক্কী কোক্থোন্-মণি ওইরিবী শ্রীরাসলীলাদা প্রেমদা লমযৌবী গোপী কোটি চামা সঙ্গী ফল ওইনা-থোইদোক-হেন্দোক্লা গোপীলক্তা মকোক-চিংবী অত্তুগা মাদন-কৌবা মহাভাবকী স্বরূপিনী ওইবী শ্রীরাধিকাগী সঙ্গনা শ্রীকৃষ্ণগী ছক-ফজবগী মাধুর্য্যত্তু য়ৌনা ৱাল্লী, মত্তুদা শ্রীকৃষ্ণনা মদমমোহন ( মদনদেববু শুন্বা ) ওইবগী অয়োবী থাক অত্তু যৌবা ঙম্মী। মরমত্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী রাস-বিলাসী স্বরূপসিবু সাক্ষাৎ মন্মথগী মন্মথ রূপ-নী হায়না শ্রীমদ্ভাগবতম্দা হায়রি।

### মূল ২১৩

তাসামাবিরভূচ্ছৌরিঃ স্ময়মানমুখাম্বুজঃ।
পীতাম্বরধরঃ স্রগ্বী সাক্ষান্মন্মথমন্মথঃ॥ ২১৩॥

### শব্দার্থ

তাসাম্-মখোয়গী ( গোপীশিংত্তুগী ), আবিরভূৎ—থোরকখি, শৌরি°—শূরবংশদা পোকপা শ্রীকৃষ্ণ, স্ময়মান—মোমোম্নোকপা, মুখ-অম্বুজঃ—মাযথোঙ-থম্বাল, ( স্ময়মানমুখাম্বুজঃ—মোমোম্নোকপা মায়থোঙ থম্বাম্না মাগী ওইরিবা ), পীত-অম্বর-ধরঃ—নাপুমচুগী ফিথোন্বা ( সনা ফিগে-থোনবা ), স্রগ্বী—বনমালা-থোনবা, সাক্ষাৎ—চঙ চঙবা, মন্মথ—পুক্নীঙ-ওৎপগী ( কামদেবগী ), মন্মথ—পুক্নীঙ ওৎপা ( কামদেব )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মোমোম্নোকপা—মায়থোঙ-থম্বাম্না লৈতেংলবা, সনাফিগে-থোন্বা,

অমসুং বনমালা-থোন্‌বা ফনচোংথোক্লবা মদন-শুম্বা ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজরমণীশিংদুগা লেংথোরকৃখি।

## লৈনরোল

শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতমদগী লৌথোকপনী ( ১০/৩২/২ )।

**সাক্ষাৎ মন্মথমন্মথ**—চঙ-চঙবা মন্মথগী ( পূক্নীঙ-ওৎপা কাম-দেবগী ) মন্মথ ( কামদেব )। চতুর্ব্যূহগী মনূঙদা যাওরিবা অনিরুদ্ধাত্মক প্রাকৃত নত্তবা মন্মথ হায়বদি মদনদেবনী, দ্বারকাচতুর্ব্যূহগী মনূঙদা যাওবা অনিরুদ্ধনা ধাম অতৈ অতৈগী চতুর্ব্যূহ লোইনমক্কী মূল ( মরু ) ওইবা মরম্মা দ্বাবকাদা লৈবা অনিরুদ্ধন প্রাকৃত-নত্তবা মূল মন্মথনী। ব্রজনিংথৌ মপারি শ্রীকৃষ্ণনা মন্মথসিগী শক্তিগী মূল আশ্রয়নী হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণবু মন্মথগী মন্মথ ( মন্মথ মন্মথ ) কৌবিবনী। অনিরুদ্ধগী মছক ওইবা অপ্রাকৃত মন্মথনা পূক্নীঙ পুন্নমকপু শুম্বগী চেল্লিবী শক্তি অদুগী মূল আশ্রয়দি শ্রীকৃষ্ণনী হায়বা মরম্মা শ্রীকৃষ্ণবু মহামন্মথ হায়না কৌয়ি। শ্রীকৃষ্ণদি য়ৌনা শুম্বঙাই শক্তিগী ( মহামোহনতা শক্তিগী ) মহাসাগরগী মছক্কী, এদুগী মরীক অমতং ফংবদদা কামদেবনা মোহনতা শক্তি চেনজরিবনী। সাক্ষাৎ-শব্দসিনা স্বয়ং কামদেব অনিরুদ্ধবু তম্মা হাযরিবনী, প্রাকৃত কামদেববু হাযবা নত্তে, মরমদি প্রাকৃত কামদেবদি সাক্ষাৎ-রূপ নত্তে, মাদি অনিরুদ্ধগী শক্তিগী অংশ-চঙবা সাক্ষাৎ-নত্তবা রূপ অমনী, অনিরুদ্ধগী শক্তিগী মরীক অমতং মঙোন্দা চঙবদদা মহাক্লা প্রাকৃত জগৎপু শুমহৎপা ঙম্মী, অদুবু প্রাকৃত নত্তবা ধামদদি মহাক্কী শক্তিদো করিমতা তৌবা ঙমদে।

## মূল ২১৪

স্বমাধুর্য্যে লোকের মন করে আকর্ষণ।
দুইপাশে রাধা ললিতা করেন সেবন ॥ ২১৪ ॥

## শব্দার্থ

স্বমাধুর্য্যে—মছামক্কী মাধুর্য্যনা, লোকের—মী খ্বাইগী, মন—পূক্নীঙ, করে—তৌযি; আকর্ষণ—চিংবা, দুইপাশে—নাক্কল অনীদা, রাধা—শ্রীমতী রাধিকা, ললিতা—শ্রীমতী রাধাগী মতারোয ললিতা, করেন সেবন—সেবা তৌযি ( থৌগল্লী )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীকৃষ্ণনা ) মছামক্কী মাধুর্য্যনা মী পুম্নমক্কী পূক্নীঙবু চিংশল্লী। মাগী নাকল অনীদা শ্রীমতী রাধাগা শ্রীললিতা সখীগনা থোঁগন তৌযি।

## মূল ২১৫

নিত্যানন্দদয়া মোরে তারে দেখাইল।
শ্রীরাধা মদনমোহনে প্রভু করি দিল ॥ ২১৫ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ-দয়া—শ্রীনিত্যানন্দগী থৌজাল্ন, মোরে—ঐঙোন্দা, তারে—মহাকপু ( শ্রীমদনমোহনবু ), দেখাইল—উহনবিরে, শ্রীরাধা-মদনমোহনে—শ্রীরাধামদনমোহনবু, প্রভু - মপু, করি—ওইহন্দুনা, দিল পীবিরে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দগী থৌজাল্না ঐঙোন্দা শ্রীমদনমোহনবু উহনবিবনী অহুগা শ্রীরাধামদনমোহনবু ঐগী মপু ( প্রভু ) ওইনা পীবিবনী।

## মূল ২১৬

মো-অধমে দিল শ্রীগোবিন্দদরশন।
কহিবার কথা নহে—অকথ্য কথন ॥ ২১৬ ॥

### শব্দার্থ

মো-অধমে—তোল্লবা ঐঙোন্দা, দিল—পীবিরে, শ্রীগোবিন্দদরশন—শ্রীগোবিন্দগী দর্শন ( শ্রীগোবিন্দবু উজবা ), কহিবার—হাযদোক-য়াবা, কথা -- ৱা, নহে—নত্তে, অকথ্য—হাযহৈদবা, কথন—বাঙাঙনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তোল্লবা ঐঙোন্দা শ্রীগোবিন্দ দর্শন ফংহন্‌বিরে। ৱাসি হায়দোকপা য়াবা নত্তে। হায়রিবসি হায়হৈদবা ৱাঙাঙনী।

## মূল ২১৭-২১৮

বৃন্দাবনে যোগ পীঠ কল্পতরুবনে।
রত্ন মণ্ডপ তাহে রত্ন সিংহাসনে ॥ ২১৭ ॥
শ্রীগোবিন্দ বসি আছেন ব্রজেন্দ্রনন্দন।
মাধুর্য্য প্রকাশি করেন জগতমোহন ॥ ২১৮ ॥

## শব্দার্থ

বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা, যোগপীঠ—শ্রীরাধাগোবিন্দগী উনফম, কল্পতরুবনে—কল্পবৃক্ষগী (পীনহৈবী পামেলগী) বন-দা, রত্নমণ্ডপ—রত্ন-ঙাক্তনা শাবা মণ্ডপ (পোখাশঙ্), তাহে—মতুদা, রত্নসিংহাসনে—রত্নঙাক্তনা শাবা সিংহাসন মথক্তা, শ্রীগোবিন্দ—শ্রীগোবিন্দনা, বসি—ফমহুনা, আছেন—লৈ, ব্রজেন্দ্রনন্দন—ব্রজনিংথৌগী মপারি, মাধুর্য্য—মাধুর্য্য, প্রকাশি—ফোঙদোক্তুনা, করেন—তৌযি, জগত—জগৎ, মোহন—শুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবৃন্দাবনগী মনুঙদা কল্পবৃক্ষগী উমংদা রত্নঙাক্তনা শাবা মণ্ডপ অমা লৈ, মতুদা রত্নসিংহাসন অমা লৈ। ব্রজনিংথৌ মপারি শ্রীগোবিন্দনা ফমহুনা লৈ অদুগা মাগী মাধুর্য্য উৎলগা জগৎপু শুমৃহংলী।

## মূল ২১৯

বাম-পার্শ্বে শ্রীরাধিকা সখীগণ-সঙ্গে।
রাসাদিক লীলা প্রভু করে কত রঙ্গে ॥ ২১৯ ॥

## শব্দার্থ

বামপার্শ্বে—ওইথংবা নাকন্দা, শ্রীরাধিকা—শ্রীমতী রাধানা, সখীগণ-সঙ্গে—সখীশিংগা লোয়ননা, রাস-আদিক- রাসলীলানচিংবা, লীলা—লীলা (শান্নবা), প্রভু—ইবুংঙোনা, কারে—তৌয়ি, কতরঙ্গে—মখল মখাগী মওংদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোবিন্দগী ওইথংবা নাকন্দা শ্রীমতী রাধিকানা সখীশিংগা লোয়ননা লৈ। প্রভুনা রাস-নচিংবা লীলা মখল মখল শান্নে।

## মূল ২২০

যাঁর ধ্যান নিজলোকে করে পদ্মাসন।
অষ্টাদশাক্ষর-মন্ত্রে করে উপাসন ॥ ২২০ ॥

## শব্দার্থ

যাঁর—মহাক্কী, ধ্যান—থৱাই-পুক্কীঙ লুপ্পা খনবা, নিজলোকে—

মরম্বাই লোকদা ( সত্যলোক হায়বদি ব্রহ্মলোকদা ), পদ্মাসন—ব্রহ্মানা ( থম্বাম্না মাগী আসন ওইবা ), অষ্টাদশাক্ষর-মন্ত্রে—মযেক তরানীপালগী মন্ত্রনা, করে—তৌযি উপাসন—থুরুম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা মহামক্কী লোকদা মহাকপু ( শ্রীগোবিন্দবু ) ধ্যান তৌয়ি অদুগা মযেক তরানীপাম্না শাবা মন্ত্রনা থুরুমজে।

নৈনরোল

ব্রহ্মানা লৈবা লোক অদুবু ব্রহ্মলোক নত্রগা সত্যলোক হায়নমু কৌযি। মানা মাগী লোকসিদা শ্রীগোবিন্দবু ধ্যান তৌজৈ অদুগা অষ্টাদশাক্ষর মন্ত্র শোন্দুনা থুরুমজে, মরমদি বৃন্দাবনগী যোগপীঠ অদু তান্না চৎপগী লাইবক মহাক্কী তমৃদে।

অষ্টাদশ-অক্ষর মন্ত্র—**ক্লীং কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন-বল্লভায় স্বাহা**। মন্ত্রসি গোপীশিংগী নুংশিজবা শ্রীকৃষ্ণগী মধুরভাব-তা উপাসনা তৌননবগী মন্ত্রনী। মন্ত্রসিদা মযেক ১৮ লৈ হায়বগীদমক মসিবু অষ্টাদশাক্ষর মন্ত্র কৌরিবনী।

মুল ২২১

চৌদ্দভুবনে যাঁর সভে করে ধ্যান।
বৈকুণ্ঠাদি-পুরে যাঁর লীলাগুণ গান॥ ২২১॥

শব্দার্থ

চৌদ্দভুবনে—জগৎ মরোল তরামরিদা, যাঁর—মহাক্কী, সভে—লোইনমক্কা, করে—ধ্যান তৌয়ি, বৈকুণ্ঠ-আদি-পুরে—বৈকুণ্ঠনচিংবা মফমদা, যাঁর—মহাক্কী, লীলাগুণ—লীলা অমসুং গুণ, গান—শকৃপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগৎ মরোল তরামরিমক্তা পুম্নমক্কা মাবু ধ্যান তৌয়ি অদুগা বৈকুণ্ঠ-নচিংবা পুরশিংদা মহাক্কী লীলা গুণ শকয়ি।

মুল ২২২

যাঁর মাধুরীতে করে লক্ষ্মী-আকর্ষণ।
রূপগোসাঞি করিয়াছেন সেরূপ-বর্ণন॥ ২২২॥

### শব্দার্থ

যাঁর—মহাক্কী, মাধুরীতে—মাধুর্য্যনা, করে—তৌযি, লক্ষ্মী-আকর্ষণ শ্রীলক্ষ্মীবু চিংবা, রূপগোসাঞি—শ্রীরূপগোস্বামীনা করিয়াছেন—তৌরে, সেরূপ—মতৌ অত্থুম্না, বর্ণন—লীবা, হায়বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী ( শ্রীগোবিন্দগী ) মাধুর্য্যনা শ্রীলক্ষ্মীবুসু চিংণ্ডী হায়না শ্রীরূপ-গোস্বামীনা মত্থুম্না বর্ণন তৌখ্যয়।

### নৈনবোল

শ্রীনারায়ণগী থবাক্তা ভাল্লিবী শ্রীলক্ষ্মী ফাওববু চিংশনবা ঙম্মসিদা শ্রীকৃষ্ণমাধুর্য্যনা অতৈ পূম্বদগী পূমহেল হেল্লী হায়রহু তাক্লী। মপুরোইবা নীঙবী লক্কী মকোক ওইরিবী শ্রীলক্ষ্মী দেবী ফাওববু আকর্ষণ তৌরবদা অতৈ হন্থবা মীগী রাজি করিমূক হায়রুগনী? মসিগী প্রমাণ ওইনা ভক্তি রসামৃতসিন্ধুদগী লৌথোক্লুনা শ্লোক অমা উংলী।

### মূল ২২৩

স্মেরাং ভঙ্গীত্রয়পরিচিতাং সাচিবিস্তীর্ণদৃষ্টিং
বংশীন্যস্তাধরকিশলয়ামুজ্জ্বলাং চন্দ্রকেণ।
গোবিন্দাখ্যাং হরিতনুমিত: কেশিতীর্থোপকণ্ঠে
মা প্রেক্ষিষ্টাস্তব যদি সখে বন্ধুসঙ্গেঽস্তি রঙ্গঃ ॥ ২২৩ ॥

### শব্দার্থ

স্মেরাম্—নোক্লিবা, ভঙ্গীত্রয়পরিচিতাম্—( ভক, খ্বাঙ অমদি খুকউ মকম অহুমদা ) শাথেক অহুম থোক্লবা, সাচিবিস্তীর্ণদৃষ্টিম্—লাউরবা মীৎকী—মীৎচিনা যেংলিবা বংশীন্যস্ত-অধর-কিশলয়াম্—নানোওম্না ভাক্লানবা চীনুবান্দা থম্লিবা বংশী, উজ্জ্বলাম্—লংনা ভাল্লিবা, চন্দ্রকেণ—রাহোংগী মমৈনা, গোবিন্দ-আখ্যাম্—গোবিন্দ কৌবা, হরিতনুম্—শ্রীহরিগী মূর্তিবু, ইতঃ—মফমসিদগী চৎতুনা, কেশিতীর্থ-উপকণ্ঠে—কেশী ঘাট মনাক্তা, মা প্রেক্ষিষ্টা—য়েংগনু, তব—নঙগী, যদি—বদি, সখে—হে মরূপ, বন্ধুসঙ্গে—মরিমতাশিংগা লোয়নবা, অস্তি—লৈ, রঙ্গঃ—পাঞ্ছা, ইচ্ছা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মরূপ, মরীমতাশিংগা লৈমিন্নবা পাম্নবদি নহাক মফমসিদগী চৎলগা শ্রীগোবিন্দগী ফজনা নোক্লিবা মাযথোঙ তু মহাক্না যমুনা-তোর্বান্দা কেশী-ঘাট অতুদা লেপ্লা মতমদা যেংজকনু। মহাক্কী নানৌগুম্না ঙাংঙ্গানবা চীন্-বান্দা বংশী অতুগা ফজনা লাওরবা মীত্তা মীৎচীগী মীৎয়েংনা লৈতেংবনী। মহাক শাথেক-অহুম-থেকৃপনী অতুগা রাহোংগী মমৈনা লৈতেংবনী। ( করিগুম্বা মহাকপু যেংলুরবদি মরীমতাশিংগা লৈমিন্ননীঙবগী খোরাংবা লৈররোই )।

### নৈনরোল

শ্রীগোবিন্দগী মোমোম্নোকপা মায়থোঙনা জগৎকী মীপুম্নমকপু কম্নামূক কম্না আকর্ষণ তৌবগে হায়বগী প্রমাণ পীরি শ্লোকসিনা; শ্লোকসি ভক্তি-রসামৃতসিন্ধুদা যাওবনী ( ১/২/২৩৯ )। যমুনাগী কেশীঘাট কৌবা মফমতুদা শ্রীগোবিন্দগী ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তিবু অমুক্তুং উরুরবা মীতুদি মাসী মুপী অঙাঙ অমদি মরীমতাশিংগা সঙ্গ তৌবগী খোরাংলম্বা পূম্নমক পুঙকোক কোক্লগনী হায়বা ধবনি অমা পীরি।

## মুল ২২৪

সাক্ষাৎ ব্রজেন্দ্রসুত ইথে নাহি আন।
যেবা অজ্ঞে করে তাঁরে প্রতিমা-হেন জ্ঞান ॥ ২২৪ ॥

### শব্দার্থ

সাক্ষাৎ—চঙচঙনা, ব্রজেন্দ্রসুত—ব্রজনিংথৌ মপারি ( নন্দমহারাজগী মপারি ), ইথে—অসিদা; নাহি—নত্তে, আন—অতোপ্পা, যেবা অজ্ঞে—খঙদবা কনামনা, করে—তৌয়ি, তাঁরে—মহাকপু, প্রতিমা—অশাবা মূর্ত্তি, হেন—অসিগুম্বা, জ্ঞান—মখঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজনিংথৌগী ( নন্দ মহারাজগী ) শংশংবা মপারিমক্কী, মসিদা করিমতা চিংনমঙাই লৈতে। অপঙবা কনানা মহাকপু ( শ্রীগোবিন্দবু ) প্রতিমানী হায়না খনজবনী।

### মূল ২২৫

সেই অপরাধে তার নাহিক নিস্তার ।
ঘোর নরকেতে পড়ে, কি বলিব আর ॥ ২২৫ ॥

### শব্দার্থ

সেই মতু , অপরাধে—মরাম্না , তার - মাগী , নাহিক - লৈতে , নিস্তার—অরান-খুভম , ঘোর—অকিবগী মশক ওইবা , নরকেতে—নরক কোমদা , পড়ে তাই , কি - করি , বলিব - হায়গনী , আর - অতৈ ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরাল অতুনা (প্রতিমানী হাযনা খল্লুবনা) মহাক অরানখুভম ফংলরোই , মহাক অকিবগী মছক-ওইবা নরক-কোমদা তাজগনী , কবিমুক হাযনগাই লৈবগে ?

### নৈনরোল

লাৎলিবা প্রতিমাবু প্রতিমানী হায়না খল্লগদি অকায়বা লাকযি । ভক্তিসন্দর্ভনা হায়বি—“অথ শ্রীমৎপ্রতিমায়াস্তু তদাকারৈকরূপতযৈব চিন্তয়ন্তি । আকারৈক্যাৎ, শিলাবুদ্ধি কৃত কিংবা প্রতিমায়াং হরের্মযেতি ভাবনান্তরে দোষশ্রবণাচ্চ ।”

### মূল ২২৬

হেন যে গোবিন্দ প্রভু পাইনু যাঁহা হৈতে ।
তাঁহার চরণকৃপা কে পারে বর্ণিতে ॥ ২২৬ ॥

### শব্দার্থ

হেন—অসিগুম্না , যে মহাক , গোবিন্দ প্রভু - শ্রীগোবিন্দ-ইবুংঙোবু , পাইনু—ফংজখি , যাঁহা হৈতে—মঙোন্দগী ( শ্রীনিত্যানন্দ কৃপানা ) , তাঁহার—মহাক্কী ( শ্রীনিত্যানন্দগী ) , চরণকৃপা—খুয়াগী থৌজান , কে—কনানা , পারে—ঙম্মী , বর্ণিতে—বর্ণনা তৌবা (হায়বা) ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী কৃপানা অসিগুম্না শ্রীগোবিন্দ প্রভুবু ফংজবসীদা মহাক্কী চরণ্না পীবিবা কৃপাবু কনানা হায়তুনা লোইগদগে ?

## মূল ২২৭

বৃন্দাবনে বৈসে যত বৈষ্ণব-মণ্ডল।
কৃষ্ণনামপরায়ণ পরমমঙ্গল ॥ ২২৭ ॥

### শব্দার্থ

বৃন্দাবনে—বৃন্দাবনধামদা , বৈসে—লৈ , যত—অদুক , বৈষ্ণব-মণ্ডল—বৈষ্ণব কাণ্ডবু , কৃষ্ণনাম-পরায়ণ—শ্রীকৃষ্ণ নামদা মায় পুক্কওন ওন্সল্লবা , পরমমঙ্গল—অযৌবী মঙ্গলগী মচুক ওইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবৃন্দাবনধামদা লৈরিবা বৈষ্ণব কাণ্ডবুদি শ্রীকৃষ্ণনাম শোনবদা পুক্কওন-ওন্সল্লী অদুগা অয়ৌবী মঙ্গলগী-মচুক ওইবা ওাল্লী।

## মূল ২২৮

যার প্রাণধন নিত্যানন্দ-শ্রীচৈতন্য।
রাধাকৃষ্ণভক্তি বিনে নাহি জানে অন্য ॥ ২২৮ ॥

### শব্দার্থ

যার – মহাক্কী , প্রাণধন—থৱাইগী লন , নিত্যানন্দ-শ্রীচৈতন্য—শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীচৈতন্য , রাধাকৃষ্ণভক্তি বিনে—রাধাকৃষ্ণবু নীঙবা নত্তনা , নাহি জানে—খঙদে , অন্য—অতৈমা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দগা শ্রীচৈতন্যগবু থৱাইগী লন ওইনা থমজরিবা মীদুদি রাধাকৃষ্ণবু নীঙবা নত্তনা অতৈমা খঙদে।

## মূল ২২৯

সে বৈষ্ণবের পদরেণু, তার পদছায়া।
মো-অধমে দিল নিত্যানন্দ করি দয়া ॥ ২২৯ ॥

### শব্দার্থ

সে—মদু , বৈষ্ণবের—বৈষ্ণবকী ; পদরেণু—খুয়া-উৎফুল , তার—

মহাক্কী, পদছায়া—খুয়া মরুম, মো-অধমে—তোল্লবা ঐগোন্দা, দিল—পীরম্লে, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দনা, করি দয়া—চানবিদুনা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

বৈষ্ণবকী খুয়া-উৎফুল অদু অমস্তুং বৈষ্ণবকী খোঙ-মরুম অদু শ্রীনিত্যানন্দনা থৌজানবিদুনা তোল্লবা ঐগোন্দা পীনবিরে।

**মূল ২৩০**

তাহাঁ সর্ব্ব লভ্য হয়' প্রভুর বচন।
সে-ই সূত্র এই তাঁর কৈল বিবরণ॥ ২৩০॥

**শব্দার্থ**

তাহাঁ—মফমদুদা (শ্রীবৃন্দাবন অদুদা), সর্ব্ব--লোইনমক, লভ্য—ফংনগাই, হয়—ওই, প্রভুর—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী, বচন—ৱা, সে-ই—মদুমক্লা সূত্র—লংলা-লংজিন, এই—মসি, তাঁব—মহাক্কী, কৈল—তৌরে, বিবরণ—অকুপ্পা ৱারোল।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

প্রভু নিত্যানন্দনা হায়বিরম্মী, "শ্রীবৃন্দাবন অদুদা লোইনমক ফংবা য়াই।" মহাক্লা শম্পৎনা সূত্র ওইনা হায়রম্বদুমক ঐনা শন্দোক্লা কুপ্পা হায়জরি।

**মূল ২৩১**

সে সব পাইনু আমি বৃন্দাবনে আয়।
সে সব লভ্য-এই প্রভুর অভিপ্রায়॥ ২৩১॥

**শব্দার্থ**

সে—মদু, সব—পুম্বা, পাইনু—ফংলে, আমি—ঐনা, বৃন্দাবনে—শ্রীবৃন্দাবনধামদা, আয—লাক্লুনা, সে সব—মদু পুম্বা, লভ্য-ফংনগাই ওইবা, এই—মসি, প্রভু—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী, অভিপ্রায—অপাম্বনী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মদু পুম্বা ঐনা শ্রীবৃন্দাবনধামদা লাক্লুনা ফংজরে। মদু পুম্নমক ফংনগাই ওইবদি শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা পাম্বসিননী।

### লৈনরোল

শ্রীরূপ সনাতনখোয়নচিংবগী মখোওদা চঙজবদগী বৈষ্ণবশিংগী পদাশ্রয় ফাওবা ১৯৯-২২৯ পযারদা হাযরিবা ৱারোলশিংতুনী শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা হায়খিবা পূন্নমক ফংনডাইনী (সর্ব্বলভ্যানী) হাযরিবসি। মসি পূন্নমক ফংববুনী প্রভুনা পামখিবস্ন।

### মূল ২৩২

আপনার কথা লিখি নির্লজ্জ হইযা।

নিত্যানন্দগুণে লেখায় উন্মত্ত করিযা ॥ ২৩২ ॥

### শব্দার্থ

আপনাব—ইছাগী, কথা—বা, লিখি—ইরি, নিলর্জ্জ—ইকাইদবা, হুইয়া—ওইতুনা, নিত্যানন্দ-গুণে—শ্রীনিত্যানন্দগী গুণ-তনা, লেখায়—ইহন্‌বনী, উন্মত্ত—অঙাওবা, করিযা—ওইহন্দুনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইকাইবা খঙদবা ওইনা ইছাগী ৱা ইরি। শ্রীনিত্যানন্দগী মগুন্না ঐবু ঙাওহন্দুনা ইহন্‌বনী।

### লৈনরোল

শ্রীনিত্যানন্দগী মগুণগী ৱা নীওশঙলুবদা ঐনা জ্ঞান মাঙখিতুনা অঙাওবগুমখ্রে। মরমতুনা হৌনৈ-হৌনদে হায়বগী বিচার তৌদতুনা ইছাগী লাইবক ফবগী বাতু ঐনা ( গ্রন্থকারনা ) ইকাইদবা মীতাগুম্না ইরি।

### মূল ২৩৩

নিত্যানন্দ প্রভুর গুণ-মহিমা অপার।

সহস্রবদনে শেষ নাহি পায যার ॥ ২৩৩ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দপ্রভুর — শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী, গুণ-মহিমা—গুণগী মতীক-ময়াই, নত্রগা গুণ অমসুং মহিমা, অপার—ওমখৈ-নাইদবনী, সহ-স্রবদনে—চীন্-লীশীঙ লোওবা অনন্ত দেবনা, শেষ—ওমখৈ, অরোয়বা, নাহি পায়—ফংদে ; যাঁর—মহাক্কী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী গুণগী মহিমা নত্রগা গুণগা মহিমাগদি ওমথৈ-নাইদে। চীন্ লীশীঙ ফাংনা অনন্তদেবনা শক্লবস্থ মগুণগী লোই খন্বা লৈতে।

### মূল ২৩৪

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে যার আশ।
চৈতন্য চরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস।। ২৩৪ ।।

### শব্দার্থ

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথগী খুয়াদা, যার—মহাক্কী, আশ—আশা, চৈতন্যচরিতামৃত—শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃতবু, কহে—লীজৈ, কৃষ্ণদাস—শ্রীলকৃষ্ণদাস গোস্বামীনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীরঘুনাথ গোস্বামীগী খুযাদা আশা থম্জবিবা কৃষ্ণদাসনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু লীজৈযে।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদি খণ্ডে শ্রীনিত্যানন্দতত্ত্বনিরূপণং নাম পঞ্চম পরিচ্ছেদঃ।

---

## শীতলজিৎকী লাইরিকশিং

**উপন্যাস**—ইমা, বোহিণী, সুংশিবাখৈবা থাদোকপা

**য়ারী** মচা—লৈকোনুংদা, লৈমুংশি।

**শৈরেং**— কেতুকী, বাল্মীকি ইখোলাংবা শকুন্তলা শৈরাংবা ( ১বা শরুক )।

**অতৈ অতৈ—**

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈলোনা অনুবাদকা লোয়নবা )

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শাথোন-শৈথন

৫। Friends' English to Manipuri Dictionary

৬। Friends' Pocket Dictionary ( English to Manipuri )

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অহানবা।

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অনীশুবা।

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড অহুমশুবা।

১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড মরিশুবা।

১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( অনুবাদ ) খণ্ড মঙাশুবা।